Sahityagi Mahousha Amasung Atei Warengshing.

*A Collection of essays in Manipuri by P. Nabachandra and published by Durgamohon Polem, Sagolband Thangjam Leirak, Imphal, 2000*
*Price: Rs 65.00*




| | | |
|---|---|---|
| ফোঙবা | : | দুর্গামোহন পোলেম<br>সগোলবন্দ থাংজম লৈরক<br>ইম্ফাল, ৭৯৫০০১ |
| মখূম | : | থোইদিংজম শ্যামসন |
| অহানবা ফোঙবা | : | মে, ২০০০ |
| কোপী মশীং | : | ১০০০ |
| মমল | : | লুপা ৬৫/- |
| তাইপ সেট | : | য়ুনিক প্রিন্টর্স<br>বি:টি: রোড, ইম্ফাল |
| নম্ফম | : | জে.বি. প্রিন্টর্স<br>বি:টি: রোড, ইম্ফাল |

# য়াওফম

*অহৈবদগী*

# অইবদগী

মণিপুরী সাহিত্যদদি শৌগৎপীনবা মী খবা তাঙই । মসি ঐখোয়গী লাইবক ফরিব্রা নৎত্রগা থীরিবরা হায়বা ঙমদে । অদুবু নুংঙাইরিবদি অসিগুম্বা ফীভমসিদা ঐখোয়গী অইবশিংনা লেপ্পা লৈতনা ইচঙ থৌনা লাইবিক ফোঙনরক্লিবা অসিনি । ঐঙোন্দদি ইবসি অব্রাবগী মশক্কি, সাহিত্যগী বিষয় অমগী মরমদা ইবা হায়বসিনা অমুক্কা হেন্না লুনা থোকই । ইগে হেক তৌবদা ইকাযবা, অকিবনা লাঙ্গোই চল্লকই । ব্রাহৈগা হায়নিংঙিবগা নীংঙাই শাংদানবকই, অঙম তান্নরকই । ইরিবা খবসি পামজবদগী অমসুং ফীভমনা য়াদবদগী নমহাদুনা ইবনি । নৎলমদ্রবদি ইবা ঙন্নমদবসু য়াই । লাইরিকসিদা য়াওরিবা ব্রারেংশিং অসি অহানবা শকক্কী ব্রাবেং খরা নত্তনা অতৈদি আকাশবাণী ইম্ফালদগী শন্দোকপ্রবা অমদি মশক্কাইবা মণিপুবী জর্নেলশিংদা ফোঙপ্রবা ঙাক্তনি । অয়াম্বনা সাহিত্যগী নৈনব্রারেংনি হায়নীংই । লাইবিকশি পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌনা পীবীখিবা ওজা ডাঃ এন. তোম্বী সিংহ এসোসিয়েত প্রোফেসার, মণিপুবী দিপার্টমেন্ট, মণিপুর য়ুনিভর্সিটি, লাইবিকসিবু পুথোকপদা থৌদাং লৌবিখিবা শ্রীক্ষেত্রিময়ুম জোতিন্দ্র সিংহ, প্রোপ্রাইটর, জে.বি. প্রিন্টর্সপু থাগৎপা ফোঙদোকচবি । ফোঙপ্রবা ব্রারেংশিংবু লাইরিকসিদা অমুক হন্না য়াওহনবা য়াহনবীবগীদমক মরী লৈনবশিংদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি ।

খুদোংচানবগীদমক্তা ব্রাবেংশিং অসি 'সাহিত্য নৈনরোল' (লিতররি থিঅরি), 'সাহিত্যগী ব্রারেং' অহানবা অমসুং অনীশুবা হায়না অহুম থোক্লা খায়দোক্লুনা থমজরি । ইজরিবা খবসি অখণ্ড অহৈশিংগী ব্রা তারগা ইশাগী ওইবা মত খরদং ফোঙদোক্লবা হোৎনজবনি । মবমদুনা ব্রাবেংশিং অসি ইরকপদা মরী মখোঙ পীবগী হৈনবী থাদোকপা ঙমদবগী অশোনবদু ইশাদা শোয়দনা ফাওই । মসিনা অপাবশিংদা অপনবা ওইনা থোকহল্লবসু অতোপ্পবু মীনম্বগী মরাল অদুদগীদি খরমখৈ শাফগনি খল্লি । ব্রারেংশিং অসিবু অপাবশিংনা নৈনব্রারেং নৎত্রগা অইবগী কল্পনাগী মনীংতম্বা উৎপা অপাবশিংগী পূক্নিং ঈহুনদা ঙাথেংদুনা শাগৎপা ব্রারেংগী মখল ওইনা নৎত্রগা অনীসি নত্তবা অতোপ্পা খুৎইগী মশক ওইনা লৌবীনিংবা মওংদা লৌবদা অইবগী আপত্তি করিসু লৈজদে । ময়াম্না পাবীবদুনি অইবনা পামজরিবদি ।

*ইম্ফাল, এপ্রিল ২৩, ২০০০* *পোলেম নবচন্দ্র*

# সাহিত্যগী মহৌশা

নুংশিবা লৈগী মনম, অয়ুক্কী নুমিৎকী অহানবা মঙাল মশেক, ঐখোয় পুম্নমক্না খঙই । অদুম ওইনমক, নুমিৎকী মঙালবু মশক তাকপদি তরাইবা নত্তে । সাহিত্য অমসুং কলাগী মতাংদসু মসিমক হায়বা য়াই । মীওইবগী, মরু ওইনা কবি অমসুং সমালোচকশিংগী পূক্নিংবু তত্তনা চিংশিল্লিবা ৱাহং কয়াগী মরক্তা সাহিত্য কলা হাযবসিসু অমনি । মখোয়না মাঙলমচৎতা কলা অসিবু মশক তাক্লবা তত্তনা হোৎনদুনা লাকই । মসিনা মখোযবু ইকায় খুম্নবা ফংহল্লি অমসুং মায়থিনবগী মরমসু ওইহল্লি । করিগীনো হাযববু পণ্ডিতশিং অসিনা মাগী মাগী মীৎয়েংগী পংখৈনুংদা সাহিত্যবু ফাজিন্দুনা থম্নবা থৌরাংলবসু মহাক্না মওং অমা নৎত্রগা অমদা হেক হেক নাহ্লোবকই ।

ভারতকী নৈনরোলগী মতুংইন্না শব্দ অমসুং অর্থ অনীগী অঙকপা তিন্নবনা সাহিত্য থোরক্লবগী মরম ওই । মসিগা লোয়ননা অপাবা, অয়েংবা নৎত্রগা অতাবদা নুংঙাইবা পীরিবা মশক অদুবু খোঙ্গুল লীনবা নৎত্রগা তাক্লবা আচার্য্যশিং অসিনা কন্না হোৎনরম্মি । নীপালশুবা চহীচা লোইশিল্লকপদগীদি নৈনরোলগী লম অসিদা কাব্যদা খ্বাইদগী মরু ওইরিবা থৱায়গী ৱাফম পুশিল্লক্কুনা খন্ন-নৈনবা হৌরকখি । মসিদসু নত্তনা সাহিত্যগা অতৈ অতোপ্পা খুৎইশিংগা করি খেন্নবগে হায়বসিদসু মতমগী মতুংইন্না মীৎয়েং চঙলকখি । অঙনবা মতমদদি সাহিত্যনা হীরম অয়াম্বা খোলজিল্লি । নুমিৎ, থা, থৱাম্মিচাক্কী, শুনোম্বগী, লাইশোন তীনশোনগী, সভ্যতা অমসুং সংস্কৃতিগী মচল অয়াম্বা য়াওরম্মি । মশক্লাইরবা অইবা অমসুং কলাগী মীৎয়েংদা ৱাংনা লৈরবা লাইরিক খরতবু লৌখৎলগা নৈনবনা সাহিত্যগী পরম্পরাগী লেপ্তুনা চেষ্টরিবা ঈচেলদুবু অমদি মখল মখা অয়াম্বা সাহিত্যগী মচল (জেনর) থোরকপগী খোঙচৎ অদু ময়েক শেংনা তাকপা ঙমদে । মরম অদুনা সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী মচলশিং য়াওদনা সাহিত্যগী ইতিহাস শাগৎপদা মপূংফাবা

ঙমদে লৌই। মতুংদদি সাহিত্য হায়রগা কাল্পনিক ওইবা নৎত্রগা কবিনা শেম্বা খূৎইতবু খঙনরকখি। অদুগা ইংরাজীগী 'লিত্রেচর' হায়বসিমক অইবা (অনম্বা) লাইরিক্তবু খঙনৈ। মসিনা পুরিবা অর্থ য়াম্না পীকই । জর্মন, রাশিয়ন অমসুং ভারতকী সাহিত্যগী পরিভাষানা অইবা অমসুং ইদবা মখল অনীমকপু খঙহল্লিবা অর্থসি 'লিত্রেচরনা' পীবা ঙমদে ।

নোংচুপ্তুদি দর্শন অসুং ফজবগী নৈনরোল পূল্লি । কলাগী নৈনরোল দর্শনগী শরুক অমা ওই । ভারত্তদি আলঙ্কারিক কাঙবুশিংনা ফজবগী নৈনরোলবু নৈনরম্মি। মসিদসু নত্তনা ভারতকী দার্শনিকশিংনা ফজবগী ৱাখলদা থোইনা পূক্লিং চঙলমদে হায়বা যাই । মখোয়না কলাগী ফজবতা নত্তনা মহৌশাগী ফজবগী মরমদসু থোইনা নাচুংলমদবগুম তৌরম্মি। কলাদা মখোয়না ফজববু থৌওইরমদবগী মরমদি পুন্সিগী মরুওইবা পান্দম ফংনবা হোৎনবদা ফজবনা মতেং ওইদে লৌনরম্মি। অহোয়নদুনা পুন্সিগী পান্দম ফংনবা চঙশিনবদা ফজবনা নাথৈনবা মরম ওই হায়না লৌরম্বা ফাওবা য়াওদবা নত্তে । অসুম্না নোংপোক অমসুং নোংচুপকী কলাবু মশক লেপ্পবগী মওংদা মান্নদবা কয়া উরি । নোংচুপ্তুদি দার্শনিকশিংনা অওইবা (রিয়েলিতি) হায়বদুগী মশক খেন্ননা লৌবগী মতীক কলাগী সিদ্ধান্তসু খৈন্নে । ভারতকী কলাগী নৈনরোলদি দবকার লৈবগী মতুংইন্না দর্শনগী সিদ্ধান্তগী মতেং লৌরবসু মসিদগী তোপ্পা লৈ । কলাগী পান্দমদি বাস্তবতা (রিয়েলিতি) গী মহৌশা পুথোকপা নত্তে, বসগী অনুভূতিনি ।

মহৌশাগী শক্তমদা ফজবা লৈ । মহৌশানা মীওইববু শুদ্ধৎলি, মীপাইহল্লি, অকি তুজুং পোকহল্লি । অদুবু মপান্নাইদ্রবা মহৌশাগীসু পংখৈ লৈ । মহৌশাদা ফজবা পূম্বা লোইনা য়াওরবদি কলাদা করিগী অমুক ফজবা থিরুখিনি।কবি অমতনা মাগী পূক্লিংনা শাগৎলিবা ফজবদু য়ৌনা ৱাহৈনা য়েকপা ঙমদে । মতৌ অসুম্না মহৌশানা শেমখ্রবা ফজবা পোৎলম অদু কনাগুম্বা অহৈবা চিত্রকার অমনা য়েকপা পোৎলমগা চাংদম্নবা মতীক চাদে । জি.ই. মুরনদি থাঙ্গেশেংবা পোৎতা য়াওরিবা ফজবনা কলাদা ফংলিবদগী হেল্লি হায়রবসু তশেংবদি মহৌশাগী ফজবগা কলাদা য়াওরিবা ফজবগা চাংদম্নবা য়াদে । লোক্তাক পাৎকী ফজবা উবদা পোক্লিবা নুংঙাইবা অদুগা চাউবগী নৎত্রগা অঙাংহলগী শৈরেংশিংদা য়াওরিবা লোক্তাক্কী মরমদা শৈথারিবদু পারুরগা ফংলিবা নুংঙাইবগা খৈন্নে । মহৌশা অমসুং থাঙ্গেশেংবা

পুন্সিদদি ফজবা অথীবা, অকিবা তুজুংবা, উৎপা য়াবা য়াদবা পূম্নমক য়াওই । কলাদদি খন্দোক খঞ্জিন তৌই, শিংনান্দুনা মন্দুনা, মতম চঙনা শেম্বা খূৎশেম্মি। সমাজদা লৈরিবা অইবসু মফম মতমগী ঈশিং নুংশিৎতা হিংবনি । মরম অদুনা মহাক্লা পরম্পরাগী লীপুন্দগী খক মপূংফানা নাম্থোকপা ওমদে । মসিদগীসু মহাক্লা লৌই । অদুগা মহাক্কী নাকয়েৎ অমসুং হিংলিবা পুন্সিদগীসু লৌশিন্দুনা শেম্মি ।

সাহিত্যবু কনাগুম্বনা অফবা নৎত্রগা ফত্তবা হায়না খায়দোক্লুনা থম্বা পাম্নরবসু মসিমক্তি থবক্তা ওম্থোকপদা অরুবা ব্বাফমনি । লন্নাই ওইনা পামই পামদে হায়বনা অতোপ্পা ব্বাফম অমা ওইরবসু ফরবসু ফৎত্রবসু সাহিত্য হায়বদুদি অদুম্মক ওইবা তাই । কালিদাস, সেক্সপ্যার অমসুং রবীন্দ্রনাথকী শৈরেংশিংবু মীয়াম্না লুনা তৌনবগুম্না অইবশিংনা মখোয়গী শৈরেংশিংবু মগুণ চেনহন্নিংই । মীয়াম্না তুংকোইনা পাম্নদুনা লৈহন্নিংই । মরম অদুনা, তুংকোইনা পাম্নদুনা লৈবা হায়বসিনা অফবা সাহিত্যগী মগুণশিংগী মরক্তা অমনি হায়না লৌবা য়াই । মীয়াম্না পাম্নবা খূদিংমক অফবা সাহিত্য কৌনিংদ্রবসু অফবা সাহিত্যদা মসিগী মগুণদি য়াওই । রোমান কবি কেতুলসনা (৮৭-৫৪ খৃ : মাং) মাগী নুংশিজবী 'লেজবিয়া' না লুনা তৌজবী উচেকমচা অমা শিরবদা উচেক্তুবু শৈথাদুনা পিক্লবা শৈরেং অমা ইখি । মতম কয়া হৌখিদুনসু শৈরেং অদু হৌজিক্কী মতমদসু ইনৌতা নৌদুনা লৈরি । মরম অদুনা শৈরেং অদুদা করি মতীক ময়াই য়াওরিবগে খঙনীংবা পোকহল্লি । ওইরম্বা য়াই ঃ কবি অসিগী পুন্সিগী হকথেংনরুবা অব্বাবা অদু অতোপ্পা মওং অমদা ঐখোয়গী ওইহনবা, মাগী থম্মোয়গী চৈনাখোল অদুম্মক ঐখোয়গী চৈনাখোল ওইহনবা

সাহিত্য থোক্লুবগী মরম অখণ্ড অহৈশিংনা চাউরাক্লা মরি থোক্লা পীরম্মি : (ক) *মশাবু ফোঙদোক্লিংবা* : পূন্না হিংমিন্নবা মীওইবনা উরু তারুবা, খঙলুবশিংবু মথন্তগী ওইদুনা থমজিনবা পামদে । মীয়ামদা ফোঙদোক্লিংই । অব্বা নুংঙাইদা শরুক য়ামিন্ননীংই । শম্না হায়রবদা, মীনা মশাবু ফোঙদোক্ননিংই । (খ) *মীওইবগী থবক থৌওংশিংবু পামজবা :* সমাজদা লৈরিবা মীনা মীওইবগী থবক থৌওংশিংদা খোয়দাজে। মীওইবগী থৌনা লিংজেন মখোয়গী মায়পাকপা, মায়থিবা অসিনচিংবদা পুক্লিং চঙই । (গ) *অওইবা অমসুং ব্বাখলনা শাবদা খোয়দাজবা :* ঐখোয়না অওইবা তাইবঙতদা পেম্থোকপা ওমদে । অওইবা অমসুং ব্বাখলনা শাগৎপা তাইবঙ অনীমক্তা

থরায় য়াওই । অওইবা তাইবঙদা ফংদবা কয়া রাখলগী তাইবঙদা ফংহল্লি । মবোল থোক্লবা শা উচেক, মরোল থোকহল্লি । কেনবা নাইদ্রবা লৈ শাংহল্লি । কল্পতরু হৌহল্লি, মঙলানগী ফজরবা লাইরৈবাক শেম্মি । (ঘ) *মশক-মওংবু পামজবা :* মীওইবনা শীজিন্নরিবা ফি-রোল,মচু মমেনগী ফজবা লৈরোং শাংহল্লি; লৈনবা য়ূমনচিংবা পোৎলমশিং মখল মথেলগী দিজাইন কয়া থোক্লি । কবিগীনো হায়ববু মীনা চুং ফীরান চাবা অমসুং 'মশক-মওং' দা খোয়দাজে। হায়রিবশিং আস চাউবাক্লা সাহিত্য পুথোক্লবগী মরুওইবা মরমনি । শম্না হায়রবদা পুন্সি অসিমক সাহিত্যগী মরুওইবা হৌরকফমনি হায়বমক য়াই ।

সাহিত্য থোরক্লবগী মরম নৈনরবা মতুংদা করম্না সাহিত্য থোকহনবগে হায়বসি অমুক খন্নদুনা য়েংবা য়াই । অহানবদা, অইবা মশাগী থোইদোকপা মীৎয়েং নৎত্রগা প্রতিভা ঃ অইবগী অশেংবা মতীক মঙনদি অনৌবা হীবম পুথোকপদা লৈতে । সাহিত্যগী মপূং ওইবা হীরম ওইবিবা মীওইবগী পুন্সি, নুংশিবা অমসুং শিবা হায়রিবশিং অসিদি খক মস্থরকপা নাইদ্রবা হীবমনি । হোংলিবদি হীবমশিং অসিদা য়েংলিবা মীৎয়েংশিং অসিনি । মবম অদুনা অইবগী মশাগী থোইদোকপা মীৎয়েং হাযববু, হোংবা নাইদ্রবা হীবমশিংদা য়েংলিবা অনৌবা মীৎযেংদুনি । অনীশুবদা, মশাগী পীথোরকপা মতীক মগুণ অসিবু মখোঙ শোমদুনা মপূং মবে ফাহনবা চওই। মসিগীদমক মবী লৈনবা শিক্ষা, উক তারুবা অমসুং থেংনকবদগী ফংবা লৌশিং মরু ওইরকই । অহুমশুবদা, অইবনা খূৎ থারিবা সাহিত্যগী বিধাশিং অদুগা শাগোন্নরিবা শৈশেম্বগী কাঙলোনশিংবু মুন্না খঙবগী তংঙাই ফদবা লাকই । সাহিত্যদা হায়রিবা মচাকশিং অসি অমগা অমগা থাদোক্লবা য়াদ্রবা মরী লৈনৈ । মখোয়শিং অসিগী মনুংদা অমতং রাৎপদা সাহিত্যগী খূৎশেমদু মপূং ফাদবা ওই । সাহিত্যগী বিধাশিংগী শেমশাবগী কাঙলোন খঙলবসু অনৌ অনৌবা শেমশাদুনা উৎপা ওস্বগী পাঙ্গল, কল্পনাগী শক্তি রাৎলবদি শাৎপা ঙমদনা কংগ্রবা লৈগা পাংখক ওই । মরম অদুনা লাইরিক লাইশু য়াম্না পারগা নৎত্রগা হৈরগা পণ্ডিত ওইবদি য়াই অদুবু মখোয় খূদিংমক কবি ওইবদি ঙমদে ।

অতৈ অতোপ্পা খূৎইশিংগা সাহিত্যগা পান্দম খৈন্নে । সাহিত্যদি মকওইনা অইবগী পূক্লিং ঈথিল, থম্মোয়গী ঈহুনবু পাউদম্নবা হোৎনবনি । নুংগুল ঈহুননি, লৌশিং নৎত্রগা কান্নবা পাউ পীবদুনা মরু নত্তে । অপাবা নৎত্রগা অয়েংবৰু অশেংবা

## সাহিত্যগী মহৌশ

ৱাখলগী ঈরাং হৌহনবনি । অইবা অমসুং অপাবা অনীমক্তা খূৎশম্নদুনা অৱাংবা চীংথক্তগী চেন্থরকপা ঈশিং চাইবীগী ফজববু পূন্না য়েংমিন্নবনি । ঈশিং চাইবীনা কয়াম ৱাংবা, ঈচেলগী শাফূনা কয়াম কনবা অসিনচিংবা কয়াদু খঙলবসু ফৈ, অদুবু মদুনা মসিগী মরুওইবা পান্দমদি নত্তে । লৌশিং পীবা, হীরম অমগী মরমদা খঙহন্নবা অকক্লবা পান্দম ওইবা, ইস্তাহার অমসুং পাউগী চেশিংগীদি ঙহাক ঙহাক্কী ওইবা কান্নবা পীবনা মরুনি ।

কলাগী পোৎলমশিংদা তুংকোইনা পাম্নদুনা নৌদুনতা লৈবা গুণসিনা মসিগী মরাইবক লেপ্লি । মসিগীদমক অইবশিংনা মখোয়গী খূৎইদা হীরম অমসুং চরিত্র শেম্বদা পাম্বে কয়ামরুম শীজিন্নরম্মি । কবিশিংনা মখোয়না পামজনা খূৎ থারিবা হীরমশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা 'নুংশিব' বু মাঙবা নাইদ্রবা ওইহল্লি । মাঙবা নাইবা মীওইবগী ফজবা শক্তম কয়ানা মতমগী ঈপাক্তা লূপখ্রবসু নুংশিবগী মুৎনাইদ্রবা ৱারীশিংদি লেঙদ্রবা মতীক মঙাল হাপ্পবা হোৎনৈ । মদুনা ওইরম্বা তাই, সেক্সপ্যারনা -' নুংশিবদি মতম্মনা অপঙবা শীবা ঙমদে' হায়রম্লিবা। অদুগা কালিদাসনা 'মেঘদূত' কাব্যদা নুংশিবগী পাত্রশিং অসি মতমচূপ্পদা মথোৎ কারকপগী মতমতা ওইদুনা লৈরবা 'যক্ষ' অমসুং 'যক্ষিণী' ওইহল্লিবা । ভারতকী মহাকাব্যশিংদা তাইবঙ মীরমলেনগী নত্তবা শিবা নাইদ্রবা চরিত্র কয়া পুথোকই । মখোয়বু মালেমগী মরোল অহুম ফাওনা কোয়না চৎহল্লি । অসুম্না মীওইবনা মহৌশাগী পংখৈ লাম্বোক্তুনা অমাঙ অতা লৈত্রবা মপান্নাইদ্রবা পুন্সিবু ঈখৌলাংবগী মশক উৎলি ।

সাধারণ মীয়ামগী জ্ঞানগী ইন্দ্রিশিংনা নুতিগী থবক থৌওংশিংদগী ফংলিবা মনুংঙাই অসিদগী কাব্য নৎত্রগা উপন্যাস অমা পাবদা ফংলিবা অসিগা মান্নদে হায়বসি খ্বাইনা খঙনরবনি । অসিগুম্বা সাহিত্যনা পীরিবা নুংঙাইবা অসিগী মরমদা মতম কয়াগী মমাঙদগী হৌনা ৱাখল লৈরবা আচার্য্যশিং অমসুং সমালোচকশিংনা নৈনদুনা লাকই । কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা মসিবু লন্নাই অৱা নুংঙাই পূক্লিং ঈহুন্দগী লানখ্রবা অৱাংবা ফিদা অমা পীনিংই । অতোপ্পা কাঙবু অমনা অলৌকিক ওইবা তাইবঙগী নত্তবা মওংদা থম্মি । তাইবঙপান্দা লৈরিবা লূতোংগী মীনা তাইবঙপানগী নত্তবা মওং (এক্সপরিয়েন্স) অদুবু করম্না থেংনগদৌরিবনো ? হংনিংবা পোকহল্লি। অদুগা মীওইবগী লৌশিংনা লাম্বা ফংদবা অমসুং মহাক্লা মমল নাইদনা লৌজবা শক্লোনশিংবু মহৌশাগী নত্তবা তাইবঙ ৱাংমগী পোৎলম ওইনা লৌনরকপসি

মাঙলমচৎতগী হৌনা চৎনরকপা থেংনৈ । মরম অদুনা তাইবঙপানগী ওইবা ঈহুন অমবু তাইবঙসিগী নত্তবা মতীক মঙন হাপ্তুনা খ্বাইদগী মমল য়াম্বা অমসুং লুনা নীংজবা করিগুম্বা অমবু লাইরৈবাক্কী ওইহনবা মীওইবগী মহৌশানি ।

অয়াম্বনা সাহিত্যনা পীরিবসি নুংঙাইবনি হায়বসি য়ানৈ । অদুবু হায়রিবা ৱাফমসিদা নোংপোক অমসুং নোংচুপ অনীমক্কী অখঙ অহৈশিংগী মরক্তা যানদবা য়াওদবসু নত্তে । কনা অমনা মসিবু নুংঙাইবসু অৱাবসু নত্তে, অনীসিদগী নাম্থোকপনি হায়নিংই । রামচন্দ্র অমসুং গুণচন্দ্রগী (১২শুবা চহীচা) ‘নাট্যদর্পণ’ দা রসবু অৱাবা নুংঙাইবা অনীমক্কি হায় ঃ ‘সুখদুঃখাত্মকোরসঃ’ । এরিস্তোটলগী মীৎয়েংসু অৱাবগী মচাকশিংবু তাম্থোকপনি । চৈনা পীরিবা পোৎলমদু লৌথোকপনি । অৱাবা কোকপনি, নুংঙাইবা নত্তে । মসিগী ওন্ন তৈনবদা ভারতকী রসপু হকথেংনবদি অৱা অনাগী চৈথেং কয়া লাল্লগা ফংবা নুংঙাইবনি । মসিদা নত্তনা ভবভূতিনা সাহিত্যগী রস হায়ববু অৱাবগী রস ‘করুণ’ মথন্তনি হায়রম্মি । মরম অদুনা সাহিত্যদগী ফংলিবা নুংঙাইবা অসি লন্নাইগী থাক্তা ওইরিবা অৱা অনাগী ঈহুন্দগী নাম্থোল্লবা মীওইবগী পূক্নিংগী ঈহুন কয়ানা তিল্লবা অঙকপা শক্লোন ওইবা তাই ।

অহোংবা হায়বসি মহৌশাগী লোনচৎনি । ঐখোয়না লৈরিবা সমাজ, ইতিহাসকী থেংখাং কয়াদা হোংদুনা লাকই । সমাজগা খূৎশম্নদুনা হিংলিবা সাহিত্যসু হোংই । অদুম ওইনমক সমাজগী চাওখৎলকপগী খোঙচৎকা সাহিত্যগী খোঙচৎকদি মান্নদে । তরানীপানশুবা চহীচাদা জে.জে. রুসোনা (১৭১২ - ১৭৭৮) সমাজগী চাওখৎপগী খোঙথাংগা কলাগী খোঙচৎকা মান্ননা চৎতে হায়বসি অহানবা ওইনা হৌদোরকখি । বিজ্ঞান অমসুং শিনশারোনগী চাওখৎপগী মওং অদু কলাগী লমদা পানশিনবা য়াদে । অদুমকপু, মতমগী মতুংইন্না সাহিত্যগী অনৌবা মচল কয়া থোরকপা, ৱাখলদা মীৎয়েংদা অচৌবা অহোংবা লাকপা, অসিগুম্বা অহোংবশিং অসিবু সাহিত্যদা খূমাংচাওশিনবনি হায়না লৌবদি য়াই । অদুগা মসিনা হৌপ্রবা মতমগী কবিশিংগী হেন্দোক থোইদোকপা খূৎইশিংগা, অনৌবা মতমগী কলাগী খূৎশেমশিংগা চাংদম্নদুনা অথোই অহেন লেপ্পগী মীৎয়েংদি নত্তে । অদুদসু নত্তনা, সমাজগী ইতিহাসকী থেংখাং অমদগী অমদা হেন্না চাওখৎপগী থৌওং অদু সাহিত্যদদি পানশিনবা য়াদে । শম্না হায়রবদা, খ্বাইনা লৌনরিবা চাওখৎপগী ৱাখল অসি সাহিত্যগী মতাংদদি খেন্নৈ । [illegible] মতম চুপ্পগী ওইবা লেঙদবা মশক অমা

লোয়নদুনা লৈ থাজনৈ । মীৎয়েং অসিদগী হোংবা নাইবা তাইবঙদা হোংনাইদবা মরমচৎ শাগোন্নবা সাহিত্য কলাদা হেন্না ফগৎলকপা নৎত্রগা চাওখৎলকপা হায়বসি লৈতে হায়বা অকনবা মত কয়া লৈ ।

সাহিত্যনা কলাগী নুংঙাইবদু শীবতা নত্তনা পুন্সিগী অঙকপা শক্তমবু য়ৌশিন্না উহন্নবগী থৌদাংসু পাঙথোকই । অশেংবা তাইবঙ অমসুং কলাগী তাইবঙ অনীসি খেন্নে, য়াম্নসু মরী লৈনৈ । অশেংবা তাইবঙদা ফংদবা মনীংতম্বদু কলাদা ফংই । কলাগা অশেংবা তাইবঙগা ওন্ন তৈনৈ অদুগা পূন্নসু লৈমিন্নে। মতৌ অসুম্না সাহিত্য কলানা মতম অমত্তদা শক্লোন অনী লৌই । অমনা, উরি তারিবা অওইবা শক্তম; অমনা অইবগী কল্পনাগী । অনীসিগী মনূংদা অমা হেক মাঙখিবদা অইবনা মশাগী ওইবা ব্রাখলগী মঙলান্দা লূপখিদুনা সমাজদগী থৈদোকখ্রবা অলৌকিক নৎত্রগা অধ্যাত্মিক ওইবা সাহিত্যগী শক্তম লৌরকই । নৎত্রগনা অয়ুক নুমিদাংগী চারি শেৎলিবা পুন্সিদা হেন্না নকশিনখিদুনা কান্নবতমক থিবা 'য়ুতিলিতরিয়ান' সাহিত্য ওইরকই । কলাগী তাইবঙদদি অওইবা অমসুং ওইদবা পূন্না মনীংতম্না হিংমিন্নে । অদুম ওইনমক, কলাগী পূনশিন্নরবা তাইবঙদা অওইবা অমসুং ব্রাখলনা শাগৎপা অনীগী মরক্তা লানশিন্নবা য়াদ্রবা পল অমনা থিংবদি নত্তে । কবিশিংনা অওইবা অমসুং কলাগী পূনশিন্নরবা তাইবঙ অনীগী লংদাইদা, অতোপ্পা নুংগী তাইবঙ অমা থিনবা হোৎনৈ, অপাববুসু মদুগীদমক শেমশাহল্লি । সাহিত্যগী পূনশিন্নরবা তাইবঙদা থাঙ্গৈশেংবা তাইবঙদা মনীংতম্না হায়ঙমদবা কয়া হায়নবা, ফংঙমদ্রবা অমসুং ফংলরোইদবা কয়া ফংহন্নবা তত্তনা হোৎনৈ । মতৌ অসুম্না, অখণ্ড অহৈশিংনা কলানা অওইবগা পূন্না হিংমিন্নদুনা "অনৌবা অওইবা মশক" (নিউ রিয়েলিতি) অমা শেম্মি হায়রম্মি ।

অরোইবদা, সমালোচনাগী মরমদা খরদং পনবা য়াই । কলাগী খূৎশেমশিংবু নৈনবদা মসিনা মচুম্মে নৎত্রগা মরোইরে হায়বা লৈতে । সমালোচনাসু কলা অমনি । সমালোচনাগী কাঙলোনশিংগী মতেংনা সাহিত্য নৈনবদা কূপশিন্না উবা ঙমহল্লবসু ফজ-নুংঙাইবগী মশক লেপ্পদি মসিগী নিয়মশিংগী মখা পোন্দে । মীনকেতন, নীলকান্তনচিংবা সমালোচক য়াওদ্রবসু 'মাধবী' বু মীয়াম্না অদুম্মক পাম্নদুনা লাকই । ফনমক ফবা সমালোচক ওইদুনসু নৈনরোল অমত্তনা সাহিত্যগী খূৎশেম অমগী অচুম্বা শক্লোনশিংবু মপূংফানা উৎপা ঙমদে । সমালোচক্লা মহাক্লা

পামজরিবা লাইব্রিক অদুগী শরুক খরবু ময়েক শেংনা উহনবা ঙম্মি । অদুবু মদুদগী হেন্না হায়বদি ঙমদে । অখাবা, অথুম্বা নংত্রগা অশীনবগী মহাও, অপান্নবা থেংনদ্রবদি ম্বাহৈনা তাকপা ঙমদবগুম কলাদি অনুভব তৌনবনি । সমালোচনাগী মথৌদি মদুবু মতেং পাংবনি । নাথৈদুনা নংত্রগা লোংশিন্দুনা থম্লিবা ফজববু চিংথোক্লবা থৌরাংনি । মরম অদুনা সমালোচনাগী পান্দমদি সাহিত্যগী খুৎশেম্ম ময়েক লানা খঙহনবা, মদুগী ফজববু উৎপদা কদায় ফাওবা মায় পাকপা ঙম্লবগে হায়বদু চাংয়েং তৌবনি । মসিনা শৈরেং নংত্রগা কলাগী খুৎশেম অমদা য়াওরিবা মখল মথেলগী পুল্সিবু অপাবদা উহনবা ঙম্লিবমখৈ মহৈ য়ানবা সমালোচনানি লৌবা য়াই ।

### *References*


1. Rene Wellek and Austın Warren, 1968. *Theory of Lıterature,* London.
2. V. Raghavan & Nagendra (Eds.), 1970. *An Introductıon to Indian Poetics,* Madras.
3. Lidiya Novikova (Ed.), 1983. *Civilisation and the Historical Process,* Moscow.
4. David Daiches, 1997. *Critical Approaches to Literature,* Calcutta.

# সাহিত্যগী ইতিহাস

সাহিত্যগী নৎত্রগা করিগুম্বা সমাজগী চৎনবী অমগী চাওখৎলকপগী অমসুং মশক হোংলকপগী মরী মখোঙ নীংথিনা খঙদ্রবদি সাহিত্যগী অমসুং চৎনবী অদুগী ইতিহাসপু মমুৎতানা নৈনবা ঙমদে । কনাগুম্বনা সাহিত্যবু মীওইবগী নৎত্রগা সাধারণ ইতিহাসকী শরুক অমা ওইনদা য়েংই । কনা অমনা কলাদদি সমাজগী থেংথাং অমদগী অমদা চাওখৎলকপগী মওংসি নৈতে হায়নিংই । অসিগুম্বা ফিভমসিদা সাহিত্যগী ইতিহাস ইবা অরায়বা নত্তে । সাহিত্য অমসুং ইতিহাস অনীমক মফম অমসুং মতমগা মরী লৈনৈ । অদুবু সাহিত্যগী ইতিহাসকা অতৈ বাজনীতিগী নৎত্রগা সমাজগী ইতিহাসকা খৈন্নে । সাহিত্যদি মফম মতমগী পংখৈ লান্না হিংবা ঙম্মি, অদুগা ইতিহাসনা মফম মতমগী অচেৎপা লৈইনা তত্তনা কোয়শিন্দুনা লৈ লৌনৈ । মতমগী অকোন অহানগী পবীং নাইনা শেল্লবা লাইরিকশিংগী মশক তাকপা ব্বারোল ওইনা লৌবতনা সাহিত্যগী ইতিহাসকী মপুং ফাবা শক্তম ওইবা য়াদ্রি। ইরল্লিবা মীওইশিংগী নৎত্রগা শৈশেল্লিবা ব্বাকমাশিংগী থোইদোকপা মতৌ অমসুং মখোয়গী পুল্লিদসু মীৎয়েং চংবগী তংঙাইদবা লাকই । অইবা অমসুং মখোয়গী লাইরিকশিংগী অহান অকোন পরীং নাইনা খোমজিন্দুনা শেমশাদুনা থম্বতনা সাহিত্যগী ইতিহাস ওইবা য়াদে । মাঙলমচৎতগী লেপ্তুনা চেছ্বরক্লিবা তুংদসু চেষ্টখিগদবা অহোংবগী মরুম থুপ্লিবা হোংদবা মশক অদুবুসু উৎনবা তৌরাং তৌবা তাই । মীরোল অমদগী অমদা চাওখৎলক্লিবা নৎত্রগা হোংলক্লিবা ইতিহাসকী পরীংদা অইবশিংনা করম্বা মফম কল্লিবগে, মাঙদা লৈরম্বশিং অমসুং তুংদা লাক্লিবশিংগা মখোয়গা কদায় ফাওবা মরী লৈনরিবগে হায়বদু পুথোক্লবা হোংনফম থোকই ।

লোন অমগী মশক্লাইবা কবি অমনা মসিগী সাহিত্যদা ঈথিল পী তুংদা লাকপশিংনসু মশানা খঙনা নৎত্রগা খঙদনা মতুং ইল্লি । ইতিহাসকী তাংকক

অমগী, অইবশিংগী ব্রাখল মীৎয়েং, পান্দম অমসুং খুৎইদা চাউরাকপা অপূনবা মান্নবা মশক উবা ফংই । মতৌ অসুম্না সাহিত্যগী ইতিহাসনা অইবশিং অসিগী অমগা অমগা লৈনরিবা মরী পুথোক্তুনা, সাহিত্যগী ঈহৌশিংগী চাওখৎলকপা, মরায় চায়থরকপা, ঈহৌদুদা মপানতাংদুনা থোরকখিবা মশক্লাইবা অইবশিং অমদি মখোয়না সাহিত্যদা পীরিবা ঈথিলবুসু মীৎয়েং চিংশিল্লি ।

সাহিত্যগী ইতিহাস হায়বসি অমরোমদা খুন্নাই অদুগী সংস্কৃতিগী শরুক অমনি । ইতিহাসকারশিংনা মফম মতমগী ফিভম অদুগী ব্রাংমদা সাহিত্যগী ইতিহাস ইদে । মতম মতমগী অপাম পামদগী মীৎয়েং সাহিত্যগী ইতিহাসতা মঙাল তাই হায়বা য়াই । মরম অদুনা করিগুম্বদা, ইতিহাসকারশিংনা সাহিত্যবু সমাজগী জাতিগী ইতিহাসকী লেঙদবা চেরোল (দুক্যুমেন্ত) ওইনতা য়েংই । অদুগা সাহিত্যবু কলা ওইনতা লৌবা কাঙবুনা, সাহিত্যগী ইতিহাস শাগৎপদা মপূং ফাবা ঙমদে । মখোয়দা ইতিহাসকী মনুং হুনজিনবা মীৎয়েংদু ব্রাৎপা মরম্না মখোয়গী খূৎইশিংদা কবিশিংগী মরমদা ইবা, শম্নবা ঙমদ্রবা নৈন-ব্রারেং ময়ামগী পরেং শমজিন্নদুনা থম্বগী শক্তমদু উবা ফংই । মদুগা লোয়ননা সাহিত্যবু কলা অমা ওইনা হৌরকপা অমসুং চাওখৎলকপগী ইতিহাস নৈনবগী মহুত্তা কবিশিংগী অমসুং মখোয়না ইরম্বশিংগী নৈন-ব্রারোলশিং অদুবু অকোন অহানগী মতুংইন্না থম্বরোমদা নৎত্রগা সমালোচনা ওইনা চৎথৈ । মরম অদুনা, লোনগী অমসুং অলংকারগী ফজবনা অপাবদা করি ঈথিল পীবগে হায়বদু মরীকচুম্না শৈথাবদা পেল্ছোকপা তারকই ।

সাহিত্যগী ইতিহাস ইবদা রাশিয়াগী অহানবা ওইনা অনৌবা, অহোংবা পুরকখিবা নিকোলাই টিখোন্রাভোব (১৮৩২-১৮৯৩) না সাহিত্যগী ইতিহাসপু 'অখন্নবা অইবশিংগী ফজ-নুংঙাইবগী নৈনরোল (ইস্থেতিক এনালিসিস) ময়ামগী পূন্সিল্লবা খূৎশেম নত্তে । মখোয়গী সাহিত্যগী হেন্দোক থোইদোকপা মতীক ময়াইদা ঙক্লা শুম্মৎপসু নত্তে । সাহিত্যগী ইতিহাসতি, সাহিত্যনা য়াওরিবা সমাজ অদুগী লৌশিংগী অমসুং নৈতিক অবস্থাগা মরী লৈননা সাহিত্যগী ইতিহাসকী খোঙচৎ অদু শন্দোক্লা তাক্কদবনি' (হিস্ট্রি ওফ রাশিয়ন লিত্রেচর, ১৯৮৯ : ২৮) । ফ্রান্সকী সমালোচক অমসুং ইতিহাসকার তেইননা সাহিত্যবু জাতি, মফম অমসুং মতমগী পোৎথোক ওইনা য়েংলম্মি, সমাজগী চাওখৎপগা সাহিত্যগী চাওখৎপগা মান্ননা লৌরম্মি । অসুম্না মহাক্লা সাহিত্যগী ইতিহাস শাগৎনবা হোৎনখি । তৌইগুম্বসুং

সমাজগী চাওখৎপগা কলাগী চাওখৎপগা নৎত্রগা মশক হোংলকপগা মান্ননা যেংবগী মহুত্তা সাহিত্যগী ইতিহাসতি সমাজদুগী মনুংদা লৈবিবা কলাগী অমসুং জাতি অদুগী পূক্লিংগী চাওখৎলকপগী ঈচেলগা মবী লৈননা যেংবা তাই । মরম অদুনা কনাগুম্বা সমালোচকশিংনা বিনেসাঁস নৎত্রগা বোমান্তিসিজমবু অকক্লবা মতমগী পংখৈনুংদা থমদুনা নৈনবগী মহুত্তা অইবশিংগী পূক্লিংগী ফীভম ওইনা লৌনবকই । সাহিত্যগী ইতিহাস ইবশিংনা সাহিত্যবু মতম মতমগী সমাজগী হোংলক্লিবশিংগী মঙাল মশেক ওইনা লৌবদগী শাংলবা ইতিহাসকী মকওইনা সাহিত্যগী চৎনপবীংদগী থোবকপা অপূনবা পোৎথোক ওইনা লৌবনা হেন্না চুমগনি নীংই । হৌর্জিক্তি সাহিত্যগী ইতিহাস ইবগী লমদা অনৌবা অহোংবা কযা লাক্লে ।

লোন অমগী সাহিত্যগী ইতিহাস ইবদা খুদোংচাদবা কযা তত্তনা মাযোক্লবা থেংনৈ । অদুবু সাহিত্যগী ইতিহাসকী মকওইবিবদি হৌখিবদা ইবম্বশিংদু মতমগী অহান অকোন মতুংইন্না থম্বদা নত্তে, অহোংবশিং অদু শুগাইনা তাকপনি । ইতিহাসকী তাংকক অমদা, কবিগী অমদি কবম্মা হোংলিবনো, সাহিত্যগী পবীংদা শীংথানবা যাবা কবম্বা মশক থোবকপগে হাযবদু উৎপগা লোয়ননা মসিগী হৌবকপা অমসুং মবায চাযথবকপগী খোঙচৎশিংদু মবী মখোঙ লীবা চঙই । মদু নৎত্রবদি কলাগী খূৎশেম অদুনা অপাবদা পীবিবা ঈথিল উৎপা, হান্নগী চৎনবীদা পেন্থোকপা তাবকই ।

১) সাহিত্য কলাদা হোংনবগী মচাক মশানা য়াওজৈ । লোযননা অকোয়বদা লৈবিবা নাকয়েৎকী হোংলক্লিবা ফীভম কযাদা, অনৌবা মী কাঙলুপ নৎত্রগা মীবোল থোবকপা কয়াসিনা সাহিত্যগী হোংলকপগা মবী লৈনৈ । মবম অদুনা অহোংবসি নুংগী ওইবা হাযবদি সাহিত্যগী মচল মনুংদা লীশাং শীৎনা চৎথবকপগী অহোংবা পান্নকপদগী অমদি খব অমনা সমাজগী, জ্ঞানগী অমসুং সংস্কৃতিগী অহোংবা কযানা ওইবকপা যাই।

২) সাহিত্যগী ইতিহাসতি অযাম্বনা অতৈ সাহিত্য নত্তবা থৌওংশিং যাওদ্রবদি শাগৎপা যাদবা ওইনা লৌনৈ । অখণ্ড অহৈশিংনা সাহিত্যগী ইতিহাসপু সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাগী ইতিহাসকী শকক অমা ওইনা লৌই । হেনবী মোর্লিনা সাহিত্যবু জাতিগী পুন্সি ৱাবীনি হাযবম্মি । মতৌ অসুম্না ইবম্লিবশিং অযাম্বা ইতিহাস ওইবগা কলাগী ইতিহাস ওইদবা, অদুগা অমনা কলা ওইবগা ইতিহাসতি ওইবা ঙমদবগী খুদোংচাদবশিং মাযোক্লবা তত্তনা থেংনৈ ।

৩) মসিগীসু মথক্তা সাহিত্য কলাগী হৌরকপা অমসুং চাওখৎলকপগী ৱাফম অসিমক য়েংননীংঙাই কয়া লৈরি। ডব্লু. পি. কর (W.P. Ker) না সাহিত্যদি মতমচৃপ্পগী লেঙদবা মশক অমগা শগোন্নদুনা লৈবনা মসিগী ইতিহাস লৈতে লৌই। টি.এস. এলিয়টনসু কলাগী খৃৎশেম অমগী হৌখিবা হায়বা অমা'মুক লৈতে, হৌখিবসু, হৌজিকসু পূন্না লৈমিন্নবনি। মরমদুনা সাধারণ ইতিহাসকা খেন্নে। অমনা হৌখিবগীনি, অমনা হৌখিবা অমসুং হৌজিক্কীনি। রেনি ৱেল্লেকনা 'ক্রোসে' অমসুং 'কর'গী ৱাফমবু অচুম্বনি উৎলদুনা হায়রম্মি :

> There is no progress, no development, no history of art except a history of writers, institutions and techniques. This is, at least for me, the end of an illusion, the fall of literary history. *(Wellek,1982:77).*

মথক্তা পল্লিবশিংসি ইতিহাসকী ওইবা সমাজগী শক্লোনশিংবু মশক তাকপগী অমসুং কলাগী চাওখৎলকপগী মশাগা শাগোন্নজবা সমস্যাশিংনি হায়বা য়াই।

*সাহিত্যগী ইতিহাস অমসুং সমালোচনা*

সাহিত্যগী ইতিহাস অমসুং সমালোচনা য়াম্না নক্লবা মরী লৈনৈ। অমনা অমবু থৌওইদবদা অনীমক্তা তোংজবদগী মাঙবনা হেল্লি। সাহিত্যবু অখণ্ড অহৈশিংনা মওং অনী থোক্লা নৈনৈ। অমনা : সাহিত্যগী মচলশিংনা চাওখৎলকপগী অমসুং তেক্সশিংনা অমগা অমগা লৈনরিবা মরীশিংগী ৱাফমশিংদু য়াওদনা সাহিত্য কলাগী খৃৎশেম অদুতমক নৈনৈ। অমনা : অতোপ্পা সাহিত্যগী খৃৎশেমশিংবু পুথোরক্লিবা সমাজগী অকোয়বদা হোংলক্লিবা, সাহিত্য নত্তবা শক্লোনশিং য়াওনা নৈনবা মওংনি। সমালোচনাদদি হায়রিবা মওং অনীসি খাইদোক্লবা য়াই। অদুগা সাহিত্যগী ইতিহাসতদি অনীসি খাইদোক্লবা য়াদনা ননশিন্নদুনা লৈ। করিগুম্বা লোন অমগী সাহিত্য, কলাগী হৌরকপগী হীরম অমসুং খৃৎইগী অনৌবা হোংলকপগী অমদি সাহিত্যগী অনৌবা মচলশিং থোরকপগী খোঙ্গুল লীরকপদা সাহিত্যগী পংখৈ মনূংদা নৈনবতনা ময়েক শেংনা উৎপা ঙমদে। মরম অদুনা সাহিত্যগী ইতিহাসনা অহোংবা পুরকপদা ঈখিল পীরিবা অতে অতোপ্পা নাক-য়েৎকী শাফুশিংবু থৌওইদবা য়াদে। তৌবতবু বেকননা হায়রম্বগুম্না, ঐতিহাসিক ওইবা মওংদা অশেংবা ৱারোলশিংদু মরক মরক্তা লন্নাইগী মীৎয়েং থেৎচিন্দুনা পাউদমগনি; সমালোচকশিংগুম্না

থাগৎ-থাদ তৌদুনা মতম মাঙহন্দবা তাই।

কনাগুম্বা সমালোচকশিংনা হৌখিবা মতমগী মীয়ামগী পূক্নিং মতা, ৱাখল অমসুং পাদমশিংনা মতমদুগী সাহিত্যগী খূৎশেমশিংগী মশক লেপফম থোকই, হৌজিক্কী মতমগী ৱাখলনা খূৎ থিংজিনফম থোক্তে হায়না লৌই। অসিগুম্বা নৈনবগী মওং অসিনা ইতিহাসকী তাংকক খূদিংগী অতৈগা মান্নদবা চৎনবী, সেন্সিব্লিতি, সমালোচনাগী মীৎয়েং থোরকই হায়না লৌই। অসিগুম্বা হিস্তোরিকল রেলেতিভিস্তশিংগী হেঞ্জিনবা মীৎয়েংনা সাহিত্যগী ইতিহাসপু শম্নদবা, খণ্ডবা ৱারবা মচেৎ কয়ামরুমগী পরীং অমা ওইনা উহল্লকই। কলাগী খূৎশেমগী অর্থদি মনীং তম্মি। অইবগী অমসুং মাগী মতমগী সমালোচকশিংনা হায়নিংঙিবা নৎত্রগা হায়রিবা অদুতনা অরোইবা নত্তে। মরম অদুনা কালিদাসপু নৎত্রগা সেক্সপ্যারবু হৌজিক ফাওবা নৈনরি, মতুংদসু নৈরকখিগনি। মতমসিগী সমালোচক অমনা মাগী মতমগী পূক্নিংগী মওং, ইবগী চৎনবীনা তরানীপালশুবা চহীচাগী নৎত্রগা মসিগী মমাঙগী সাহিত্যবু নৈনবদা মপূং ফাবা ওইরোই। মতৌ অসুম্না হৌখিবা মতম অদুগী য়ানরবা চৎনবী নিয়ম মতুংইন্না মমল লেপ্পনসু অরোইবা ওইবা য়ারোই। মরম অদুনা ৱেল্লেকনা সাহিত্যগী খূৎশেম অমগী অর্থ পুথোক্লবা হোৎনবদা অইবগী নৎত্রগা সমালোচক অদুগী মতমগী মীৎয়েংদগী নত্তবা তোঙানবা অহুমশুবা মতমগী মীৎয়েংদগী য়েংগদবনি হায়রম্মি (ৱেল্লেক, ১৯৬৮ : ৪৩)।

সাহিত্যগী মগুণদি মসিবু পুথোকলিবা অইবগী মতমদুগী অমদি মতুং তারকপা মীরোলশিংগী মতীক মগুণ (ভেল্যু) না লেপ্পি। কলাগী খূৎশেমদা মশাগী ওইজবা লেঙদবা শক্তোন য়াওরি অদুগা মসিনা তত্তনা হোৎলিবা, লেপ্তুনা চেষ্টরিবা ইতিহাসকী মশকসু ওইরি। শম্মা হায়রবদা অহোংবা অমসুং হোংদবা মায়োক্লবা শাফু অনী তিন্নবগী শক্তম অমা কলাদা উবা ফংলি। সাহিত্যগী ইতিহাসনা সমালোচনাবু থৌওইদবদি য়াদে অদুমওইনমক মসিগী মথৌদি সমালোচনাগী পল অসিবু লাষ্ণোক্তুনা থাঙ্গৈশেংবা লাইরিকশিংদু য়ৌনবা লম শেম্বনি। সাহিত্যগী ইতিহাসনা মাঙলমচৎকা খূৎশম্নদুনা হৌগ্রববু অমুক হন্না শাগৎতুনা মতমদুগী পুক্নি মীৎয়েং, মমল লৈনা লৌরম্বা ৱাখল, অপাম পামদা পূম্বা শাগৎতুনা উৎনবা হোৎনৈ। সমালোচকনসু সাহিত্যগী খূৎশেম অমবু ফৈ-ফত্তে হায়বা লন্নাইগী মীৎয়েংদগী হেন্না কূপশিন্না নৈনবা তারবদি সাহিত্যগী ইতিহাসপু খণ্ডবগী তংঙায়ফদবা লাকই। অদু নৎত্রবদি

সাহিত্যগী পোৎথোকশিংগী অমগা অমগা লৈনরিবা ঐতিহাসিক ওইবা মরীশিং অদু শেংনা উবা ঙমদবদগী, কলাগী খূৎশেমশিং অদুগী অশেংবা মমল লেপ্পদা পাংশোয় নাইরকই।

সাহিত্যগী ৱাখল অসিমক মতমগী মতুংইন্না হোংই । উপন্যাস, ৱারীমচানচিংবা সাহিত্যগী মচলশিং হান্না লৈরমদবদগী কোন্না লৈরকপনি । ইংলণ্ডদা তরামরিশুবা চহীচাগী ময়ায় চল্লকপদা মরাল লৈরবশিংদা লাইরিক হৈবা নৎত্রগা হৈতবা 'লেজিৎ অমসুং নন লেজিৎ' খণ্ডোক্লবগীদমক বাইবলগী ৫১ শুবা সাম পাহল্লম্মি । পাবা থোক্লবশিংদি লাইরিক হে হায়দুনা অহকপা চৈরাক পীবা চৎনরমদে । হৌজিক্কী, সাহিত্যবু ক্রিয়েতিভ নৎত্রগা ৱাখলগী খূৎশেম ওইনা খণ্ডনবা হৌরকখিবদি চাউরাক্লা তরানীপালশুবা চহীচাদগীনি । বৃটিশনা লৌশিন্দ্রিঙৈ অনৌবা মতম মমাঙগী ভারতকী সাহিত্যদি লাইব্রা লাইশোল, জগোয়, ঈশৈ নোংমাইনচিংবা অতৈ শৈরোলশিং মওং অমা নৎত্রগা অমদা য়ানশিন্নবা কলাগী মখলনি হায়বা য়াই । মসিবু য়েংলিবা, তারিবা অমদি পাঙথোকপগী পান্দমসু হৌজিক্কীগা খেন্নৈ । কলাগী মচলশিং অসিগী পংখৈ অসি য়াম্না নকশিন্নৈ, মখোয়গী মরক্তা লেঙদবা ঙমখৈ লৈতে হায়বা য়াই । অঙনবা মতমদদি সাহিত্য হায়রগা অসিগুম্বা মখল মথেলগী খুঞ্জাও লৈচাউনবা, পোখোক পুথোক্লবগী থবক থৌরমশিংগা মরী লৈনবা, লাইব্রা লাইশোলনচিংবা শৈরোলশিংবু খণ্ডনরম্মি । মসিগী পংখৈ য়াম্না পাক চাউনা কোনশিল্লম্মি । শৈশক শৈরোল নৎত্রগা ৱারী ঈশৈ পূম্বা লৈবাক খুন্নাইদা থৌরম অমা নৎত্রগা অমদা চন্নফম লৈরম্মি । সাহিত্যগী করি মতীক ময়াই চেনগদগে নৎত্রগা মসিগী পংখৈ করিনা ওইগদগে হায়বদা থোইদোকপা মীৎয়েং চঙলমদে । মরমশিং অসিদগী কনাগুম্বনা সাহিত্যগী ইতিহাসপু, সাহিত্য ওইবা য়াবশিংগী ইতিহাসনি হায় । করিগীনো হায়ববু ঐখোয়না করম্বা খূৎইবু সাহিত্যনি হায়গনি, করম্ববুনা খন্দোক্কনি ? মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা মতমগী অইবশিংদা অপান্নবা ঈথিল পীরিবদি নোংচুপকী শিক্ষা অমসুং লমদমসিগী হান্নদগী লৈরম্লবা চীথাংগী সাহিত্যনি । অনৌবা মতমগী অইবশিংনা ঐতিহাসিক ওইবা মরম কয়াদগী অরিবা সাহিত্যদা পঙনা চঙশিনবা ঙমদে ।

হোংলক্লিবা মীয়ামগী পুন্সি রাজনীতি, সমাজগী মীৎয়েং (আইদোলোজি) হোংলকপগা লোয়ননা সাহিত্যসু হোংলকই । সাহিত্যগী ইতিহাসকী মরুওইবা পান্দমদি মীরোল অমদগী মীরোল অমদা হোংলক্লিবা সাহিত্যগী খোঙচৎপু খোঙ্গুল

লীবনি, মসিগা লোয়ননা মশক মওং, ৱাখল মীৎয়েং, হীরমনচিংবদা হোংলক্লিবশিংবু উৎপনি। মরম অসিদগী হদসন্না সাহিত্যগী ইতিহাসকী মরুওইবা মীৎয়েংদি য়াৱিবমখে মরম পীদুনা তাংকক অমদগী অমদা হোংলক্লিবা সাহিত্যগী শক্লোনশিং অসিগী মরীকচুম্বা ৱারোল অমা পীবনি হায়রম্মি (হদসন, ১৯৭৬ : ৩-৪)।

*মতম খায়বা*

সাহিত্যগী মতম খায়রিবা পূম্বা মী মীগী অপাম্বা মওংদা খুদোং চানবগীদমক খায়বনি। তৌবতবু খায়বিবদুগী মতীক চাবা মবমদি লৈবা তাই। অদুগা তাংকক অমগা অতোপ্পা অমগা লানশিন্নবা য়াদে হায়বসু লৈতে। শাংলবা ইতিহাসকী পৰীংদা পাকশন্না লৈবিবা সাহিত্যগী মচাকশিংবু খোমজিন তাশিন্দুনা তাংকক নাইনা খায়দোক্তুনা থম্বনা মসিবু নীংথিনা নৈনবদা খুদোং চায়। সাহিত্যগী মতম তাংকক (প্যেরিদ) হায়বসি সাহিত্যগী করিগুম্বা চৎনবী, ফিদম অমসুং নিয়ম-শিংগী থোইদোকপা মশক উৎপা, মখোয়শিং অসিগী চৎনবকপা মশা মরেং ফল্লকপা অমসুং মবায় চায়থখিবশিং অদু খোঙ্গুল লীবা য়াবা মতমগী শকক অমনি (ৱেল্লেক, ১৯৬৮ : ২৬৫)। মতমগী শকক খূদিংগী ইতিহাসকী ঈচেলগা চেংনা থাগোন্নদুনা লৈববা নিয়ম অমসুং চৎনরোল য়াওরি। অদুম ওইনমক তাংককশিং (প্যেবিদ) অসি অতৈদগী পূংখেন খেন্নবা মশাগী মশক লৈজবা নৎত্রগা অহৌবা অবোইবা নাইদ্রবা মতমগী ঈচেলদা চহী য়াংখৈগী নৎত্রগা চামগী খুদোংচাবা য়েংদুনা হেক্তমক খায়দোকপগী মওংদি নত্তে।

সাহিত্যগী মতম খায়বসি অয়াম্বা মতমদা রাজনীতিগী অহোংবগী মতুংইন্না খাযদোকপা থেংনৈ। মদুনা মতম লেপ্পসি রাজনীতি অমসুং সমাজগী ইতিহাস ইবশিংগী মখূত্তা পুমথা থাদোকপগী ৱাফম লাকই। তাংককশিং অসি নিংথৌ নৎত্রগা লৈবমলেনশিংগী মিংদা মখোয়না পানবা হৌবা অমসুং লোইবগা মবী লৈননা থোক্লি। ডব্লু. ঐচ. হদসন্না নিংথৌ মহারাণীগী মিংদা সাহিত্যগী তাংককশিংগী মিং থোনবগী মহুত্তা মতমদুগী মশক্লাইবা অইবশিংগী মিংদা থোনবনা হেন্না চুমগনি হায়রম্মি। অদুদসু নত্তনা হৌজিক্কী মতমদদি এলিজাবেথকী, ভিক্তোরিয়াগী, খাগেম্বগী নৎত্রগা গরীবনিৱাজগী মতম হায়রগা মখোয়না পাল্লম্বা মতম অদুবু খঙনবদগী কলা, সংস্কৃতি অমসুং জ্ঞানগী লমদা পুরক্লিবা অহোংবশিং ওইনা হেন্না খঙনরক্লে। রাজনীতিগী ওইনা লৌরম্বদু মীওইবগী পূক্লিং ৱাখলগী থবক থৌওং

ওইরে । রোমান্তিসিজম, রিনেসাঁস অমসুং ক্লাসিসিজমনচিংবা সাহিত্যগী ঈহৌশিং অসি মতমগী লৈয়িনুংদা কোয়শিন্দুনা থম্বগী মহুত্তা মীওইবগী পূক্লিংগী ফীভম ওইনা লৌনরক্লে ।

শম্না হায়রবদা মতম অমদা লৌনরম্বা অর্থদা অহোংবা লাক্লে। ইতিহাসতি থাঙ্গেশেংনা অহৌবা অরোইবা লৈতবা লেপ্তুবা ঈচেলনি । চাউরাক্না মতম অমত্তদা লৈমিন্নরম্বা অইবশিং সাহিত্যগী তোঙান তোঙানবা তাংককশিংদা লৈবা য়াই । মিলতননা শিবা মতমদা দ্রাইদনগী চহী নীফুহুমদোই শুরবসু কবি অনীসি তোঙান তোঙানবা মতমদা থম্মি । তাংকক অমগী মনুং চল্লিবা অইবশিংদা (লাইরিকশিং) খেন্নবা কয়া লৈদুনসু, হীরম, স্বভাব, শৈলী অমদি মীৎয়েংদা অপূনবা মান্নবা মশক উবা ফংই । ইতিহাসকী তাংককশিং অসি অমগ'মগা লানশিন্নবা য়াদবা নৎত্রবসু, মখোয় খূদিংগী অতৈগা মান্নদবা থোইদোকপা মশক লৈ । অসিগুম্বা থোইদোকপা শক্তম অসি হোংলকপদা অতোপ্পা তাংকক অমা হৌরে হায়বা য়াই ।

সাহিত্যগী ইতিহাসকী পরীংদা তাংককশিং অসিগী থোইদোকপা মফম অমমম কন্দুনা লৈ, হান্নগী অরিবদগী অনৌবনা হেল্লি হায়বদু সাহিত্যদদি চৎনবা য়াদে । ইতিহাসকী তাংকক অমতনা হৌখিবশিং অদুবু মহুৎ শিনবা ঙমদে । তাংকক খূদিংদা সাহিত্যগী মমল লেপ্পবগী মীৎয়েং, অনৌবা ৱাখলগী মশক উৎলকই মদুগা লোয়ননা হান্নগী লেপ্তুনা চেষ্টরক্লিবা ঈচেলদুগী মশকসু উবা ফংই । তাংকক খূদিংদা মাঙলমচৎকী চৎনরোলগী খুনাম লৈহৌই, করিগুম্বদা অরিববুসু নৌথোকহল্লি, অদুগা অনৌবা শক্লোনসু থোরকই । অসুম্না সাহিত্যগী তাংককশিং অসিদা অহোংবা পাম্বা অমসুং পামদবা, অরিবা অমসুং অনৌবা অমগ'মগা শয়েং পাম্বোম ঙানরকপদগী থোরকপা অনৌবা শক্তিশিং অসিনা সাহিত্যগী ইতিহাসপু মপাঙ্গল হাপ্পি অমসুং হিংহল্লি । সাহিত্যগী তাংককশিং খায়বদা ঈশৈ নোংমাই নৎত্রগা ৱারীনচিংবা সাহিত্যগী মচলশিংবু মীয়ামদা য়ৌহনবগী মওং, মসিবু পুথোকপদা শরুক য়ারিবশিং, লোনগী য়াওন অমসুং সাহিত্যবু য়োকখৎপদা থৌদাং লৌরিবশিং অসিনচিংবা কয়াসি মীৎয়েং চিংশিনবা য়াই । মসিদসু নত্তনা তাংককশিং অসিগী, মতমগী মীৎয়েংগা চাননা ইতিহাসকী ফীভমনা লেপ্পা থোইদোকপা শক্তম (ভেল্যু) লৈ। ইতিহাসকী থেংখাং খূদিংদা হান্না উরমদবা অনৌবা মওংগী শক্তম পুথোরকই । অসিগুম্বা শক্তম অসিনা ইতিহাসকী খোঙচৎসিগী মশক লেপ্পি,

অদুগা শক্তম (ভেল্যু) অদুসু ইতিহাসতগী থোরকই । মরম অদুনা সাহিত্যগী তাংকক খাযবগী য়ুম্ফম অসি বাজনীতি অমসুং সমাজগী অহোংবশিংদা অপান্ননা মগানতাংবগী মহুত্ত্র, য়াবিবমখৈ সাহিত্যগী হোংলক্লিবা শক্লোনশিংদা ওইবনা চুমগনি হাযবা মত লৈরবসু সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগা শাগোন্নরিবা সাহিত্যগী ইতিহাসতা সাধারণগী ইতিহাসনা ঈথিল পী হায়বা য়াদবশিংগী ৱাখলবু বেল্লেকনা অপঙবনি হায়বম্মি (বেল্লেক, ১৯৮২ :৭০) । বাজনীতিগী,লাইনীংগী, লৈবাক্কী ঈহৌ অমসুং কলাবু য়োকখৎলিবা কাঙবুশিংগী অহোংবা লাকপগা লোয়ননা সাহিত্যদসু মশক হোংবা থেংনৈ ।

*ৱাবোই*

সাহিত্যগী অনৌবা খূৎশেমশিং অসুম অসুম হাপচিন্দুনা হেঙ্গৎলকপগা লোযননা সাহিত্যগী শক্লোনদসু অহোংবা লাকই । মতমগী মতুংইন্না হান্না লৈবমদবা সাহিত্যগী মচল (জেনব) থোবকই । মতম অমদা পান্নবম্বদু হন্থবক্তুনা অতোপ্পা অনৌবা মচল অমবুনা হেন্না পান্নবকই । কলাগী খূৎশেম অমবু নৌহৌনা অতোপ্পা ৱাহন্দোক পীনবকই । অসুম্না হোংলক্লিবা শক্লোনশিং অসিবু তাক্লবা অমসুং ৱাহংশিং অসিগী পাউখুম পীনবা হোৎনবসি সাহিত্যগী ইতিহাসকী মকওইবা মথৌনি হায়বা যাই । সাহিত্যগী ইতিহাসনা সমালোচনাগী নৎত্রগা সাহিত্য নৈনবগী মহুৎ শিনবা য়াদে । মসিনা সাহিত্যগা মীওইবগী থবক থৌবমশিংগা লৈনবা মরী উৎলি, অমবোমদনা সাহিত্য নৈনবশিং অমসুং সমালোচকশিংদা মখল মখাগী মচাক ফংহল্লি ।

হৌজিক্কী সাহিত্যগা চহী চাম্মী মমাঙগী সাহিত্যগা খেন্নবিবসি মতমগী খেন্নবনা ওইহল্লকপনি নৎত্রগা মতমদুগী সাহিত্যগী ফীভমগা হৌজিক্কীগা খেন্নবননি হায়বতনা ইতিহাসকী হোংলক্লিবশিংগী পবীংদু তাকপা ঙমদে । মসিদি মহৌশাগী ওইবা শক্লোননি । অতৈ থবায়পানবশিংদসু থোক্লিবনি । অহোংবশিং অসি সাহিত্যগী চৎনপবীং অসিগী মপুংদা নৎত্রগা মচি মতাইদা তপ্পা নৎত্রগা থুনা থোরকপা য়াই । কবিগুম্বদা হোংলক্লিবশিংদুগী মশক তাকপা ঙম্বা য়াই । অদুগা করিগুম্বদা তাকপা ঙমদবসু য়াই । হায়বিবশিং অসি সাহিত্যগী লোন অমসুং শৈলীগী মনুংদতা নৈনবা য়াদে । সাধাবণ ইতিহাসকী পংখৈ মনুংদসু নৈনগদবনি ।

কলাগী খূৎশেম অমতনা মতমগী খোঙচৎতা হোংবা নাইদনা খক লৈতে । নাটক উপন্যাসনচিংবা সাহিত্যগী মচলশিংগী তোঙানবা শক্তম লৈ । মখোয়শিং

অসিগী চহী কয়া লেঙদ্রবা মচং ওইবা মশক-মওং (স্ত্রকচর) য়াওরি। অদুবু হায়রিবা মশক মওং অসিমক অহোংবা নাইবনা অপাবশিংগী, অইবশিংগী অমসুং সমালোচকশিংগী মখূত্তা মতমগী মতুংইন্না মশক হোংলকই। কবিশিংগী থোইদোকপা মতৌ অমসুং কলাগী লেঙদবা মশক লৈরবসু সমাজগী তংঙায়ফদবশিংনা সাহিত্যগী ৱাখল ঈচেল, মমল লেপ্পগী নিয়ম, ৱারীমচলনচিংবা হোংলকই। সাহিত্যগী ইতিহাসনা অসিগুম্বা অহোংবশিংগী শক্তোনবু মশক তাক্লবা হোংনৈ। মতমগী পংখৈ অমগী মনুংদা পুথোক্লিবা মখল মথেলগী সাহিত্যগী অশেংবা শক্তম তাক্কদৌরিবা ইতিহাসকারগী থৌদাং য়াম্না চাউই। সাহিত্যগী ওইবা মশক অদুতা নত্তনা মসিবু পুথোকপদা থৌইনশিন পীরিবা নাকয়েংকী অশেংবা থৌদোক অমসুং ৱারোল কয়াদসু মীৎয়েং চঙবা তাই। মরম অদুদা 'সাহিত্যগী ইতিহাসনা ইচম চম্না হৌখ্রবশিংবু মতমগী মথং মনাও মতুংইন্না থম্বা নত্তে, মীওই কাঙলূপ অমগী সাহিত্যগী ঈচেলবু অমসুং মসিগী মহৌশাবু মশক খঙনবা হোৎনবনি'। (দাস, ১৯৯১ : ১৭)।

### References


1. Sisir Kumar Das, 1991. *A History of Indian Literature.* VIII Sahitya Akademi, New Delhi.
2. Rene Wellek and Austin Warren, 1968. *Theory of Literature,* London
3. W.H. Hudson, 1966, *An Outline History of English Literature,* Bombay.
4. W.J.T. Mitchell, (Ed.), 1997. *Critical Inquiry* 1997. vol. 23. No. 3 University of Chicago, Chicago, Illinois.
5. Rene Wellek, 1982. *The Attack on Literature and other essays,* England.
6. Dmitry Likhachev, (Ed.), 1989. *A History of Russian Literature; 11th-17th Centuries,* Moscow.
7. P.C. Kar, (Ed.) 1997. *Critical Theory: Western and Indian,* Delhi.

# ঐতিহাসিক নাটক

*হ্রাহৌদোক*

সাহিত্যগী মরমদা খণ্ডহৈরবা মীওই কয়ানা ঐতিহাসিক নাটক্কী মরমদা তোঙান তোঙানবা ৱাহন্দোক কয়ামরুম পীনৈ। ইতিহাসকী অচুম্বশিং খণ্ডহনবগা লোয়ননা কাব্যগী ফজ-নুংঙাইবগী মতৌ ফংহনবনা ঐতিহাসিক নাটক্কী অহানবা ঈথিলনি হায়বা য়াই। বেকনগী মতুংইন্না 'ঐতিহাসিক নাটক হায়বসি ইতিহাসকী মীংমাঙদা থোকপা নৎত্রগা হৌপ্রবা থৌদোকশিংগী হৌজিক্তা উবা মমিনি'। মরম অদুনা ঐতিহাসিক নাটক্তা হৌখিবা অমসুং হৌজিক্কী মরক্তা লৈরিবা লানশিন্নবা য়াদ্রবা চৈখল অদুবু লৌথোক্লবা হোৎনৈ।

নাটক ইবনা ইতিহাসকী ময়াম্না য়ানরবা ৱাফমশিংদু লৌখত্তুনা হৌখিবা সংসারগী দৃশ্য কয়া য়েক্তুনা হৌজিক্কী তাইবঙপান্দা পূক্লিং নুংঙাইহনবা, নীংথিবা মচাক কয়া পুথোক্তুনা উৎনবা হোৎনৈ। হৌখিবা থৌদোক ৱারীশিংবু মতম খরদংগী মনুংদা য়েংবা ফংহনবগী খুদোংচাবদু পীবা ঙম্মি। মরম অদুনা, ঐতিহাসিক নাটক্তসু মোদর্নিতিগী ৱাফমসি য়াওই। ঐতিহাসিক নাটক ইবশিংগী মথৌদি হৌখিববু মহাক্কী মতমগী মীওইগীদমক্তা অমুক হন্না শেমদোক্তুনা থম্বনি। হৌখিবা অৱাবা অমসুং হৌখিবা নুংঙাইবা পূম্নমক মীওইবগী পূক্লিংদদি খোয়থুম্নবগী মশক্নি। হৌখিবা অমসুং হৌজিক ওইরিবা সংসারগী মরক্তা করম্না তাইশিন্নবা য়াবগে হায়বদু ঐতিহাসিক নাটক্না উৎনবা হোৎনৈ। মীৎয়েং অসিদগী কোলরিজনা হৌখিবগা অমত্তা ওইনা নকশিন্নরকপা হায়বসিনা ঐতিহাসিক নাটক্কী অহানবা থৌদাংনি হায়রম্মি।

এ.টি. সেপার্দনা ঐতিহাসিক নাটক্কী মরমদা হায় : 'হিস্তোরিকল ড্রামা হায়বসি তৌদবা য়াদবা অমা ওইনা হৌখিবগী ৱারীনি, মদুদা কল্পনানা অশেংবা থোকখিবা থৌদোক্তুবু মতেং পাংই। অইবনা লৈহৌদবা, হৌখিবা যুগ অদুগী পুক্নিবু অমুক হন্না শেম্নবা অমসুং যুগ অদুগী এটমোসফিয়ারদা হিংদুনা লৈনবগীদমক ঐতিহাসিক নাটক্না হোৎনৈ'। মরম অদুনা, হৌখিবা ইতিহাসকী থৌদোক কয়াদা অইবগী

মশাগী ওইবা মীৎয়েং হাপ্পুনা, অমুক হন্না নাটকী মওংদা নৌহৌনা শেমদোকপসি ঐতিহাসিক নাটক্কী শক্তমনি হায়বা য়াই ।

*হৌরকপা*

ইতিহাসনা ড্রামাগী মচাক ওইবা য়াবা ৱাবী কয়া পী । জাতি অমগী ইতিহাসকী মপাল তাংদুনা ইবা, হৌব্রবা মতমগী নীংথিবা অমসুং অকল অথৌগী মশক উৎপ ড্রামা কয়া লৈ । মমাংঙৈদদি লাইতিনগা মবী লৈনবা ৱাবী অমসুং ইতিহাসকা থোইদোক্লা খেন্নবা কুপ্পা লৈরমদে । গ্রীক্কী ত্রেজিদি খৃষ্টানগী মিস্ত্রি অমসুং মিরাকল প্লেশিং অসি হিস্ত্রি প্লে কৌবা য়ারম্মি । এস্কাইলসকী 'দ পারসিয়ান' হায়বসি গ্রীক ড্রামাগী অমত্তা ঙায়রবা ঐতিহাসিক নাটকনি লৌবা য়াই । রোমানগী ক্রিতিকশিংনা অসিগুম্বা ইতিহাসকী মরমদা ইবা দ্রামাশিংবু 'ফেবুলা প্রেতেক্সতা' (fabula praetexta) হায়না খঙনরম্মি । তৌইগুম্বসুং মখল অসিদা সেনেকাগী 'ওক্তেভিয়া' হায়বা লীলা অদুতমক ঙায়হৌরে । ইংলিসকী খ্বাইদগী ঙল্লিঙৈগী হিস্ত্রি প্লেদি মোরেলেতি প্লেগী ঈথিল চঙই অমসুং পাউতাক পীনবনি লৌনৈ । ইংলণ্ডদা ১৫৮০ গী অথেংবদা ঐতিহাসিক নাটকশিং অসি মীয়াম্না য়াম্না পাম্নরকখি । মাবলোনা 'এদৱার্দ অনীশুবা' ইরম্মি; তৌইগুম্বসুং সেক্সপ্যারগী মখুত্তা লীলাশিং অসি অৱাংবা থাক্তা য়ৌরকখি । মখল অসিগী লীলাশিংদা খ্বাইদগী য়াম্বদি সেক্সপ্যারগী 'রিচার্দ অনীশুব' দগী হৌরগা 'হেনরী নীপালশুবা' ফাওবা ইরিবা লীলাশিং অসিনি । কুনশুবা শতাব্দীগী অহৌবদা দুমাজ, হ্যগো, পুস্কিন অমসুং স্ত্রিনবর্গনা হিস্ত্রি প্লে কয়া পুথোকখি ।

হিস্তোরিকল প্লে অয়াম্বা ত্রেজিদিনি । সেক্সপ্যারগী 'কোবিওলেনস' 'এন্টনি এন্দ ক্লেওপত্র' দ্রাইদনগী 'ওল ফোর লভ' অসিনচিংবা পুম্নমক ত্রেজিদিনি । দ্রাইদননা 'ওল ফোর লভ' অমসুং ' এন্টনি এন্দ ক্লেওপত্র' বু হিরোইক প্লেনি লৌরম্মি । মহাক্না অসিশুবা মখলগী লীলাদি নুংশিবা অমসুং থৌনাফবনা নৈন-হীরম ওইগদবনি হায়রম্মি । মশীং পঙয়াম য়ামদ্রবসু ইতিহাসতা য়ুম্ফম ওইবা কোম্মিদিসু লৈ । বর্নার্দ সোগী 'ইন গুদ কিং চার্লস গোলদন দেজ', আর: ঈ: সর্বুদকী 'দ মার্চ তু রোম' হায়বসিনি । অসিগুম্বা মখলগী লীলানা তাঙনা থোকপগী মরমদি মীওইবগী মৃত্তনা লৈহৌরিবা নীংশিং লাচন (রেকোর্দ) শিং অসি তয়াং তশোইনা থোকপগী পুক্নিগী থৌদোকশিং অসি নত্তে । নাটক ইবনা হৌজিক হৌজিকী ওইবা সমস্যাশিং

অসি উৎনবগীদমক ইতিহাসকী হীবম কয়া লৌখৎপা য়াই । ইতিহাসকী হীবম অদুনা অৱাংবা পূক্লিং ঈহুন, তাইবঙগী ওইবা মশক, কবিতাগী লোন্দা অমসুং মখল মথেলগী ওইবা ফজবা, অসিনচিংবা কয়া পুথোক্তুনা মতম অদুগী মীওইশিংবু সমাজগী থৌদোকশিংদগী লাপ্পা পুথোকপসু ঙম্মি । কবিগুম্বা প্লে অদুনা ইতিহাসকী অচুম্বা উৎপগী মহুত্তা হৌগ্রবা মতমগী ফজবা অমসুং অবংবদা উৎলবদি মদুবু 'কস্ত্যুম প্লে' হায়না খঙনৈ । অসুম তৌনা ফাগী জুগাইগী ওইবা ড্রামা ফাওবদা ইতিহাসতা মপান তাংদুনা ইবা য়াই ।

সেক্সপ্যাবগী ঐতিহাসিক নাটকশিং অসিদি অতৈ মওংগী লীলাশিংদগী তোপ তোপ্পা মশক অয়া লৈ । লীলা অসিদা চঙলিবা লীচিংদি থৌদোক অমদগী থৌদোক অমা মবী লৈনবা চৎথবকপনি, এবিস্তোটলগী ইউনিতিশিং অদু নত্তে । মদুদা অৱা নুংঙাইগী, নোক্লিংবা অমসুং কপ্পিংবা থৌদোক কয়া পুনশিন্দুনা পুক্নিগী অচুম্বা মশক অমা উৎনবা হোৎনবা য়াই । হীবম কযামকম পূনশিন্দুনা লীলাগী থৌদোকশিং অদুনা মতম কয়ামকম কোনবসু য়াই । অসিগুম্বা মখলগী লীলাশিং অসিবু 'ক্রোনিকল প্লে' হাযনসু খঙনৈ । সেক্সপ্যাবগী 'হেনবী ফোর্থ', 'হেনবী ফিফ্থ' নচিংবা প্লেশিং অসি অসিগুম্বা মখলগী ড্রামানি ।

*ঐতিহাসিক অমসুং পৌবাণিক নাটক*

ভাবতকী অঙনবা মতমগী ঐতিহাসিক নাটকশিংদি হান্নগী নিংথৌ নৎত্রগা অচৌবা মীওই অমনা নাযক ওইবা পৌবাণিক নাটকশিংগী চৎনবী পবীংদা চৎথবকপনি হায়বা য়াই । সংস্কৃত সাহিত্যদা ভাস, কালিদাস, ভবভূতিনচিংবা কবিশিংগী মহাভাবত, বামায়ণনচিংবা পুবাণ অমসুং মহাকাব্যশিংদগী লৌথোকপা ৱাবী কয়াদা য়ুম্ফমওইবা নাটক কযামকম লৈ । 'অভিজ্ঞান শকুন্তলম' 'স্বপ্নবাসবদত্তম' 'বিক্রমোর্ব্বশী' 'উত্তববামচবিত' নচিংবা নাটকশিং অসি পৌবাণিক নাটক্কী মনুং চল্লি । তৌইগুম্বসুং বিশাখাদত্তগী 'মুদ্রাবাক্ষস' হায়বা নাটক অসিদি অমত্তা ঙায়ববা সংস্কৃতকী অবিবা মতমগী ঐতিহাসিক লীলানি হায়বা য়াই । মসিগী থোইদোকপা মতৌ অমনা নুংশি নুংওনগী মশক উৎপা য়াওদবা, বাজনীতিগী লীলা ওইবসিনি । নন্দগী মগুণ লৈববা মন্ত্রী বাক্ষসপু চানক্যগী হৈশিংলবা খুজিন থৌবাংনা চন্দ্রগুপ্তগী মন্ত্রী ওইহনখিবা অমসুং বাজভক্তি উৎহনখিবা চীবোল, নমথাক, হৈশিংবা কয়া লীলাসিদা উৎলি ।

পুরাণ হায়বা ৱাহৈসিগী মীয়ামগী ওইনা খঙনবা অর্থদি অরিবা হায়বনি, অদুবু মসিদগী হেন্না খঙনবা অর্থসু লৈ । তুংগী ৱা খঙহনবা পুরাণসু লৈ । ভারতকী ইতিহাস, সভ্যতা অমসুং সংস্কৃতিগী মীৎয়েংদগী পুরাণগী কান্নবা য়াম্না লৈ । অরিবা লাইরিকশিংদা পুরাণ অমসুং ইতিহাস অমত্তা ওইনা লৌরম্বগী খুদম উবা ফংই । ব্রহ্মবৈবর্ত পুরাণদা পুরাণগী লক্ষণ মঙা পীরম্মি । হৌজিক্কী মতমদদি অনীসি মান্নবা অর্থ লৈত্রে । ঙক্লিঁঙৈ মতমদদি ইতিহাস, পুরাণ অমসুং ধর্ম্মগী লাইবিকশিং অসি থাদোক্লবা য়াদবা মরী লৈনরম্মি হায়না লৌবা য়াই । তিলয়ার্দনা 'ইতিহাস থঙ্গেশেংনমক থিওলোজীদগী হৌরকপনি, মসিদগী খক খাইদোকপা যাদে' হায়রম্মি।

য়াম্না মরুওইমক নৎত্রবসু কনাগুম্বশিংনা ঐতিহাসিক অমসুং পৌরাণিক নাটক অনীগী খেন্নবা পুথোক্লবা হোৎনরম্বা থেংনৈ । অনীসিগী খেন্নবা তাক্লবগীদমক মখোয়না 'অলৌকিক' ওইবা ৱাহৈসি শীজিন্নৈ । ঐতিহাসিক নাটকতা মীওইবগী পুন্সি থেংনৈ । পৌরাণিক নাটকতনা মীওইবদগী হেন্দোক থোইদোক্লবা নৎত্রগা ৱাংমদা লৈত্রবা পুন্সি উবা ফংই । তাইবঙপানগী ওইবা হায়বসিগা, মহৌশাগী নত্তবা হায়বসিগা খেন্নবা য়াম্না লৈ । নেপোলিয়ন, মীওইবগী গুণ চেনবা অথৌবা নুপানি। রাম অমসুং কৃষ্ণদি মীওইবদগী হেন্দোক থোইদোকপা গুণ চেল্লবা লাইনি । মরমসিনা মখোয়গী ৱাবীদা খেন্নবা কয়ামুক থোক্লা উৎপা যাই । মীৎযেং অসিদগী ভাবতকী সমালোচক খরনা সাধু সন্ত কয়াগী পুন্সি ৱারীদা মপান তাংদুনা ইবা নাটকশিংবু তোঙানবা মফম অমা পীদুনা থম্বা পাম্নৈ । কবিগীনো হায়ব্ববু, শঙ্করাচার্য্য, তুলসীদাসনচিংবা মীওইশিংগী পুন্সিদা সাধাবণ মীওইবগী মহৌশাগা মান্নদবা কয়া থেংনৈ । মরম অদুনা মথক্কী ৱাফমশিং অসিদা চৎনবা য়াদবা কয়া উবা ফংই । পৌরাণিক নাটকতসু মহৌশাগী মীওই, তাইবঙপানগী ওইবা অমসুং মীরম্লেনগী নত্তবা অতৈ থৌদোক য়াওদবা কয়াসু উবা ফংই । হৌজিক্কী মতমদদি পৌরাণিক অমসুং ঐতিহাসিক থিম কয়া খন্দুনা মতমসিগী রাজনীতি অমসুং সমাজগী সমস্যা কয়া উৎনবা প্রোপগন্দা নৎত্রগা সিম্বোলিক প্লে কয়া ইনরক্লে ।

*ঐতিহাসিক নাটক অমসুং ইতিহাসকী অচুম্বা*

মমাংঙৈদদি ইতিহাস অমসুং কাব্য থোইদোক্লা খেন্ননা লৌরমদে হায়না খক্তা পনগ্রে । রামায়ণ অমসুং মহাভারত ইতিহাসসু ওইরম্মি, কাব্যসু ওইরম্মি । অঙনবা

মতমগী ঐতিহাসিক নাটক ইবশিংনা অশেংবা অমসুং ভাবনা শাবা থৌদোকশিংগী খেন্নবগী মরমদা অকনবা মীৎয়েং চঙনরমদে। নোংচুপ্লোমদা সেক্সপ্যরগী মতমদা ফাওবা ইতিহাসকী ৱাখলসি মীকপ থোকপা মতম ওইরমদে। ইতিহাসকী ৱাখলদা য়াকায়রকপগী মঙাল ফংখিবদি সার ৱল্টর স্কোটকী মতমদগীনি হায়বা য়াই।

ঐতিহাসিক নাটক ইবগী খ্বাইদগী খুদোংচাদবা অৱাবদি ইতিহাস অমসুং কল্পনা অনীবু খল মান্ননা থম্বনি। করিগুম্বদা ইতিহাসকী অচুম্বা চেকশিন্না ঙাকপদা কল্পনাবু নমথবা তারকই অমসুং কল্পনাগী খোঙচৎতা অথিংবা পীরবদি নাটক অদু অফবা ওইবা ঙমদে। অদুগা অথোইবা চরিত্র অমগী মরমদা ইবনা অমুক হেন্না লুনা থোকই। অদুবু নাটক ইবশিংনা অসিগুম্বা হীরম অসিবু খল্লুবগী মরমদি অশেংবা অমসুং অচুম্বদা মহৌশানা ফজবা পুম্বা য়াওই। অশেংবগী ফজবা অমসুং কল্পনাগী শুদ্ধৎপা অনী পূনশিন্দুনা অইবশিংনা কলাগী খূদোল কয়া পুথোরকই।

হায়নবা লৈ : ফিক্সনদি তারিখ অমসুং মিং নত্তনা পূন্নমক অচুম্বনি, ইতিহাসতি মিং অমসুং তারিখ নত্তনা করিমতা চুমদে। করিগীনো হায়ববু ইতিহাসতি থোক্লিবা থৌদোকপুম্বা ইশিন্দুনা থম্বনি, সাহিত্যদি মীওইবগী ৱাখলগী খুৎশেমনি। মতম অমদা চুম্মি লৌনরম্বা ইতিহাসকী থৌদোক কয়াদা অহোংবা লাকপা য়াই। অদুবু ঐতিহাসিক নাটকতদি মতমপুম্বদা চুন্নগদবা মীওই পুম্বগী ওইবা ফজবা অমসুং নুংঙাইবগী মচাক য়াওরি। ইতিহাসকারগী মথৌদি হৌখিববু নুংশিবা, লন্নাইগী মীৎয়েং উৎপা নৎত্রগা মশাবু কাউথোকচদুনা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা লূপচবা হায়বসি নত্তে। ইতিহাসকী থৌদোকশিং অমসুং মীওইশিংবু অচুম্বা ওইহনবা, ৱারীদা শোক তারিখ চানহনবা, মফম মতম, ফিজেৎ চাকচা অমসুং মতমদুগী চৎনবীশিংগী নীংথিজবা বর্ণন তৌবা হায়বসিনা ইতিহাসকী অচুম্বা ঙাক্লবা পাম্বেনি হায়না লৌবা য়াই। ঐখোয়না হিস্তোরিকল ফিক্সনশিংদগী থোইদোকপা মগুণ খর উবা ফংই : ১) ইতিহাসকী ঈচেল ২) নাকয়েৎ ৩) পূক্লিং নুংঙাইহনবা ৱারী অমসুং ৪) মহৌশাগী ওইবা অহিংবা অমদি মপুংফাবা শক্তম। অহানবগী অনীসিনা ইতিহাসকী; অকোনবগী অনীসিনা অইবগী ৱাখলগী পংখৈনুংদা লৈ হায়বা য়াই। হৌখিববু অমুক হন্না নৌহৌনা উহন্নবা হোৎনরিবা অইবা অমদা ইতিহাসকার অমগী দায়িত্ব লৈ। মঙোন্দা ইতিহাস অমসুং কলা অনীমক্কী জ্ঞান লৈবা তাই। ঐতিহাসিক নাটক অমদা ইতিহাসকী অচুম্বা ঙাক্লবা হোৎনবা হায়বসি য়াম্না মরুওইবনি।

মরম অদুনা হ্দসন্না অসুম্না হায়রম্মি :

> হিস্তোরিকল ফিক্সন অমদা য়াওরিবা থৌদোকশিং অদু অচুম্বগা নকশিন্নহনগদবনি, অদুবু যুগ অদুগী চৎনবী পথাপ, ফিদম অমসুং স্বভাবশিং (the manners, tone and temper of the age) অদু নৈনবিরদুনা লোয়ননা থাজনিংঙাই ওইবা মওংদা উৎপা হায়বসিনা হেন্না মরু ওই (হ্দসন, ১৯৭৬ : ১৬১)।

ঐতিহাসিক নাটকইবশিংনা হৌত্রবা মতম অমগী মশক্লাইবা মীশকশিংবু খোয়দারুবগী মরমদি মখোয়না অচৌবা লৈবাক কয়া খুদুম চল্লম্বা, অচৌবা ফুরা দলান শারম্বা, খুৎশু খুৎলায় কয়া পায়রম্বনা নত্তে। অসিগুম্বা অচৌবা মীওইশিং অসিসু মীওইবা ওইরম্মি, মীওইবগী অশোনবা, অপাম্বা অমসুং থৌনা মখোয়দসু য়াওরম্মি হায়বসিগীনি। শম্না হায়রবদা, অইবশিংগী পূক্লিং চিংশিল্লিবদি মরুওইনা 'মীওইবগী মতৌ' হায়বসিনি। ইতিহাসকী তাংকক খূদিংনা মীওইবা জাতিগী খেন্নবা এক্সপিরিয়েন্স খূদিংবু, পুন্সিগী সমস্যা কয়াগী শীংনবা কয়াবু বর্ণন তৌই। মরম অদুনা 'সেক্সপ্যারগী হিস্ত্রি প্লেশিংগী অথোইবা মতৌদি মীওইবগী চনৈনরবা ব্রাখল অমসুং মহৌশাবু উৎপদা লৈ হায়বসি মহাক্কী লীলাশিংগা মখোয়গী হৌরকফমগা চাংদম্নদুনা য়েংলগা খঙবা ঙম্মি' (সেনগুপ্ত, ১৯৬৪ : ৪১)।

সেক্সপ্যারনা মহাক্কী লীলাশিংগীদমক প্লুটার্ক অমসুং হোলিনশেদকী ক্রোনিকল কয়াগী মতেং লৌরবসু ইতিহাসকী লেঙ ওৎপা ঙমদ্রবা অশিবা শক্তমশিংবু মথব্রায় পানবা, অহিংবা মীওই ওইহল্লিবদি নাট্যকারগী অনৌবা কয়া শাগৎতুনা উৎপা ঙম্নবা কল্পনাগী শক্তিননি। অসুম্না ঐতিহাসিক নাটক ইবশিংনা ইতিহাসকী মীওই কয়াবু অহিংবা ওইহনবগা লোইননা ভাবুকী অমদি মশাগী পূক্লিং ব্রাখলগী নীংবা থুংহন্নবগীদমক ইতিহাসকী অচুম্বশিংবু থৌওইদবগী খূদম উবা ফংই। প্লুটার্কনা সিজরবু মীওৎপা নিংথৌ ওইনা ইরম্নবসু সেক্সপ্যারনদি প্রজাগী য়াইফনবা খনবা, মীনুংশি খঙবা নিংথৌ ওইনা উৎলম্মি। সিল্লারনা মাগী লীলাদা মীওই চাদবা দোন কার্লোজবু মশক মতৌ ফজবা চরিত্র ওহ্লোকই অদুবু মহাক্কী নীংতম্বা পাম্বা, মীওৎ মীনৈবু তাথীবা, লীচৎ অদুবুদি নীংথিনা ঙাক্তুনা থম্মি। মণিপুরী ঐতিহাসিক নাটক ইবদা মমিং লৈরবা এম. বীরমঙ্গলনা গরীবনিব্রাজ মহারাজগী অথিবা লমচৎ উৎনবগীদমক, নিংথৌ অসিগী অরংবা পুন্সিদা লৈখিবা অমকপা কয়াবু লীলাগী মচল ওইনা লৌখৎলি। ই.এম. ফোর্স্তরনা নোভেলিস্তকী, মরুওইনা হিস্তোরিকল

নোংভোলিস্তকী তৌগদবা মথৌগী মবমদা হায়বস্বদু ঐতিহাসিক নাটক ইৰশিংদসু পানশিনবা যাই 'উপন্যাসকাবগী মথৌদি লোৎশিন্দুনা লৈবিবা পুক্সিবু মনুং য়ৌশিন্না উংপনি। ঐখোয়না মহাবাণী ভিক্তোবিয়াগী মবমদা খণ্ডনবিবা অদুদগী অমুক হেন্না হায়বা তাবনি, মতৌ অসুম্না ইতিহাসকী ভিক্তোবিয়াদু নত্তবা অনৌবা চবিত্র অমা শেম্বা ওমগদবনি' (ফোর্স্তব, ১৯৭৪:৫৪)।

*ঐতিহাসিক নাটক্কী মখল*

মীৎযেং কযামকুমদগী ঐতিহাসিক নাটকপু মখল কয়ামকম থোক্লা খায়দোকপা থেংনৈ । কনাগুম্বনা ঐতিহাসিক নাটকপু 'ঘটনা প্রধান' অমসুং 'চবিত্র প্রধান' হাযনা অনীথোক্লা খাযদোকপা থেংনৈ । অহানবগী অসিনা ইতিহাসকী থৌদোক ৱাথোক্লা মক ওইৰবনি । অদুবু খাযবিবা মওং অসিদি নাটক নৎত্রগা উপন্যাস অমদা হেক্তা পানশিনবা যাবা মওংনি । ঐতিহাসিক নাটকতগী ওইবা শক্তম নত্তে । অতোপ্পা কাংবু অমনা অতোপ্পা মীৎযেং অমবোমদগী অশেংবা ঐতিহাসিক নাটক অমসুং যান্নবা মখলগী ঐতিহাসিক নাটক (মিশ্র নৎত্রগা গৌণ) হাযনা অনীথোকনা খাযদোকপসু উবা ফংই । অহানবগী অসিদগীদি মসিনা খব হেন্না মবম চাবা হেল্লি। এম. বীবমঙ্গলগী 'চবাইবোংবা' 'নবসিংহ', এম. বীবগী 'বীব টিকেন্দ্রজিৎ', এ. দবেন্দ্রজিৎকী 'ভাগ্যচন্দ্র' নচিংবা নাটকশিং অসি থাঙ্গেশেংবা ঐতিহাসিক নাটকনি হাযবা যাই । অশেংবা ঐতিহাসিক নাটকতা ইতিহাসনা লীলাগী মকওইবা নৈন হীবম ওই । যানশিন্নবদনা ইতিহাসনা মশা ওইনা নৎত্রগা থোইনা শীংথাকদবা ৱাবী ওইনা লৈ । মসিদা ইতিহাসপু ৱাবীগী মাযগৈদগী য়েংদুনা পুশিল্লকই । এস. ললিতকী 'সতী খোংনাং' মনাওগী 'মৈতৈ নুজা' যান্নবা মখলগী ঐতিহাসিক নাটকনি হাযবা য়াই ।

মণিপুবগী মমিং চৎলবা ঐতিহাসিক নাটকশিং অসি ইতিহাসকা যান্না নকশিন্ননা ইবা নাটকশিংনি। লীলা ইবশিংনা নাটকশিং অসি স্তেজদা শান্ননবগীদমক্তা খন্দুনা ইবনি, অদুনা অয়েংবশিংগী যেংদুনা মিনুংশি পোকপা যাবা মতাং কযা হাপচিল্লি । নাটকশিং অসি অয়াম্বনা নিংথৌগী মতীক মগুণ থাগৎতুনা ইবা ওইনা তৌই । হৌজিক্কী মতমগী সমস্যা কযাবু নৈনদুনা উংপা ঐতিহাসিক নাটকতি পঙনা থেংনদে হায়বা তাই ।

*ঐতিহাসিক নাটকতা নুংশি নুংওন*

ঐতিহাসিক নাটক ইবদা খুদোংচাদবা খরা মায়োক্লবগুম্না খুদোংচাবা কয়াসু লৈ। ইতিহাসনা অকন অথৌগী বীর রসগী মচাক কয়া পী। মদুনা অয়েংবগী মীংকী কুম্মৈদা অপেনবা পোকহল্লি। মসিদসু নত্তনা থোক্লিবা থৌদোক অমসুং য়াওরিবা মীওইশিং অদু থাঙ্গৈশেংবনি হায়বগী থাজবা ফাওহল্লি। নাট্যকারনা শক্তমশিংদু অহিংবা মান্না শাগৎত্রিঁভেগী মমাঙদা অয়েংবা নৎত্রগা অপাবনা থাঙ্গৈ শেংবা শক্তমনি হায়না লৌই। মসিমক হিস্তোরিকল ফিক্সনগী খ্বাইদগী খুদোংচাবনি হায়বা য়াই। মসিগীসু মথক্তা ঐতিহাসিক নাটক অয়াম্বদা থেংনরিবা অমদি ইতিহাসকী থৌদোক নৎত্রগা হীরমশিং অদুগা লোয়ননা নুংশি নুংওনগী ৱারীগী পরীং অমা হেক হেক শাগৎনবা হোৎনবা অসিনি।

তরামাপলশুবা চহীচাগী নোংচুপ্লোমগী অয়াম্বা ঐতিহাসিক নাটকশিং অসি নুংশি নুংওনগী মচাক য়াম্না য়াওই। বর্নার্দ সোনা মতমসিগী হিস্ত্রি প্লেশিংবু হিস্তোরিকল রোমান্সকা মান্ননা লৌরম্মি। অদুম ওইনমক মহাক্কী 'সিজর এন্দ ক্লেওপত্র' বুদি 'ঐতিহাসিক নাটক অমসুং ইতিহাস' অনীমক্লি হায়রম্মি। ভারতকী ঐতিহাসিক নাটকশিংসু নুংশি নুংওনগী মচাক, মরাং কায়না য়াওই হায়বা য়াই। জয় শঙ্কর প্রসাদকী 'চন্দ্রগুপ্ত', 'আজাতশত্রু', দি.এল. রোয়গী 'শাহজহান' নচিংবদা নুংশি নুংওনগী দৃশ্য নীংথিনা উবা ফংই। এম. বীরমঙ্গলগী, 'চবাইরোংবা' তশেংনমক বোমান্তিক ড্রামানি হায়বা য়াই। এল. ইবুংঙোহলগী 'নরসিংহ' নাটকতসু অসিগুম্বা দৃশ্য অদুম্মক উবা ফংই। হিস্তোরিকল প্লে ইবা অমনা চরিত্রশিং অসি নুংশি নুংওনগী ফিজেৎ শেৎচিনলগা মীয়ামদা পুথোক্তদ্রা হায়বা ৱাহৎসিগী মরমদা জি.বি. সোনা খুমখি : 'চরিত্রশিং অসি নুংশি নুংওন (রোমান্স) কী ফিজেৎ শেৎলবদি ঐতিহাসিক ওইবা ঙমদে। ঐতিহাসিক চরিত্র অদুগী মবমদা থেংনরিবা অচুম্বশিং অদুনা রোমান্সতগী হেন্না পুক্লিং চিংশিন্নিংঙাই ওইদ্রবদি অদুগুম্বা চরিত্র অদু ড্রামা ওইনা উৎপদা মতীক চাদ্রবনি।' পূন্না য়েংলবদা মণিপুরী ঐতিহাসিক নাটকশিংদদি নুংশি নুংওনগী ৱাফমসি অদুক হাক্লা য়াওদে হায়বা য়াই।

*ঐতিহাসিক নাটক ইবশিংগী মীৎয়েং*

ঐতিহাসিক নাটক্কী মরুওইবা পান্দমদি হৌখ্রবা মতমগী মতীক মগুণ চেল্লবা মীওইশিংবু হৌজিক্কী মীওইশিংদা মশক খঙহনবনি। নাট্যকারশিংনা থৌনা ফবা

কযাগী, মশাগী ওইজবা থাদোকপা অমদি মৃৎওন্নবোইদবা থবক কয়াবু উত্তুনা হৌজিক্কী মীবোন্দা নীংতম্বা অমসুং মবৈবাক নীংবগী অচেৎপা ব্রাখল পোকহল্লি। ঐতিহাসিক নাটকশিংনা মীয়াম্বু মীকপ থোকহন্দুনা সমাজগী অমসুং বাজনীতিগী সমস্যা কয়াদা শরুক যাহন্নবা থৌবাং তৌই। লৈবাক্কী মকওইনা লমদমদুগী চৎনবোল কযাদা থাজবা, ইকাইখুম্নবা পোকহনবগা লোযননা মীযাম্বু অমত্তা ওইবগী ব্রাখল পোকহল্লি। ঐতিহাসিক নাটক্কা মবম ওইদুনা অপাবা অয়েংবশিংবু হৌখ্রবা মতমগী পুন্সিবু খণ্ডনিংবগী অমসুং যেংনিংবগী থৌবাংবা পোকহল্লি অমদি ইতিহাসকা নীংথিনা শকখঙনহল্লি। অসিগুম্বা নাটকশিং অসিনা লৈবাক মীযাম্বু লৈঙাক পথাপকী মফমদা কোক নোনবগী ব্রাখল পোকহনবগা লোয়ননা মশাগী ওইজবা থিবা, লৈবাক্কী মায়োক্তা লালহৌখিবা (থৌনা ফবা ওইববসু) মীওইশিং অদুগী অমকপনা থল্লবা পোলোইশিং অদু উৎনবা হোৎনৈ। অযেংবশিংদসু লৈবাক্কী যেক্লবশিং অমদি ফৎত্রবা থৌশিলশিংদগী চেকশিনগদবনি হায়বসি নাকোয়ননা ঈঙ্গিৎ তৌই।

সেক্সপ্যাবগী ঐতিহাসিক নাটকশিংদা ইতিহাসকী অচুম্বশিংগা লোয়ননা কবম্বা মীওইনা লৈবাক্কী মপু ওইবদা মতীক চাবগে হায়বদু উৎনবা হোৎনবম্মি। মবম অদুনা ইতিহাসকী থৌদোক কযা মথং মনাও নাইনা থম্বদগী মহাক্না নিংথৌগী লমচৎ শাজৎ লোমদা হেন্না মীৎযেং চঙশিল্লম্মি। মার্লোনা মাগী ঐতিহাসিক নাটকশিংদা মীওইবগী থিংঙমদ্রবা অনৌবা শক্তি, অনৌবা থৌনা অমসুং বিনেসাঁসকী স্পিবিৎ উৎননবা হোৎনবম্মি। মতৌ অসুম্না লীলা ইবশিং অসিনা ইতিহাসকী ওইবা থৌদোকশিংদা মপান তাংদুনা মশাগী মীৎযেং উৎনবা থৌবাং তৌবম্মি হাযবা যাই।

এলিজাবেথকী মতমদা ইখিবা ইংবাজীগী হিস্ত্রি প্লেশিংগী পান্দমদি জাতিগী অমত্তা ওইবা, নিংথৌগী অচৌবা শক্তি অমসুং মতীক মগুণদা ইকাইখুম্নবা উৎননবা ইবনি অদুনা থিযেটবদা শান্ননবা নত্তবা ঐতিহাসিক নাটক কযা উবা ফংখি। মণিপুবী ঐতিহাসিক নাটকশিংদি শান্ননবা ইবনি। কবিগুম্বদা, নাটকশিং অসি নিংথৌগী মতীক মগুণ থাগৎতুনা ইবা ব্রাবী ওইনা তৌবসু থেংনৈ। থোইদোক্লা অইবগী মশাগী মীৎয়েং উৎনবা হোৎনবা নাটকতি ব্রাৎনা থোকপা থেংনৈ। অইবগী পাউজেল উৎনবগী মায়কৈদগী য়েংলবদি এম. বীবমঙ্গলগী ‘গবীবনেৱাজ’ শীংথানবা যাবা নাটকনি হাযবা য়াই। মহাক্কী মকওইবা মীৎয়েংদি মৈতৈগী অরিবা হৌনলোনচৎ

নৌমহৌনা, য়োকখৎপগা লোয়ননা মৈতৈগী ওইবা ড্রামা মশীং য়াম্না উৎনবা শেমশাবনি । মহাক্কী 'চরাইরোংবা ' 'পামহৈবা' 'নরসিংহ' 'টিকেন্দ্রজিৎ' নচিংবা নাটকশিং অসি মৈতৈ নিংথৌ অমসুং যুবরাজশিংগী মতীক মগুণ শীংথাদুনা ইবনি হায়বা য়াই । অইবসিগী 'চিংঙু খোংনাংথাবা ' 'খ্বাইকেক্রু'নচিংবা ড্রামাশিংদা মৈতৈগী অরিবা ধর্ম্মনা মরাই চায়থরক্লুনা অনৌবা ধর্ম্মগী ঈথিল কন্না চঙলকপগী মণিপুরী ইতিহাসকী মরুওইবা তাংকক অদুবু নৈনৈ । 'শীজ লাইওইবী' কৃষ্ণ ভক্তিদা থবায় লূপচরবী মজাইবেম্মা অমগী মতীক মগুণ থাদুনা 'মীরাবাঈ' গুম্না মমিং চৎলবী মৈতৈ চনু ৱাংতে হায়বসি উৎনবা হোৎনরম্বনি হায়বা য়াই ।

'বীর টিকেন্দ্রজিৎ' ইবগী মতাংদা এম. বীর সিংহনা, মরমদম অমসুং মজাতিবু নুংশিবগী ৱাখল পোকহনবনা নাটকসি ইবগী মকওইবা পান্দমনি হায়বি :

> ঐনা নাটক অসি ইজকবদি ঙসিগী অমসুং হয়েংগী নহাবোলশিংনা বীব টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গাল জেনেবেলগুম্বা শিববু শান্নপোৎকুম খনবা ঙম্বা পান্দম অসিমতং পামজকই । মবম অসিনা নাটক অসি পাবিবা কনাগুম্বদা ' ঐ ঐনা হিংলিবসি ইবৈবাক ইজাতিগীদমক্তনি' হায়বা ৱাখল অসি পোকহঞ্জবা ঙমজববদি ঐনা হোৎনজবগী মহৈ য়াঞ্জরে ।

মরৈবাক নুংশিবগী ৱাখল পোকহনবতা নত্তনা জাতি বিজাতি খেন্নবগী ৱাখল থাদোক্লুনা নীংতম্ববু ঙাক্কদবনি হায়বসি নাটকসিদা উবা ফংই । মরম অদুনা সাহেবশিংবু হাৎনবগী য়াথং পীখ্রবা মতুংদা থাঙ্গালগী মচীন্দগী থোবকখি :

> হৌগৎলু মৈতৈ পূম্নমক হৌজিক তূমদুনা লৈবা মতম নৎত্রে, লাও চীং-তম অমত্তা ওইনা পূন্দুনা হোংলুসি ইমাগী অনৌবা ফিজোল ককলুসি চল্লিবা মীনায় য়োৎল্লিং।

প্রসাদকী 'চন্দ্রগুপ্ত' নাটক্তা মরৈবাক্কী য়েক্লবা ওইরবা অম্ভীক্কী মফমদা অলকানা হায়খি :

> রাজ্য হায়বসি কনাগীসু নত্তে ; অফবা শাসনগীনি ।... নীংখা তম্বগী লান্দদি লাম্মী অমসুং সেনাপতিগী খেন্নবা লৈতে ।... তক্ষশীলা ঐগী নত্তে, নংগীসু নত্তে - তক্ষশীলা আর্য্যবর্ত্তগী শরুক অমনি; আর্য্যবর্ত্তগী ওইদুনা অদুম্মক লৈগনি । মসিগীদমক শিয়ু । অদু ওইরবদি মসিগী মরীকশিংদা নহাক্কী নম্বিং ইদুনা লৈহৌগনি । ঐগী ইপা স্বর্গদা ইন্দ্রগা

মান্নগানি । মফমদুগী অঙ্গবাশংনা বিজয়মালা পায়বদুনা লেপ্তুনা লৈবমগনি । সূর্য্যমণ্ডল লম্বী শেমগনি, অবংবা মণ্ডান্না লৈতেংলবা গান্ধারগী বাজকুল অমব ওইবগনি ।

অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎনা 'ভাগ্যচন্দ্র' নাটক্কী অবোইবা শকক্তা পোক্লফম লমদমনা স্বর্গদগীসু হেন্না ৱাংই হায়বা পাউজেল পীনবা হোৎনবগা লোয়ননা অসুম্না হায় :

'নুপীবু সম্মান তৌবগা ইমা নুংশিবা মশক খঙবনি, ইমাবু নুংশিবগা মাতৃভূমিগী সেবা হৈগনি । মাতৃভূমিগী সেবা তৌদনা তাইবংপানগী মবুংঙোগী চবণ ফংবা য়াদবনি ।'

ঐতিহাসিক নাটক ইবশিংনা হৌখিবা ইতিহাসপু অথোইবা মীশকশিংগী পুন্সিগী মওংদা য়েকই নংত্রগা হৌখিববু যেকপগা লোয়ননা অইবগী পাউজেল পীনবা হোৎনৈ । মীয়ামগী মফমদা মঁবৈবাক নুংশিবা, অমসুং কৎথোকপগী ৱাখল ঐতিহাসিক নাটক ইবশিংনা পোকহন্নবা হোৎনৈ । মসিদসু নত্তনা, নাটকশিং অসিদা অচৌবা মীওই কয়ানা মশাগী লমচৎতা অশোয়বা লৈবদগী পুন্সিদা অৱা পোলোইনখিবা কযা উৎলি । অসিগুম্বা ৱাবীশিং অসিদগী হৌজিক্কী মীবোলনা মমল য়াম্লবা পাবা কয়া তম্লিংঙাই লৈতবা নত্তে ।

ঙসিগী সমাজ অসিদসু মীওইবগী পূক্লিংদা থৌনা ফবা, ধর্ম্মচেনবশিংবু ইকাযখুম্ননীংবগী ৱাখলদি মূৎখিবা লৈত্রি। ঐখোয় পাণ্ডবা, পুকচেল শেংদবা ওইবা য়াই, অদুবু থৌনা ফবা, পুকচেল চাউবা, ধর্ম্ম চেনবা অমসুং মীথোই মীহেনবশিংবু ইকায় খুম্ননীংবগী ৱাখলদি মফম মতমগী খেন্নবা লৈতনা অয়াম্বা মী খূদিংগী থম্মোয়দা লৈ । অসিগুম্বা অচৌবা মীথোই মীহেনবশিং অসিগী পুন্সিনা ঐখোয়গী পুন্সিবু হেন্না ৱাংবা থাক্তা চিংখৎলি অমসুং ঐখোযগী পুন্সিগী লংলবা লমজীং মৈবা ওইবি হায়বদা অবানবা ওইবোই ।

### *References*


1 E M W Tillyard, 1961 *Shakespeare's History Plays*, London
2 S C Sengupta, 1964 *Shakespeare's Historical Plays*, London
3 E M Forster, 1974 *Aspects of the Novel* London
4 M Meisat, 1963 *Shaw and the Nineteenth Century Theatre*, London
5 W H Hudson, 1976 *An Introduction to the Study of Literature*, New Delhi
৬. ভুপটকব, *হিন্দী ঔৌব মবাঠীকে ঐতিহাসিক নাটক* ।

# সাহিত্যগী মমল লেপ্পা

'নুংশিবা খোঙ্জেন্না কোকিলশিংগী, ঙাকপীবনা লাইনীং চেৎপশিংগী মশক্তি হায়নৈ। অদুবু কলাগী, মরুওইনা সাহিত্যগী মশক্তি করম্না লেকপনি ? লোননা, ৱাহৈ লৈতেংনা, খোঙ্জেনগী ঈপোম্না নৎত্রগা ৱাখলগী মরেপ্পা লেপ্পা তাবরা ? নৎত্রগা পূম্নমক অসিগী অঙকপা তিন্নবদগী থোরকপা শক্তোন অমনা লেপফম খোকপরা হায়বসি অখণ্ড অহৈশিংনা তত্তনা হংদুনা লাকখিবা ৱাহংনি । খৃষ্টনা পোকত্রিঙৈ মমাঙদগী ৱাখল চাউবশিংনা অয়ুক নুমিদাংগী ময়াম্না শীজিন্নরিবা লোন্দগী অশৈবশিংগী শৈরোলদা য়াওরিবশিং অসিগা খেন্নরিবা মশক অসিবু উৎনবা তত্তনা হোৎনদুনা লাকখি । প্লেটোনদি কলাগী মতীক মঙনবু নৈতিক বিচারগী মাইঁগৈদগী লেপ্পা পাম্লম্মি । সাহিত্যগা অতৈ খৃৎইশিংগা খেন্নবগী মরমদা কবিতা অমসুং ইতিহাসপু খূদম ওইনা লৌরদুনা এরিস্তোটলনা ইতিহাসতদি অশেংবা থৌদোকনা হেন্না মরু ওই ; কবিতাদনা থৌদোকশিংদুদা য়েংলিবা মীয়েংনা হেন্না মরু ওইবনি হায়রম্মি ।

> কবিগী মথৌদি থোকখিবদু পাউদম্বা নত্তে, থোক্লবা য়াবদু পাউদম্বনি । ওইথোকপা য়াবা নৎত্রগা হান্না থোকখিবশিংগা লৈনবা তংঙাইফদবা মরীগী মতুংইন্না ওইবা য়াবদু লীবনি । ইতিহাসকার অমসুং কবি অনীনা খেন্নরিবসি ছন্দ নাইনা ইবা নৎত্রগা ইদবনা নত্তে । করিগীনো হায়ববু হিরোদোটসনা ইরম্লিবশিংদু ছন্দ নাইনা ইথোক্লবসু, হায়বদি ছন্দ নাইনা ইরবসু ইদ্রবসু ইতিহাস ওইদুনা অদুম্মক লৈগনি । অনীসি খেন্নরিবগী মরমদি অমনা থোকখিবু পাউদম্বনি, অদুগা কবিতানা থোক্লবা য়াবদু লীবনি । মরম অদুনা কবিতানা ইতিহাসক্তগী হেন্না অৱাংবা পান্দম অমসুং পাকশন্না অচুম্বগী শক্তোন য়াওবা হেল্লি । কবিতানা খ্বাই পূম্বনা য়ানরবা অদুগা ইতিহাসনা অকক্লবা মশক অদুতম্বু উৎনবা হোৎনৈ (*বেসিল ৱর্দসফোলদ*, ১৯৬৮ ২৯-৩০) ।

ভারততসু আলঙ্কারিকশিং, ফজ-নুংঙাইবগী কাঙলোনবু নৈনবা মীওইশিংনা সাহিত্যনা পীরিবা মনুংঙাই অসিগী মরমদা কুপ্পা মীৎয়েং চঙলম্মি । সাহিত্য কলাদা মরু ওইরিবা শক্তম অদুবু মনুং হুপ্পিন্না থিজিন্দুনা পুথোক্লবা মতমগী মতুংইন্না সম্প্রদায় কয়া থোরকখি । কনানা অলঙ্কারবু, কনা অমনা রসবু; কাঙলুপ অমনা ধ্বনি নৎত্রগা বক্রোক্তিবু, কনা অমনা রীতি নৎত্রগা ঔচিত্যবু, কাব্যগী মরু ওইবা ফজ-নুংঙাইবা পীরিবা মচল ওইনা পুখৎতুনা কাব্য শাস্ত্রগী লমদা শীংথানবা য়াৱবা খূদোল তৌরম্মি । আচার্য্যশিং অসিনা মরুওইনা ধ্বনিবাদীশিংনা ধ্বনিবু বস্তু ধ্বনি, অলঙ্কার ধ্বনি অমসুং রস ধ্বনি হায়না অহুমথোক্লা খায়দোক্তুনা, অহুমসিদা য়ুম্ফম ওইরগা কাব্যবু ১) চিত্রকাব্য নৎত্রগা হন্থবা মখলগী কাব্য ২) গুণীভূত ব্যঙ্গ্য নৎত্রগা ময়ায় ওইবা ৩) ধ্বনি কাব্য নৎত্রগা অথোইবা কাব্য হায়না অহুম থোক্লা খায়দোক্লম্মি । অদুবু হায়রিবা খায়দোকপগী মওংসি মরুওইনা অকোনবগী মখল অনীসিদদি তশেংনা থবক্তা ওস্থোকপদা ৱানা থোকই ।

করিগুম্বা পোৎশক অমবু মমল লেপ্পদা পোৎতুবু তংঙায়ফদনা খঙবা চঙই, চুম্না খঙলগা অচুম্বা মশক থোরকই । কলাগী মমল লেপ্পা হায়বসি অমরোমদা অনুভব তৌগদবা পোৎশক অমবু বিচার তৌবগী থবক্তা ওস্থোকপনি । সাহিত্যগী থাক নত্রগা মগুণ লেপ্পদা মসিগী মহৌশা অমসুং মথৌগা মরী লৈনৈ । মরম অদুনা কলাগী খূৎশেম অমবু তংঙায়ফদনা মমল লৈবা পোৎলম অমা ওইনা লৌবা তাই । মমল লেপ্পগী থবক্তা মমল লেপকদৌরিবা পোৎশক্কি মশক তাকপগা খাইদোক্লবা য়াদে ।

অঙনবা মতমদা সাহিত্যগা লাইনীং লাইশোল, জগোয় ঈশেনচিংবা নাৎকী থৌরমশিংগা শাগোন্ননা হৌরকই হায়না লৌনৈ । মসিনা সাহিত্যবু লুনা লৌনরম্লিবগী মরমশিংগী মরক্তা অমা ওইরম্বসু য়াই । অমা নৎত্রগা অমবু ওইরবসু সমালোচক অমসুং দার্শনিকশিংনা, মীয়াম্না লুনা পাম্না লৌনবা সাহিত্য কলাগী তোপ তোপ্পা শক্তম লৈ হায়বসিদা য়ানদবা লৈতে । হায়রিবা ফজ-নুংঙাইবগী মচাক অসি চপ চানা কদায়দা লৈবগে- কবিতাদরা, অপাবদরা নৎত্রগা অনীগী মরক্তা লৈনরিবা মরীদরা ? মদুতসু নত্তনা কলাগী খূৎশেম্না পোকহল্লিবা ফজ-নুংঙাইবগী মতৌবু করম্না অনুভব তৌবগে হায়বসি নোংপোক অমসুং নোংচুপকী সাহিত্য নৈনবশিংনা হংদুনা লাক্লবা ৱাহংনি ।

কলাগী খূৎশেমশিংদা তশেংনা ফজ-নুংঙাইবগীতা নত্তনা অতৈ মচল কয়ামরুম য়াওবা য়াই । মরম অদুনা মীৎয়েং খেন্নবগী মতুংইন্না সাহিত্যগী মতীক মঙন লেপ্পদা খেন্নবা লৈনবগী মরুওইবা মরম ওইহল্লি । কলাগী খূৎশেমদা অতৈ ফজ-নুংঙাইবগী (ইস্থেতিকস) পংখৈ মনুংদা চন্দে হায়নরিবা অচুম অরানগী, লৌশিং শীবগী, রাজনীতিগী, ধর্ম্ম অমসুং কাওলুপকী, ৱাখল মীৎয়েংসু য়াওদবা নত্তে । অদুম ওইনমক সাহিত্যগী খূৎশেম অমবু কাল্পনিক ওইবা খূৎশেমনি হায়রুবগী মরমদি ফজ-নুংঙাইবগী মচলনা মপূং ওইবদগীনি ।

অয়াম্বা সমালোচনাদা তশেংনা কলাগী পনখৈনুংদা চন্দবা, সমাজ অমসুং ইতিহাসকী ওইবা মরম কয়ানা সাহিত্যগী খূৎশেম অমগী অর্থ হনবা, মগুণ লেপ্পা থেংনদবা নত্তে । কলাদদি অকক্নবা মফম মতমগী অমসুং ময়াম পূম্বগী ওইবা মতৌ অনীমক পূল্লি হায়বসি খঙনরবা ৱাফমনি । সাহিত্যগী মমল লেপ্পগী মতাংদসু, মফম মতমগী, সমাজগী অকনবা ৱাখল শীচিংদগী নাম্থোকপা ঙমদবগুম উই । সমালোচকশিংনা মশাগী ফিরেপ, তানশিন্দুনা ফংলকপা লৌশিং অমসুং মফম মতমনচিংবগী মতুংইন্না সাহিত্যগী মমল লেপ্পা থেংনৈ । অদুম ওইনমক কলাগী খূৎশেমদা লন্নাইগী অপাম পামদগী, মতম মতমগী অমদি লমদমগী ওইবা থোইদোকপা অখন্নবা মশক উৎপগা লোয়ননা ইতিহাসকী ঙমখৈ ৱাংমা লান্না হিংবা ঙম্বা পাঙ্গল য়াওরি । হৌখিবা মতমগী নূংদা, চীংমায়দা হক্রম্বশিং, সোফোক্লিসকী অমসুং কালিদাসকী ইরম্বশিং হৌজিক ফাওবদসু পাম্লরি, লুনা তৌনরি। অদুনদি সাহিত্যগী মগুণ লেপ্পদা 'ফজ নুংঙাইবগী নৎত্রগা মসিদা য়াওরিবা ৱাখল লৌশিং' গী করম্বা মাইগৈবুনা হেন্না মরু ওইনা লৌগদগে হায়বসিদা অরুবা অমা ওইহল্লি ।

সাহিত্য হায়বসি মরুওইনা ফজ-নুংঙাইবগী পোৎশক ওইবা মরম্না ফজ-নুংঙাইবগী মীৎয়েংদগী মসিগী মগুণ লেপকদ্রা হায়বসিদা টি এস. এলিয়টকী- সাহিত্য ওইবগী মতৌদি ফজ-নুংঙাইবগী মাইগৈদগী,অদুগা মসিগী অচৌবা মতীক- মঙমনা ফজ-নুংঙাইবা নত্তবা অতৈ লম কয়াদগী লেপফম থোকই হায়বা ৱাফমদু মীংশিংবা য়াই (ৱেল্লেক, ১৯৬৮ : ২৪১)। ফোর্মেলিস্তশিংনসু সাহিত্যবু ফজ-নুংঙাইবা খক্তগী মাইকৈদগী নৈনগদবনি হায়রম্মি । সাহিত্যগী মহৌশা নৎত্রগা মথৌবু নৈনরকপদা হোরাস কী 'দলসি এট য়ুটিল' (dulce et utile) "খোয়থুম্নবা"

(নুংঙাইবা) অমদি 'কান্নবা পীবা' হায়বা ৱাফম অনীসি নীংশিংবদা মতীক চায় । মীওইবগী পুন্সিদা ঙাথেংলবিবা থৌদোক খুদিং নুংঙাইবা নৎত্রগা নুংঙাইতবা য়াই । অদুবু সাহিত্যদগী ফংলিবা নুংঙাইবদি মমল লায়বা, ইচম চম্বা মখলগী নত্তে। মতম চঙনা সাধনা তৌরগা ফংবা অৱাংবা থাক্কী নুংঙাইবনি। মতৌ অসুম্না মসিনা পীরিবা কান্নবসু তয়াং তশোয়বা নত্তবা, লুনা অমসুং মনূং য়ৌশিন্না উবা ঙম্বগী মীৎয়েং অদুনি হায়বা য়াই (ৱারেন, ১৯৬৮ : ৩১) ।

সমালোচক অয়াম্বনা পূক্নিংদা ফাওবা, লল্লাই ৱাখলদা মপান্ডাংদুনা সাহিত্যগী মশক তাক্লে । মরম অদুনা শৈবেং নৎত্রগা উপন্যাস অমবু মশক তাকপদা অমগা অমগা মান্নদবা, অমদি অৱাৎপা তংঙায়ফদনা লৈফম থোকই । সেন্ট বিব্ভ (Sainte Beuve) না লাইবিক অমা নুংঙাই নুংঙাইতে হায়বনা অমনি : থাক্সেশেংনা য়েংগদবদি ঐখোয়না নুংঙাইরিবদু মবম চারিব্রা নৎত্রগা চাদ্রবরা হায়বদুনি হায়বম্বদু য়াম্না চুম্না থোকই (হদসন,১৯৭৬ : ৩০২)। মশক্লাইববা অইবশিংগী মমিং লৈরবা লাইবিক কয়াদা ঐখোয়না নুংঙাইবা ঙমদবা, পূক্নিংবু পাক চিংশিনবা ঙমদবা য়াওদবা নত্তে । লমদমসিদা মীনকেতনবু মশক্লাইবা কবিনি হায়বসিদা কনানসু য়াদবা তৌবোই । অদুবু মাগী খুৎইবু তরায়না খঙবদি ঙমদে । মরম অদুনা মণিপুরী সাহিত্য নৈনবশিংনা মীনকেতনগী সাহিত্যগী তাইবঙদা খোঙ থাংজিনবদি অচৌবা লানবন অমা চঙবগা চাংদম্লে । কলাগী অথোইবা খুৎশেমগী মতীক মঙলবু নীংথিনা খঙ্গে তাল্লিবশিংনা অচৌবা পল কয়া নমখায়দুনা চঙবগী লীংজেন, কন্না হোৎনবগী থৌনা লৈবা তাই । থোইনা খম্বুবা চঙদবা, ঙাইহাক্কী নুংঙাইবতমক পীবা, পাববা মতুংদসু করিমতা লৈহৌদবা সাহিত্যগী মখলদি নুংঙাইবা পীরবসু মমল লায়বা পোৎনি হায়বা য়াই ।

সাহিত্যবু বিচার তৌগদৌরিবা মীশক অদু, লম অসিদা মুন্না খঙলবা বসিক নৎত্রগা সহৃদয় ওইবা তাই । কবিগীনো হায়ববু লল্লাইগী নুংঙাইবা, অপাম পামদগী ৱাংমদা লৈবা কলাগী পোৎলমশিংগী মশাগী থোইদোকপা মতীক মঙন অমসুং মমলগী থাক অমা লৈরি । মশক্লাইরবা অইবশিংগী মমিং লৈববা লাইরিকশিংগী মতাংদদি, মরম অমা নৎত্রগা অমদগী ওইরবসু মখোয়গী মরুওইবা অমসুং মতীক মঙলদা অখণ্ড অহৈশিংগী মীৎয়েংদা অদুক হাক্লা খেয়বা লৈতে । তোঙান তেঙানবা সমালোচনাগী যুরুপ কয়া থোরকপা, লৈখা তাখিবা অসিনচিংবা ইতিহাসকী থেংখাং

কয়াদসু লাইরিকশিং অসিগী তাইবঙ খোনবা, লেঙদবা অথোইবা মতৌ উৎলি। অপাবশিংগী পূক্লিংদা, থম্মোয়দা লাইরিকশিং অসি মতম কুইনা হিংদুনা লৈহৌই। অসিগুম্বা লাইরিকশিং অসিদা, চাংদম্নবগী বাফম নত্তনা, করি য়াওরিবগে হায়বদু য়েংশিনবনা সাহিত্যগী মমল লেপ্পদা কান্নবা মতেং ওইগনি নীংই। টি.এস. এলিয়টকী ৱাহৈদা হায়রগা —

> কবি নৎত্রগা কলাকার অমতগী মথন্তগী ওইবা শক্তম লৈতে। মহাকপু শীংথাবা হায়বসি লৈখিদ্রবা কবি অমসুং কলাকারশিংগা মরী লৈননা শীংথাবনি। লৈখিদ্রবশিংগী মরক্তা থমদুনা মখোয়গা খেন্নবা মান্নবা, চোয় চাং ওন্দুনা মহাক্কী মমল লেপকদবনি, ঐখোয়না মাবু মথন্তগী ওইনা লেপ্পা য়ারোই (এলিয়ট, ১৯৭৬ : ৪৯)।

কলাগী থোইদোকপা মগুণ করিনো ? করম্না অতে সাধারণগী লোনগা সাহিত্যগী লোনগা খেন্নবগে হায়বসিদা কুনশুবা চহীচা হৌরকপদা নিউ ক্রিতিকশিংগী অকনবা মীৎয়েং চঙবা হৌরকখি। কলাগী খুৎশেম অমগী মথৌদি কবিগী মশাগী ঈহন অমসুং থোইদোকপা শক্তমগী মঙাল ফোংদোকপনি ; সমালোচকনা কবিগী খুৎশেম অমনা মহাক্কী পূক্লিংদা ফাওহল্লকপা অদু ইশিন্দুনা থম্বনি হায়বা রোমান্তিসিজমগী মীৎয়েংসিগী মায়োক্তা মখোয়না থোরকখি। কবিদগী কবিগী খুৎশেম ওইরিবা কবিতাদা অমদি শৈশেস্বগী কলাদা হেন্না পূক্লিং চঙফম থোকই হায়না মখোয়না লৌরম্মি। অসুম্না সাহিত্যবু পুন্সি ৱারী অমসুং ইতিহাসতগী তোঙানবা ফিদা শীদুনা তোপ তোপ্পা নৈননবা হোৎনরকখি। মখোয় অয়াম্বনা সাধারণ সাহিত্যগী ওইনা নৈনরবসু মরুওইনা কবিতাদা মীৎয়েং থমদুনা অমসুং খুদম শীদুনা নৈনৈ। সাহিত্য, মরুওইনা কবিতা হায়বসি পূক্লিং ঈহনতনা লোইবা নত্তে, মনূং হুনজিনবা নীংথিবা অর্থ চেনবা ওইগদবনি, মসিগীদমক ৱিট, আইরোনি, পেরাদোক্সনচিংবগী মরুওইবা ৱাফম কন্না পুশিল্লকখি। ক্লিন্ট ব্রুক্সনা পেরাদোক্সপু কবিতাগী চঙদবা য়াদবা চপ চারবা লোননি হায়রম্মি। মহাক্না অসিগুম্বা ওন্ন তৈনবগী মরুম থুপ্পা অচুম্ববু উৎলিবা ফীভমসিদগী কবিতাগী শক্তি থোরকপনি; বিজ্ঞানগী ওইবা ৱারেংদদি পেরাদোক্স য়াওদে হায়রম্মি (দাইচেস, ১৯৬২ : ১০২)। কবিতাদি ইচম চম্না ৱাখল ফাওহনবা নত্তে। মপাম্লোংগী নত্তবা নুংগী অর্থ পুবা, অর্থগী মচু মচুশিংনা য়েকপা ফজরবা লৈরোংগী মশক্তি।

নিউ ক্রিতিকশিংনা কলাগী খুৎশেম অমগী মপান অমসুং মনুংগী (ফোর্ম অমসুং কন্তেন্ত) খেন্নবদু য়ারমদে । মদুগী মহুত্তা কবিতাবু থাদোক্লবা য়াদনা চেৎনা শাগৎলিবা অপূনবা মূর্ত্তি ওইনা লৌই । কবিতাদি ইতিহাস অমসুং পুন্সি ব্রারী নত্তে। কবিতাদি কবিতা ওইনা লৌগদবনি, অতোপ্পা ওইনা লৌরোইদবনি হায়রম্মি । মীগী পুন্সিদা মরুওইরিবা তানশিন্দুনা ফংবা লৌশিং, কবিতাদা করিসু মরু ওইদবা য়াই, অদুগা কবিতাদা মরুওইরিবদু মীদা করিসু কান্নদবা য়াই । মতৌ অসুম্না কলাদা ইম্পার্সনেলিতিগী ব্রাফম কন্না পুশিল্লক্লুনা সাহিত্যগী, মরুওইনা কবিতাগী থোইদোকপা মতৌবু পুথোক্লবা হোৎনরকই । জোন ক্রো রেনসমনা স্ত্রকচর অমসুং তেকচরগী মতেংনা লৌশিং পীনবনা পান্দম ওইবা বিজ্ঞানগী লোনগা, কবিতাগী লোনগা খেন্নবা তাক্লবা হোৎনরম্মি । মহাক্না তেকচরবু ফোঙদোকপগী মগুণ ওইনা, স্ত্রকচরনা খঙহল্লিবা ব্রারোলদু ওইনা লৌরম্মি । বিজ্ঞানদদি স্ত্রকচরদমক য়াওই, কবিতাদনা অনীমক পূল্লি হায়রম্মি ।

লোননা সাহিত্যগী শাদোংনি । সাহিত্যগী লোননা, অঁতে চুম্না মীয়াম্না পাউ ফাওনবদা শীজিন্নরিবা লোনসিদগী করি খেন্নবগে, কবিতাদা লোনগী করম্না থোইদোকপা মতৌ উবা ফংবগে হায়বসি সমালোচক কাঙবু অসিনা পূক্লিং চঙনা খুৎ থারিবা হীরমনি । আই.এ. রিচার্দসনা কবিতাদি ইচম চম্না ব্রাখলবু ফোঙদোকপা নত্তে, মমল য়াল্লবা চেতনাগী শক্তমবু ফোঙদোকপনি হায়রম্মি (দাইচেস, ১৯৬২: ১০০)। মহাক্না লোনবু সাহিত্যগী ওইবা 'ইমোতিভ' অমসুং বিজ্ঞানগী ওইবা 'রিফরেন্সিয়েল' হায়না খায়দোক্লুনা ঈঙ্গিৎনা ফোঙদোকপা অমদি অভিধার্থনা খঙহনবা লোন অনী খায়দোক্লুনা সাহিত্যগী লোনগা বিজ্ঞানগী লৌশিং পীনবা খুৎইশিংগা খেন্নবা তাক্লবা হোৎনরম্মি । অদুবু অঁতে অতোপ্পদগী খেন্নবা সাহিত্যগী অখন্নবা লোন অমা লৈ হায়না উৎপদি ঙমখিদে ।

মতমগী মতুংইন্না ব্রাহৈগী অর্থদা অহোংবা লাকই । সমালোচকশিংগা ইতিহাসকারশিংগা মীৎয়েং খৈন্নে । অহানবগীনা সাহিত্যগী খুৎশেমগী অর্থদা মীৎয়েং থম্মি; ইতিহাসকাবনা কলাগী খুৎশেম অমবু মীওইবগী হোংলক্লিবা ব্রাখল পরীংগী শরুক অমা ওইনা লৌই । সাহিত্যবু পুথোক্লিবা মতমদুগী সংস্কৃতিগা মরী লৈননা ময়ামপূম্বগী ওইনা য়েংনবা হোৎনৈ । মাঙলমচৎকী করিগুম্বা ইরম্বা অমবু, ইরল্লিবা মতম অদুগী স্বভাব, ব্রাখল লীচিং খঙত্রবদি মসিগী মপূং ফাবা অর্থ মমূৎতানা খঙবা ঙম্লোই নীংই ।

নিউ ক্রিতিকশিংনা কবিতাবু অকক্লবা মতমগী য়োংহুংনা পুনশিন্দুনা থম্লা ওমদবা অর্থগী শক্রোননি; মতমগী মখা পোন্দবা মশাগী শক্তম লৈ লৌই । মরম অদুনা কনাগুম্বনা মখোয়বু ইতিহাসতগী মনীংতম্না পাম্না, মসিবু থৌওইদবা কাণ্ডবু ওইনা য়েংই । অদুম ওইনমক মখোয়না হৌখিবা মতমগী কলাগী শৃংশেম অমবু ময়েক শেংনা খণ্ডনবা হোংনবদা মতমদুদা লৌনরম্লিবা ব্রাহৈশিংগী অর্থবু খণ্ডবগী নৎত্রগা নৈনবগী তংণ্ডায়ফদববু য়াদবা তৌরমদে ।

সাহিত্য নৈনবশিংনা মখোয়না থাজরিবা ব্রাখল, পামজরিবা লম অদুগী হৈনবী মীৎয়েং, মমল লেপ্পদা মমি তাবা অয়াম্বনা থেংনৈ । মার্ক্সিষ্টশিংনা অইবগী শৃংশেমদা রাজনীতিগী আইদোলোজীবু মরুওইনা লৌই । মখোয়গী মীৎয়েংদা সমাজগী সিস্তেম অমগী মনুংদা হিংলিবা মীনা মরুওইনা অইবনা রাজনীতিবু থাদোক্কে খল্লবসু রাজনীতিনদি মখোয়বু খক থাদোক্তে । মরম অদুনা মার্ক্সিষ্ট ক্রিতিকশিংনা সমাজগী অশেংবা শক্তমগী মণ্ডাল তাবা, সমাজবাদতা থাজবা, মীচণ্ড চণ্ডবা সাহিত্যবু মরুওইনা লৌই । শম্লা হায়রবদা, সমাজবু অহোংবা পুরক্লবা, মীয়ামগী ব্রাখল লমজিং শীনবা হোংনবদা সাহিত্যগী থৌদাং লৈ হায়না মখোয়না থাজে ।

কুনশুবা চহীচাগী অণ্ডনবা শরুক্তা সাহিত্যগী ঈহৌ অমা ওইনা থোরকখিবা রাশিয়ন ফোর্মেলিস্তশিংনা কলাদা আইদোলোজীগী ব্রাফম অসি কন্না য়ানিংলমদে । কবিবু আইদিয়াগী শৃংলায় পায়দুনা লাম্ভেংনগদ্রা হায়না মখোয়গী মরক্তা কনাগুম্বনা হংবা ফাওবা য়াওরম্মি । সাহিত্যদি ফজ-নুংণ্ডাইবগী (ইস্থেতিক্স) পাদম্না লেপকদবনি হায়রম্মি । স্কোলভ্স্কিনা (Shklovsky) 'কলাদি পুন্জিগা য়াম্না খৈন্নে, মসিগী মচুদা শহরগী লানবন মতোম্দা হাইরিবা ফিরাল মচুগী মণ্ডাল খক তাদে' হায়না অকনবা মোত শীরম্মি (দিগ্রি, রামদাস, ১৯৯৪: ৫৭-৫৮)।

সাহিত্যদা মরুওইরিবদি সাহিত্যদু নত্তে, সাহিত্য ওইবগী মতৌ (লিতররিনেস) অদুনি । মসিনা সাহিত্য ওইহল্লিবনি; সাহিত্যদা আইদিয়াদি কেনভাসতা শণ্ডবা মচুগুম্বনি, করিগুম্না পম্বুংফম অমা য়ৌনবা পাম্বেনি । মরম অদুনা আইদোলোজীগী অমসুং ইতিহাসকী মীৎয়েংদগী মমল লেপ্পগী পরীং অদুবু কন্না য়ানীংদবা উৎলদুনা রোমান জেকোব্সন্না সাহিত্যগী ইতিহাস ইবশিংবু কনাগুম্বা অপাল্লবা মীশক অমা ফানবা লাক্লবদা, লম্বীদা করিদা থেংন থেংনবা মী পণ্ডফাদা ফাবা পুলিসশিংগা চাংদম্নরম্মি । সাহিত্যগী ইতিহাস ইবশিংনা সমাজগী [illegible],

বাজনীতি, মানোবিজ্ঞান, অমসুং দর্শনগী মপান তাংবগীদমক মহাক্না য়ানিংদবা উৎলম্মি। মতৌ অসুম্না পুন্সি ৱাবী, সমাজগী অমদি অতৈ হীরমশিংদগী তশেংবা সাহিত্যগী খূৎশেমদা হেন্না অকনবা মীৎয়েং চঙলকখি। মখোয়না ফোর্ম অমসুং কন্তেন্তকী খেন্নবদু লৈহন্দনা স্রকচবনা মহুৎ শিন্নম্মি। বাইওলোজিগী হকচাং কায়াৎশিংগী অপূনবা লৈনবিবা মবীগী মওংদু মখোয়না লৌদ্রবসু কলাগী খূৎশেমশিংবু শাগৎপদা চঙলিবশিংগী অচেৎপা অমত্তা ওইবগী মওংদু চেৎনা থাজবম্মি। অদুম ওইনমক, মখোয়না সমাজদা কলানা পাঙথোক্লিবা থৌদাং অদুবুদি য়াদবা তৌবমদে।

কলাদদি অনুভব তৌবগী থৌওং অসিমক পান্দমফম অমনি। মসিদা কোইথোকহন্দুনা, অপনবা পীদুনা নৎত্রগা তপথহন্দুনা হেন্না পূক্লিং চিংশিনহন্নবা হোৎনবা য়াম্না মক ওই। ফোর্মেলিস্তশিংনা সাহিত্যগী মশক (লিতববিনেস) তাক্লবগীদমক শীজিন্নবম্বা পাম্বৈশিংগী মবক্তা 'দিফেমিলিয়েবাইজেসন' নৎত্রগা ঙকহনবা, অপনবা পীবা, ফোবগ্রাউন্দিং, বেকগ্রাউন্দিংনচিংবা পনবা য়াই। মতৌ অসুম্না সাহিত্যবু অতৈ সাহিত্য নত্তবশিংদগী খেন্নবা তাক্লবা মক ওইবা শক্তম কয়া কূপ্না নৈনদুনা উৎলবসু তশেংনমক সাহিত্যগী তোপ তোপ্পা লোন অমা লৈবত্রা হাযবদুদি তাকপা ঙমদে। ফোর্মেলিস্তশিং অসি ইতিহাসপু য়াদবা কাওবুনি। ইতিহাসকী তাংকক অমগা অমগগী সেন্সিব্লিতি মান্নদে। হৌখিবগী পাদমনা হৌজিকপু নৎত্রগা হৌখিববু হৌজিক্কীনা মশক লেপ্পা মবী লৈনবা খোঙথাং ওইনা মখোয়না লৌবমদে হায়বা য়াই। মীৎয়েংসিগী মতুংইন্নদি সাহিত্যগী ইতিহাসপু তাংকক কয়া থোক্লা খায়বা তাবকই। কলাগী খূৎশেমদি থৌদোক কয়া, মীৎয়েং কয়া নৎত্রগা হৌখিবগা মবী লৈনবা য়াই। সাহিত্যগী মমল লেপ্পদা ইতিহাসকী থৌদাংবু নাথেদুনা থম্বনা মখোয়গী মীৎয়েংদা পাংশোয় নাইবকই মদুগী মহৈনা কলাবু লেঙ ওৎপা ঙমদ্রবা মথৱায় য়াওদ্রবা পোৎশক ওইহল্লকই।

মখা তাবকপদা, মমল লৈপ্লগা মবী লৈননা সাহিত্যদা অচুম্ববু করম্না লৌনবম্বগে হায়বসি নৈনদুনা য়েংবা য়াই। কলাদা অচুম্ববু নৈতিক বিচাবগা মবী লৈননা য়েংলম্বা অমদি ইতিহাসতগী কবিতাদনা হেন্না অচুম্বগী শক্লোন য়াওই হায়বা গ্রীক্কী অঙনবা মতমগী নৈনবোলগী ৱাফমসু মথক্তা পনম্রে। মসিনা অশেংবা ওইবিববু কলাদা উৎপগী মীৎয়েং অসি মতম কয়াগী মমাঙদগী মকওইবা ৱাফম

ওইনা লৌদুনা লাক্লে হায়বদু উৎলি । অঙনবা মতমগী মহৌশাদগী লীনবকপা অমদি চৎনরকপা ৱারীশিং অসি অশেংবনি লৌনবা,লৈবাক খুন্নাইনা য়ানববা ঙাক্তনি হায়বা য়াই। অশেংবা তাইবঙদা ওইথোকপা য়াবা নৎত্রগা য়াদবদু নত্তে । মরুওইরিবদি, ৱারীদুবু তারিবা নৎত্রগা পারিবা মীওই কাঙলুপ অদুনা ইবন্নিবশিং অদুবু অচুম্বনি হায়না য়াবদুনি । অনৌবা মতমগী সাহিত্যগী খূৎশেম্মা অচুম্বগী শক্লোন লৌবনি; ভেরিসিমিলিচুদনি, অচুম্বা মানবনি । মদুগীদমক্তা ওইথোকপা য়াবা, থাজহনবা, মরম চাবা, পুকচেলশেংনা উৎপনচিংবা মওং মতৌ, থৌদোক, ফিভম্মচিংবা শেমদুনা সাহিত্যগী খূৎশেমদু উৎপা তাবকই । অদুম ওইনমক কলাদা, 'উবিবা অওইবা তাইবঙগী মঙাল তাহনবা' হায়বসি ফজ-নুংঙাইবগী তংঙাযফদনা তৌদবা য়াদবা নত্তে শুপ্নগী কলাগী স্তাইল অমনি । কলাগী খূৎশেম অমগী অর্থদি সমাজ অমসুং ইতিহাসকী ওইবা অচুম্বনি, অদুগা অর্থ অসিমক মীওইবনা শেম্বা অওইবগী (বিয়েলিতি) শকক অমনি (ৱেল্লেক, ১৯৮২ : ২৬) ।

কলাদা মকওইনা মীৎয়েং অনী লৈ : কলাবু কলা ওইনা অমদি কলাগা পুন্সিগা চৎমিন্নবগী । অদুবু অনীসি অমনা অমগী লমদা তত্তনা লানশিল্লি, লানশিন্নবা হোৎনদুনতা লৈ। মণিপুরী সাহিত্যগী সমালোচনাগী লময়ানবা মীনকেতনগী সাহিত্যগী খোঙফমসু ফজবা থিবদগী মীওইবগী লীচৎ শাজৎ, নীতিজ্ঞান ফগৎনবা লম্বী উৎপবোমদা নকশিল্লি । শম্মা হায়ববদা কান্নবা পীবগী মায়কৈদগী য়েংনবা হোৎনৈ। 'মীওইবদা অমম অঙালগী লম্বী তাকপা' 'লেঙদবা নুংঙাইবগী খুভম কাখৎনবা লম্বী উৎপা' সাহিত্যবু অৱাংবা সাহিত্যনি হায়বম্মি (মীনকেতন, ১৯৫০ : ২৭) ।

কলাগী পোৎশক অমনা নুংগী ভাব ফোঙদোকপা অমসুং সমাজদা কান্নবা পীবা য়াই । মসিদসু নত্তনা মশা মতোমতা মপূংফানা লেপচবা ঙম্বা পোৎশক অমসু ওইবা য়াই । কলাগী মচলশিংগী মশাগী ওইজবা মওং মতৌ, নিয়ম অমসুং পংখৈ লৈ । পংখৈ অদুগী মনূংদা লৈনা লৈনা কলাকারনা মনীং তম্মবা তত্তনা হোৎনৈ, চাংয়েং কয়া তৌই । নিয়মশিং অদুবু মহাক্না তত্তনা শীংনৈ, ইকাইসু খুম্লে । সাহিত্য হায়বসি মতমগী পংখৈনুংদা শেম্বা ইতিহাসকী অমসুং অশেংবগী কলাগী খূৎশেম ওইরবসু মসিনা পোকহল্লিবা নুংঙাইবা অমসুং মসিগী মমল লেন্নদি মতম্না লেপহনবা ঙমদে, অরোইবা হায়বা'মামুক লৈতে ।

সাহিত্যগী ঈহৌ খূদিংদা, ফজববু ঈথৌ লাংবগী অনৌবা মীৎয়েং অমা তত্তনা ং‌নৈ। মখোয় খূদিংনা সাহিত্যগী মশক নৌহৌনা তাক্লবা অমসুং মমল লেপ্পবা লেংনৈ। মতৌ অসুম্না, মতমগী পরীংদা থোরক্লিবা কলাগী ঈহৌ খূদিংনা, অনৌবা খোঞ্জেল তত্তনা তাবা ফংহল্লি অমসুং অপাবশিংগী ৱাখল মীৎয়েংবু হেন্না মচীল থৌহল্লি হায়বদা অরানবা ওইরোই।


*References*

1. এ. মীনকেতন, ১৯৫০, *মৈতৈ উপন্যাস*, ইম্ফাল
2. পি. নবচন্দ্র, (সম্পা:), ১৯৯৭, *মীনকেতন নৈনবা ৱারেং*, ইম্ফাল
3. ই. দীনমনি, ১৯৯৯, *ভারতকী কাব্যশাস্ত্র*, ইম্ফাল।
4. David Daiches, 1962. 'The New Criticism' in R.E. Spiller (Ed.), *A Time of Harvest*, 95-110
5. J.P. Dimri & A.C. Ramdas, 1994. 'Victor Borisovitch Shklovsky and his technique of Making Strange' in C.D. Narasimhaiah (Ed.), *East West Poetics at Work*, 57-68.
6. Rene Wellek & Austin Warren, 1968. *Theory of Literature*, London.
7. Rene Wellek, 1982. *The Attack on Literature and other Essays*, Brighton, England.
8. W.B. Worsfold, 1968. *Judgement in Literature*, Ludhiana.
9. T.S. Eliot, 1976. *The Sacred Wood*, New Delhi.
10. W.H. Hudson, 1976. *An Introduction to the Study of Literature*, New Delhi.

# মার্ক্সিজম অমসুং সাহিত্য

"জ্যোমিত্রিগী এক্সিয়মশিংনা মীওইবগী স্বার্থ শোকহল্লনবদি মসিবু কক্লনবা শোয়দনা হোৎনরমগনি"[১], য়াম্না খন্ননিংঙাই ওইবা ৱাফমনি। খুন্নাইসিদা মালেমসিগী শক্তি লৈরবা কাণ্ডলুপ কয়ানা, লৈজবা পাঙ্গল অমদি লৌশিং শীজিন্নদুনা মার্ক্সিজমবু কক্লনবা অমসুং লান্না উহন্নবা পোৎথাবা লৈতনা হোৎনরিবগী মরম মসিনা ওইরম্বা য়াই। অর্থনীতি, রাজনীতি অমসুং সমাজনীতিগী লমদমদগী হেন্দোরক্লুনা মার্ক্সিজমগী শাংলবা খুৎ অসিনা সাহিত্যগী লমদমসিদা মতৌ করম্না হায়জিল্লক্লিবা, লাইৱা পূন্নমক চন্নবা ভূতসিনা সাহিত্যগী রাজ্যসিদা করম্না তম্নররিবা! তশেংনমক মসিদা কনাগুম্বা সাহিত্যগী মীওই খরদি মিশাইবা পোক্লদবা নত্তে। মার্ক্সকী মমাঙগী লৌশিং লৈরবা মীওই অমদি দার্শনিকশিংনা মশাগী ওইবা মীৎয়েংদগী মালেমসিবু শন্দোক্লা তাক্লবা হোৎনরম্মী। অদুবু খ্বাইদগী মরুওইবদি মালেমসিবু হোংহনবসিনি। তাইবঙপানসিবু মীওইবগী হিংবদা মতীক চাবা মফম ওইহন্নবা, মীওইববু মীখা পোনবা অমসুং লাইরা অনংগী য়োৎলিংদগী নাম্থোক্লবা অনৌবা লম্বীদা চংশিনবদা মার্ক্স মশামক্কী পুক্নি কৎথোকখি।

মার্ক্সপু নৈনবদা এঙ্গেলস য়াওদ্রবদি মপূং ফাবা ওইথোক্তবনি। মখোয়নীগী মরীদি থম্মোয় অমসুং ৱাখলগী চেৎলবা মরীনি। মখোয় অনীমক নহা ওইরিঙৈদগী হৌনা সাহিত্যবু পামজবা কবি ওইগে হায়বা ফাওবা খনখিবা মীওইনি হায়বা য়াই। শোক ১৮৩৬-৩৭ তা মার্ক্সনা বার্লিন ইউনিভরসিটিগী লো স্কুলদা তম্লীঙৈদা কবিতা কয়া ইখি। "মালেমসিগী নত্তবা শক্তি অমনা হেলোয়না পুবগুম্না কবিতানা ঐবু শুম্মৎতুনা লৈরে' হায়না মহাক্লা হায়খি। তশেংবদি মার্ক্সনা সাহিত্যগী মরমদা অনৌবা ৱাখল্লোন অমা ইদুনা থনম্বদি নত্তে। মহাক্লা মতম অদুদা লোয়নরম্বা অইবশিংগী মফমদা ইরম্বা চিঠি অমদি মহাক্লা পামজরম্বা কয়াদগী সাহিত্যদা মার্ক্সিজমগী মীৎয়েং অসি শাগৎখিবনি। মীওইবনা অতৈ প্রকৃতিগী থৱায়

[১] লেনিন, ১৯৭৭, *সেলেক্তেদ ৱার্ক্স*, মোস্কো, লা: ২৫

পানবশিংদগী খেন্নরকপগী মরমদি ৱাখল খনবনা নত্তে, মহাক্কা হিংবদা চংঙগদবা পাম্বৈশিং অদু পুথোকপা হৌবদগীনি। মরম অদুনা পোৎথোক পুথোকপা হায়বসিনা সমাজ অমা লিংনবগী মূলস্থমনি। মীওইবনা হিংবগী তঙাইফদবা কয়া অদু লৈরবা মতুংদা শিল্পগী ৱাখল লাকই, চারা হেল্লবা অৱাবগী পোৎলুম পূবদা ৱারবা মীশক অমদা কবিতাগী ৱাখল লাক্লোই। সমাজ অমগী মনুংদা মীগা মীগা লৈনবা অমদি প্রকৃতিগা লৈনবা মরীসিদগী মীয়ামগী ৱাখল 'সোসিয়েল কোন্সসনিস' ওইরকই হায়বা য়াই। পোৎথোক পুথোক্লবগী পাঙ্গল (প্রদক্তিভ ফোর্স) অমসুং পোৎথোক্কী মরী (প্রদক্সন রিলেসন) অনীগী মূক্লবা অমদি লৈনরিবা মরী অসিদগী মীয়ামগী ৱাখলগী মশক লেপকদবনি। মার্ক্স অমসুং এঙ্গেল্‌সকী মতুংইন্না আর্ট হায়বসি সোসিয়েল কোন্সসনিসকী মওং অমনি। মরম অদুনা আর্টকী করিগুম্বা ফোর্ম অমনা মাঙখিবা নৎত্রেগা থোরকপদা মীওইবগী হিংলিবা পুন্সি মওং অদুদগী য়েংগদবনি। সাহিত্য অমদি কলা হায়বসি সমাজদুগী দরকার ওইরকপা অমদি সমাজদুগী মীৎয়েং অদুগা চাননা থোরকপনি। মীওইবগী শিল্পকলাগী ৱাখল, সমাজবু অমদি প্রকৃতিবু লৈশী লৈথোক্দুনা উবা ঙম্বগী গুণ অসি মীওইবনা পুথোকচবনি অমসুং সমাজ অসিদগী ফংবনি।

সাহিত্যবু নৈনবদা মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা সমাজগী শেনথুমগী মরীবুসু য়েংগদবনি হায়বস্মী তৌইগুম্বসুং ইকোনোমিক দিতরমিনিজমনা সাহিত্য পুথোকপনি হায়না খক হায়রমদে। অদুবু কনাগুম্বা সাহিত্যগী মীওই খরদি মার্ক্সিজমবু তাথীবদগী নৎত্রেগা মুন্না খঙদবদগী ওইরবসু ইকোনোমিক দিতরমিনিজম্না সাহিত্য পুথোকপনি হায়দুনা ওন্ন তৈনবা মওংদা উহন্নবা হোৎনবসু য়াওরি। তশেংবদি মখোয়না "আর্টনা খ্বাইদগী চাওখৎলবা ইতিহাসকী তাক্কক খরদি সমাজনা চাওখৎপা নৎত্রেগা পোথোক পুথোকপগা হকথেংনবা মরী লৈনদে" হায়বা মার্ক্সকী ৱাফম অদুমদি কাউবগুম তৌরে। সাহিত্যদা সমাজগী মমি তাই। সাহিত্যদগী ঐখোয়না মতমদুগী চৎনলোনচৎ অসুং থৌদোক কয়াগী মরমদা খঙবা ঙম্বা য়াই। এঙ্গেল্‌সনা বেলজাক্কী নোভেলদগী মতমদুগী ফ্রেন্স সমাজগী মরমদা নীংথিজনা খঙখিবগুম অতোপ্পা ইতিহাসকী লাইরিক অমদগী খঙবা ঙমখিদে হায়রম্মি। সাহিত্যনা সমাজদগী থোরকপা ওইরবসু অদুগুম্বা সমাজদুবু শেমগৎপদা অতৈ সোসিয়েল কোন্সসনিসকী ফোর্মশিংগা লোয়ননা অচৌবা থৌদাং লৌই হায়বসি মখোয়গী থাজবনি।

ইতিহাসকী তোঙান তোঙানবা তাংককশিংদা থোরকলিবা, গ্রীক্কী খুন্নাইদা ইগীক পোইত্রি, রিনেসাঁসকী মতমদা দ্রামানচিংবা সাহিত্যগী মচলশিংনা মীয়াম্না পাম্নবা মখলগী জেনর ওইরকখিবগী মরম পীবদা থোইদোক্লা অরুবা নত্তে। তৌইগুম্বসুং অরিবা মতমগী গ্রীক্কী সাহিত্যনা হৌজিক্কী চাওখৎলবা যুগ অসিদা হিংলিবা মীওইশিংদা করম্না নুংঙাইবা পীরিবনো হায়বসিনা হেন্না লুবা ৱাফমনি। মরম অসিদগী মীওইবগী চাওখৎপা অমসুং ইকোনোমিক ফেক্তরগা হকথেংননা মরী লৈনবদা আর্টকী তোপ তোপ্পা শক্তম লৈ হায়না মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসনা লৌরম্মি। অসুম তৌনা, মীওইবনা ফজবগী কাঙলোন মতুংইন্না শেম্মী হায়না মার্ক্সনা মখা তানা হায়রম্মি। রাজনীতি, আইন অমদি আইদোলোজীদা সমাজগী শেলথুমগী ফিভমগা সোসিয়েল কোন্সসনিসকা মরী লৈনবা তারবসু ধর্ম্ম অমসুং কলাগী মতাংদদি কাঙলুপ অমদি শেনথুমগী ফিভমগা মরী হঁরে লৈনদবগুম তৌই। মসিগা লোয়নননা করিগুম্বা সমাজগী তাংকক অমগী স্পিরিচুয়েল কলচরগী মশক অসি মতমদুগী মীয়ামগী মরক্তা লৈনরিবা মরীশিং অসিনসু লেপ্লি। মার্ক্সকী মমাঙগী মীওইশিংনা আর্টপু নৈনবদা মীয়ামগী পুন্সিরোলদগী আর্টপু তোঙান্না তাহন্দুনা অৱাংবা পূক্নিংগী ঈথিল অমদগী কলা থোরকপনি হায়না নৈনরম্মি। মরম অসিদগী মখোয়না তোঙান তোঙানবা আর্ট ফোর্ম কয়া থোরকপা অমসুং মাঙখিবগী মরমদা কুপ্পা তাকপা ঙম্লমদে হায়বা য়াই। শম্না হায়রবদা কলাবু ফজবগী নৈনরোলগী মীৎয়েং অমত্তদগী য়েংবনদি কলাবু মপূং ফানা খঙবা ঙম্লোই। মসি হায়দুনসু মার্ক্সিজমনা ফজববু থওইদবা নত্তে, মখোয়না কলাবু সমাজগী অৱাংবা ৱাখল অমসুং কলাগী ফজবা অনীগী থাদোক্নবা য়দ্রবা (ওর্গানিক ইউনিতি) তিন্নফমনি লৌই। সাহিত্যবু ইস্থেতিক অমসুং ফংসনেল হায়না অনী থোকহন্দুনা অশেংবা পুন্সিদগী কলাবু তোখাইনা উহন্নবা হোৎনরিবা মীৎয়েং অসিদি মার্ক্সিজমদা থাজবা কাঙবুগী মীৎয়েংদি ওইরোই। কলাদি সমাজগী অমসুং ইস্থেতিক্সকী মীৎয়েংদগী পুন্সিবু কলাগী শক্তমনা উৎপা মীওইবগী খুৎশেমনি।

মার্ক্সিজমগী সাহিত্যবু, রাজনীতিগী করিগুম্বা ৱাখল্লোন অমবু প্রচার তৌনবা শীজিন্নবনা সাহিত্য নত্তে হায়নিংবা কাঙবুসু লৈতবা নত্তে। মার্ক্সিষ্ট ইস্থেতিক্সপু শাথিনা হুল্লানবগী থবকসি অনীশুবা ইন্তরনেসনেলগী মতমদা অসুক্কী মতিক কনখি। মতমদুগী মপূং মরৈ ফাজদ্রিবা মার্ক্সিষ্ট মেহরিং অমসুং প্লেখানোভনা ফনা হোৎনজরবসু থেংনবা ঙমখিদে। ঙসিগী কুনশুবা চহীচা অসিদদি মার্ক্সিজমনা

সমাজসিগী মুক্তিগী অমত্তা ওাইববা লন্নীনি হায়না থাজরবা মার্ক্সিষ্ট কবি কয়া নোবেল প্রাইজ ফংনরক্লে । হোলদর লেক্সনেস, মাইকেল সোলোকোভ অমসুং পেভলো নিরুদা শিংথানবা য়ারবা কবিশিংনি । মসিনা তাকপদি আইদোলোজীগী অকনবা কুরুক্ষেত্র অসিদা ওসিদি মতম অমদা মখোয়গী রাজ্যদা নুমিৎ তাবা লৈরমগ্রবা সম্রাজ্যবাদীশিংনা মার্ক্সিজমবু শকখণ্ডবা য়ারকত্রে মালেমসিদা হৌরক্লিবা সমাজবাদকী অকনবা ঈহৌশিংদা হঞ্জানরক্লে হায়বসিনি ।

সাহিত্যগা সমাজগা অমগা অমগা মতেং পাংনৈ । অদুবু সাহিত্যগীদমক সমাজ লৈবা নত্তে, সমাজগীদমক সাহিত্য লৈবনি । সাহিত্যদা য়াম্না মরু ওইরিবা, মীওইবগী ফজবগী ৱাখল অসি, মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসকী মীৎয়েংদা মীওইবনা পোকপদগী লোয়নরকপা নত্তে । মহাক্না হিংলিবা সমাজ অদুদগী ফংবনি । সাহিত্যগী শ্বাইদগী মরু ওইরিবা শাদোং (মেদিয়ম) ওইরিবা লোন অসিমক মীওইবা সমাজগী পোৎথোকনি । মতাংসিদা মার্ক্সিষ্টশিংনা কবি অমসুং অচৌবা মীওইশিংগী থৌদাংবু করিমত্তা শীংথানরমদবগী ৱাদি নত্তে । তশেংবদি মার্ক্সনা অইবশিংবু য়াম্না ইকাই খুম্নরম্মি । 'ওইনিংবা ম্নীওই ওইজসনু কবিদি থাগৎফম অমসুং ইকাই খুম্নফম থোকই' হায়না মহাক্না হায়রম্মি । মতম অদুগী কবিশিংগা মহাক্না মরী লৈনরম্মি ; প্রোগ্রেসিভ রাইটর কয়া মীয়ামগী ঈহৌদা পুশিন্নবা হোৎনখি অমসুং মখোয়গী অশোয়বা কয়া পুথোকখি । জর্মন রিভোলুসনরী কবি হেইনবু মহাক্না য়াম্না পামজরম্মি, কবি অসিগী কবিতা কয়াদা মার্ক্সনা ঈথিল পীখিবা য়াওখিদবা নত্তে । দান্তে, গেটে অমসুং সেক্সপ্যারগী লাইরিকশিং থৱায় য়াওনা পারম্মি । মতমদুগী নোভেলিষ্টশিংগী মনুংদা বেলজাক অমসুং সের্ভেন্তিসপু শ্বাইদগী অথোইবনি হায়রম্মি। সুর্ভেন্তিসকী 'দোন ক্যুইসোৎ' অমদি সেক্সপ্যারগী 'তাইমন ওফ এথেন্স' তগী খুদম কয়া লৌখৎতুনা নৈনরম্মি । দোন ক্যুইসোৎকী ত্রেজিদি অসি নাইটশিংগী অকন অথৌগী লীচৎপু হোংলক্লিবা সমাজগী তাংকক খুদিংমক্তা চান্নগনি খল্লুবা দোন ক্যুইসোৎকী অৱা পোলোইগী ৱারীনি হায়রম্মি । মতৌ অসুম্না করিগুম্বা সাহিত্যগী জেনর অমা মরাই চায়থখিবা অমসুং থোরকপা হায়বসি সমাজদুগী অথন্নবা সোসিও ইকোনোমিক্কী শক্তমগা মরী লৈনৈ । মতৌ অসুম্না মার্ক্সিষ্টশিংনা সাহিত্যবু মশক মুন্না খণ্ডবা তারবদি সমাজদুবু মশক খণ্ডবা অমদি সমাজ হৌরকপগী ওবজেক্তিভ লো অদুবু খণ্ডবগী তঙাই ফদবা লৈ হায়রিবনি ।

চৎনবা য়াম্রবা সমাজগী মশ্রী অমসুং খোঙজেল থুনা হেক্সৎপ্রবা প্রদক্তিভ ফোর্স অনীগী তাইশিন্নবা য়াম্রবা মুক্লবা অসিবু কোক্লবা হোৎনবদা মীওইবগী ইতিহাসকী পরীংদা রিভোলুসন থোক্লি। হোৎলক্লিবা সমাজগী য়াওনগা লোয়নননা অনৌবা সাহিত্য শেম্বসিসু রিভোলুসন অমনি। সমাজ অসিবু হেন্না চাওখৎনবা, মাঙলোমদা চৎশিন্নবা অকনবা লড়াই তৌবদা অইবশিংগী চাউরবা থৌদাং লৈ। অইবশিংনা করিগুম্বদা থাঙ পায়দুনা মীয়ামগী অচৌবা ঈহৌদা পূন্না শরুক য়ামিন্নদুনা লাম্ছেংমিন্নবগীদমক এঙ্গেলসনা রিনেসাঁসগী থৌনা ফবশিংবু থাগৎলম্মি।

মীওইবনা খুন্নাইসিদা মীগী মরক্তা তোঙান তোঙানবা শিনফম খায়দোক্লরকপদগী হৌনা পূক্লিং অমসুং পাঙ্গলনা শু-নোম্বগী মওং অনী থোক্লা খায়দোক্লরকখি। মসিদগী হৌদুনা, মীওইবগী ব্রাখলনা হিংলিবা তাইবঙপানসিদগী তোঙান্না লৈবা হৌখি। মীওইবনা পোৎথোক হেন্না পুথোরকপা, মীশিং য়ামখৎলকপা অমসুং চাওখৎলকপগা লোয়নননা মীওইবগী ব্রাখলসু চাওখৎলকই অমসুং শিল্পগী হৈশিংবসু হেল্লকই। প্রাচীন যুগকী ত্রাইবেল সোসাইটিনা লোইখিবদগী হৌজিক ফাওবদা লৈরক্লিবা মীওইবগী ইতিহাস কাঙলুপকী লানথেংনবগী ইতিহাসনি। কাঙলুপ নাইরবা সমাজগী সোসিও-ইকোনোমিক বেজ অসিদা শাগৎলিবা, রাজনীতি, আইন, অর্থনীতি অমসুং আইদোলোজীসু কাঙলুপকী স্বার্থ ঙাক্লবা হোৎনরকই। অসিগুম্বা সোসিয়েল কোন্সনিসশিং অসিগী মনুংদা অমা ওইরিবা সাহিত্য কলাসু কাঙলুপ অমগী মীচং চঙবা তারকই। মরম অদুনা কাঙলুপ নাইববা সমাজগী মনুংদদি সাহিত্যসু মীচং চঙবা সাহিত্য ওইগদবনি হায়বসি মার্ক্সিজম লেনিনিজমদা থাজবা মীশিংগী সিদ্ধান্তনি। হৌজিকী সাহিত্যগী ঈহৌশিংগী মনুংদা য়াম্না শোন্নরিবা 'সোসিয়েলিষ্ট রিয়েলিজম' গী আধারসু মীচং চঙবা (পার্তিসানসিপ) হায়বসিনা ওইরিবনি। কলাগী ফজবগী মায়গৈদা লূপখিদুনা সমাজদা অইবগী তৌফম থোকপা অচৌবা থৌদাং অদুবু তুংওইনদুনা লৈথোকপা মার্ক্সিজমদা থাজবা অইবশিংগীদি ওন্ন-তৈনবনি। শম্না হায়রবদা, কলাদা 'নন-এলাইনমেন্ট'কী ব্রাফমসি মার্ক্সিষ্টশিংনা য়াদে। 'কলাগীদমক কলা' গী মহুত্তা 'সমাজগীদমক কলা' হায়বসিদা হেন্না থাজবা কাঙলুপনি। মসিনা মীওইবা সমাজনা ওবজেক্তিভ লো অমগী মতুংইন্না হৌরকপনি লৌই। কনাগুম্বা মীৎনা উবা ঙমদ্রবা শক্তি নৎত্রগা মহাপুরুষ অমগী অনীংবা মতুংইন্না মীওইবগী ইতিহাস শেম্বনি হায়বসি মখোয়না য়াদে। মরম অদুনা মার্ক্সিজমদা সমাজ অমসুং প্রকৃতিগী ব্রাংমদা অতোপ্পা 'সুপর নেচরেল' অমা লৈতে হায়না লৌবদা অরানবা ওইরোই।

সাহিত্য অমসুং রাজনীতিগী মতাংদসু অদু মঙাই। অইবদি রাজনীতিদগী লাপ্পা লৈগদবনি (এপোলিটিকেল) হায়বসি মার্ক্সিষ্টশিংনা য়াদে। মাক্সিম গোর্কীনা অহানবদা রাজনীতি য়াওদবগী রাক্ষমসি থাজবগুম তৌরম্মি। নোংমনা মাইগে অমগী, নোংমনা অমগী মীচংদা লেপতুনা ইরম্মি। মতমসিদা লেনিন্না গোর্কীগুম্বা মীশক অমবু চুম্নতগী লেখক অমা ওইনা লৌবা চুমদে; মশানা য়ানিংলবসু য়ানিংদ্রবসু মহাক রাজনীতি য়াওরবনি হায়খি। তশেংনমক য়াম্মা চুমদ্রবা রাক্ষমনি। পোৎকা মমলগা থাদোক্লদবগুম রাজনীতিবু পামজদ্রবসু নৎত্রগা য়াওদে হায়না খল্লবসু রাজনীতিনদি ঐখোয়বু খক থাদোক্তে। করিগীনো হায়বদু, সমাজদা হিংলিবা মীওইবনা মানা হিংলিবা সমাজদুদগী খক নাম্বোক্তুনা চেনবা ঙমদে। মীওইবগী খুন্নাইদা ওৎপিববা অমসুং ওৎলিবা কাংলুপ অনীখক্তনি, আইদোলোজীসু কাঙলুপ অনীসিগী আইদোলোজীনি। বুর্জুবা নৎত্রগা সোসিয়েলিষ্ট আইদোলোজী অনীগী মরক্তা অমা খনবা তাবনি; অতোপ্পা অহুমশুবা আইদোলোজী হায়বা অমা মীওইবনা শেমদ্রি হায়না লেনিন্না হায়বম্মি। মরম অদুনা রাজনীতি য়াওদে হায়বসিমক গণতন্ত্র য়াদে হায়বগা খেন্নবা নত্তে হায়না থোমাস মেন্না হায়রম্লিবনি।

সাহিত্যদা অইবগী পাউজেল করম্না পীগদগে হায়বগী মতাংদা ভাবতকী সাহিত্য শাস্ত্রদসু য়াম্না কুপ্পা নৈনবম্বা পুম্নমক্না খঙনরবা রাক্ষমনি। মপুরোইবদা মাগী নুপীনা পীবা পাওতাক্কী মওংনা খ্বাইদগী অথোইবনি হায়না অখঙ অহৈশিংনা লৌনরি। অতৈ নোংচুপলোমগী সাহিত্যদসু অদু মঙাই; মকা ফোংনা হেক্তা লাউবা, ফজদবা মওংগী মতৌ অদুদি সাহিত্যদদি দোষকী মশক্লি। মরম অদুনা এঙ্গেলসনা য়াম্না চেকশিন্না সাহিত্যদা অইবগী মীৎয়েং অসি মীচং চঙই হায়বা ফাওবা খঙহন্দনা মচেক্না য়ৈদুনা উৎকদবনি হাযরম্মি। মতাংসিদা এঙ্গেলসনা মার্গেবেত হার্কনেসতা ইখিবা চিঠি অদু পনবা য়াই। 'ঐনা নঙোন্দা অইবগী বাজনীতি অমদি সমাজগী মীৎয়েং উৎনবা ইবা, ঐখোয় জর্মননা 'তেন্দেজরোমান' কৌবা সোসিয়েলিষ্ট নোভেল ইদবগীদমক নংগী নরান থিবদি নত্তে, ঐনা হায়নিংবদি আর্টতদি অইবগী মীৎয়েং লোৎশিল্লিবমখৈ অসুক্কী মতিক ফজবা হেল্লি'। মতৌ অসুম্না সাহিত্যগী মবমদা কুপ্পা খঙলবা মীশক অসিনা দাইদেকতিসিজমগী অশোয়বা থোক্তনবগীদমক অইবী অসিদা ঈঙ্গিৎ তৌবম্বনি। করিগুম্বদা বুর্জুবা সমাজগী তশেংবা শক্তম শেংনা উৎতুনা মখোয়গী লোইশিল্লক্লগদবা থাজবা কয়াগী মীনম্বা কুয়োম অদুবু হাংদোক্তুনা মখোয়বু কযাম কুইনা হিংখিগদগে হায়বগী মিপাইবা

পোকহনবা ওন্নবদি মীচং চওত্রক্কাওবদা সোসিয়েলিষ্ট প্রোব্লেম নোভেল ইংলণ্ডগী মথৌদি পাওথোক্নে হায়না ১৮৮৫, নভেম্বর ২৬ তা এঙ্গেলসনা মিনা কাউটস্কীদা ইবা চিঠিদা হায়রম্বি। মরমদি নোভেলসি পাগদৌরিবা কাওবু অসি বুর্জুয়া কাওবুনি। মসিমক্কা মরম ওইদুনা এঙ্গেলসনা মীচং চওবা সাহিত্য (তেন্দেন্সিয়সনিস ইন লিত্রেচর) বু য়াররমদে হায়বা নত্তে। চিঠি অসিমক্তদা মহাক্না হায়রি অসিগুম্বা মীচং চওবা কবিতা অসিবু ঐনা য়াদবা শুকনং নত্তে। এস্কাইলস, এরিষ্টোটল, দান্তে অমদি সরভেন্তিসনচিংবা কবিশিং অসি মীচং চওবা কবি ওাক্তনি।

মীওইবগী পুক্নিংগী মপাউখোলবু থম্মোয়দা পানহনবা ওম্বা, নীংথিজবা লোয়া পাউদম্বা ওম্বা মীবু কবিগী বাখল চেনবা মীনি হায়রুদা থোইনা লাল্লোই। নোংমা ১৮৫৬, কালেন থাদা লাপ্পা লৈপ্রবী মাগী নুপী বেন্তফেলেনগী মফমদা মর্ক্সনা ইথি - নক্না য়েংলগদি অচৌবা তব্বার ফাওবা বাংই খংঙুদে। নক্না লৈরম্বদগী কৈসু ওইদনা খল্লুবা পুক্নিংগী ঈথিল কায়নবগী যাদুগী শক্তিনা কয়াদা মতীক লৈরবা! মফমনা নঙ-ঐবু লাপ্পহল্লবা মতমসিদা, নুংশা অমদি নোংনা পাম্বীশিংবু য়োক্তুনা থম্বগুম্না নঙনা ঐগী নুংশিববু য়োক্তুনা থম্লি। নঙনদি নোক্লিংলমগনি চান্নবী কদোমদগীনো খঙহৌদনা ঐনা কবিতাগী বাখল লাক্লিবা ? কয়াদা ফজম্রবা সাহিত্যগী লৈচন্নো! পরেংশিং অসিদা মীওইবগী থম্মোয়গী অশেংবা মপাউ দর্শনগী বাংলবা বাখল কয়া থুপতুনা লৈরি।

সাহিত্যবু পুন্সিগী, মরুওইনা সমাজিক পুন্সিগী মতৌতম্বনি হায়বসি, য়াদবশিংনদি মার্ক্সিজমগী সমাজগী ওইবা সাহিত্য অসি মরুওইবা সিদ্ধান্ত ওইনা লৌদে। সমাজিক পুন্সিগা মরী লৈনদবা মশক্নাইবা সাহিত্য লৈরি। মার্ক্সিজমনা সাহিত্যনা সমাজদা কয়া য়াম্না মপান তাংবগে হায়বা বাহংগী পাউখুম পীবা ওমদে; পীনবসু তৌদে, অমসুং কলাগী মরুওইবা সমস্যা কয়াবু নৈনদে হায়না অকনবা মরাল পীনবা হোংনৈ। বাফমশিং অসিদা অচুম্বা য়াওদবদি নত্তে। মার্ক্সিজমনা সমাজগী অমসুং কলাগী সমস্যা পুম্নগী পাউখুমদি নত্তে। অদুবু মসিনা মীওইবা সমাজগী অমসুং সাহিত্যগী সমস্যাশিংবু নৈনবগী মমল য়াম্নবা মীংয়েং অমদি শোয়দনা ওইদুনা লৈরগনি।

# মণিপুরী সাহিত্যদা মতম

মীওইবদি ৱাখল খনবা জীবনি । ঐখোয়না তত্তনা হায়নবা ৱাফমনি । অদুবু অশেংবদি মীবু মাগী অকোয়বদা লৈরিবা ফিভমনা মঙোন্দা ঙাথেংলরিবা থৌদোকশিংনা খলহনবনি, মাবু খন্দবা ঙমহন্দবনি । তাইবঙপানবগী পুন্সিগী অমসুং মীওইবগী মরুওইবা মনূং হুনজিনবা মশক থিনবা হোৎনরিবা দার্শনিকশিং, পূক্লিং ৱাখল থৌরবা পণ্ডিত কয়ানা থিরিবা নৎত্রগা হংলিবা ৱাহংশিংগী মনুংদা 'মতম' হায়বসিসু অমনি । তাইবঙপানসিদা হিংলিবা মহৌশাগী পোৎ খূদিংগী অহৌবা অমসুং অরোইবা লৈববসু জগৎসিদা লৈরিবা মশীং লাকঙমদ্রবা পোৎশকশিংনা পোক্লকপা অমসুং লোইখিবগী অরোই অখম নাইদ্রবা খোঙচৎ অসিদি লেপ্তুনা চৎথদুনা লৈ । শম্না হায়রবদা, তত্তনা হোংলিবা মহৌশাগী শক্লোন মতম চুপ্পগী ওইনা অদুমক লৈ । মতৌ অসুম্না অহৌবা অরোইবা নাইদবা মহৌশাগী শক্লোনগুম্না মতমগী ঈচেলসু লেপ্পাইদবা খোঙচৎনি ।

কনাগুম্বশিংনা মতমবু মহৌশাদগী মনীংতম্না তোপ্পা থম্লিংই । কাঙবু অমনা মতম হায়বমা'মুক লৈতে, মতমদি মীওইবগী পূক্লিংনা শেম্বা শক্লোননি লৌই । খরনা অমুক মতম অমসুং মফম মহৌশাগী তৎন থানবা য়াদ্রবা গুণ ওইনা লৌনিংই। অদুগা খরা অমনদি জগৎ অসিদা লৈরিবা পোৎশিং অসিনা মাঙখ্রবদি মফম, মতম (স্পেস অমসুং তাইম) হায়বসিসু অদুম্মক মাঙখ্রগনি হায়না লৌই । মীৎয়েং খেন্নবগী মতূংইন্না মতমবু তোঙান তোঙানবা মওংদা মশক তাক্লবা হোৎনরম্বা বৈজ্ঞানিকশিং অমসুং অখণ্ড অহৈশিংগী ৱাফমশিং অসি তোপ্পা থম্লগা ঐখোয়না অইবশিংনা মতমবু করম্না লৌরম্বগে হায়বদু নৈনদুনা য়েংবা য়াই । সাহিত্যগী মচল অমা ওইরিবা ৱারীশিংবুলশিংদা মতমগী ৱাফম য়াম্না মরু ওই । অইবশিংনা তংঙায়ফন্দবা চঙদবা য়াদবা অমা ওইনা মতমবু লৌখত্তুনা চেকশিন্না নৈনৈ । ঐখোয়গী পুন্সি অসিমক অমরোমদা মতমগী অতোপ্পা শক্লোন অমনি হায়বা য়াই । অখণ্ড

অহৈ কয়ানা পুন্সিবু মতম অমসুং হিংবগী মতীক মগুন না লেপ্পি লৌনৈ। মরম অদুনা উপন্যাস নৈনবদা ই.এম. ফোর্স্তরনা 'ৱারী হায়বসি পুন্সিবু মতমগী পংখৈনুংদা লীবনি' হায়রম্মি । মহাক্না ৱারী অমতা 'মতম' গী ৱাখল য়াওদনা ওইবা ঙমদে, উপন্যাসকী মনুংদা মতমবু কোনশিন্দবা য়াদে, অদুগা লোয়ননা মসিদা পুন্সিগী মতীক মগুনসু হাপ্পবা হোৎনবা তাই; অরোই অখম নাইদ্রবা মতমবু কোয়শেন শেন্নদুনা ইন্নবা নৎত্রবদি ৱারী ওইবা ঙমদে হায়রম্মি। ঐখোয়না নুংতিগী থেংনরিবা অয়ুক নুমিদাংগী পুন্সিদা মতম্ন থৌওইনা খল্লুদবা য়ারবসু । উপন্যাসকার অমনদি মতম্ন খক থৌওইদবা য়াদে। মরম অদুনা ফোর্স্তরনা হায় :.. it is never possible for a novelist to deny time inside the fabric of his novel : (Forster, 1990 : 43)

লোক সাহিত্যগী পণ্ডিত ডব্লু. আর. বেসকোমনা মতমগী মতেংনা ফুঙ্গা ৱারী অমসুং অতৈ লাইতিনগী ৱারীনচিংবগী খেন্নবা মশক পুথোক্লবা হোৎনরম্মি । মহাক্না মীথ অমসুং লীজেন্দবু করিগুম্বা মতম অমদি মফমগা মরী লৈনবা থাজ-ৱারী ওইনা, ফুঙ্গাৱারীবুনা মফম মতমগী অচেৎপা লীপুন য়াওদবা ৱারী ওইনা মশক তাক্লম্মি । মালেমসিগী মশক নাইরবা অয়াম্বা অইবশিংনা মতমগী মতীক ময়াইবু মতাং অমা নৎত্রগা অমদা শৈথারম্বা হেক হেক থেংনৈ । মরম অদুনা মতমবু পামজনবা খল্লুবা হীরম নৎত্রবসু মতমগী মীৎলমদগী অইবশিংনা থৈদোক্লুনা চৎখিবদি ঙমদে। কনা অমনা মতমগী মীনুংশি য়াওদ্রবা অকিবা ফংলবা লীচৎকী মরমদা, কনা অমনা, কায়না মৈশাদা খুইথরবা পূক্লিংগী ঈংলবা লাইজ ঈরিক ওইনা মতমবু য়েকই। গীতাগী তরাশুবা অমসুং তরামাথোইশুবা তাংকক্তা জগৎকী মপুগী মচীন্দগী পূম্নমকপু মাঙহনবা ঙম্বশিংগী মনুংদা মতম হায়বদু মহাক্নি; লেঙলী পাল্লিবা পূম্নমকপু মাঙহনবা চাওরবা কাল হায়বদু মহাক্নি হায়হল্লি ।

মণিপুরী সাহিত্যদসু, মখল মথেল নাইবা মতমগী শক্লোনবু ঐখোয়গী অশৈবশিংনা য়েক্লম্বা থেংনৈ । মতমগী চেৎলবা খুবাম্নুংদগী নাম্থোকপা ঙমদ্রবা মীওইবগী পুন্সিগী মশক মৈতৈগী অরিবা সাহিত্যদা মরীকচুম্না শৈথারম্মি । 'কুমদর্মশৈ' হায়বা শৈরেংদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মি । মতমগী খোঙচৎপু কন্নানসু থিংলুবা ঙমদে মহৌশাগী খোঙচৎসু অদুমগুায় । ফৌনা চেল্লা হাপ্লম্বা কোৎনা নোংমা নোংমগী পেকথোকখিবগা লোয়ননা অসুম ময়েং তারকপগুম মীওইবগী পুন্সিসু

নোংমা নোংমগী ময়েং তারকই । অদুবু পোযনু মতম য়ৌবকপদা চনীং ফংনা হাঙলুববা কোৎতুদি অমুক নৌনা থল্লকখিনি । তাইবঙ পুক্সিদি অমুক নৌনা হল্লকপা যাববোই। পোকপগা শিবগী নুমিৎ লেপ্লবনি । নুমিৎনা তাখিবদা খূজেং লাক্লা খাম্বা ঙমদে, লোইদাম থানা শিখিবদা থোঙগী পৌরোন লোন্দুনা থিংলুবসু য়াদে, নোংমা নোংমগী হৌখিবনা শিবগী মতম ওইবকই । হাযবিবা মীৎয়েং অসিমক ব্রাহেংবম মাধববামগী 'লাংলোন'দসু উবা ফংলি । যোইমযাই তাউদলবসু কোবৌ নুমিৎ তবেৎমাদা হন্না হন্না থোবকই, থাজ তবানিথোইমক্তা হন্না হন্না লাকই, চহীসু অমা হৌখ্রগা অমা মবাকই । তাইবঙ মীগী পুক্সিদি হৌখ্রবদা অমুক নৌহৌবকপা লৈত্রে । য়োইময়াই তাউদনববু খূজেং লাকনা থৌখামঙমদবা, লোইদাম থাজ পাখঙববু থাজ মখ্বাং কোন্না ঙাকচবা ঙমদবগুম তাইবঙ মীসু অহল ওইবকই, শকফম হোংলকই, খূদাংগী শিংলী পুম্নমক তাউখৎলকই । শমু খোঙথাং খূদিং খুদি চেল্লকই, থৌদু ফেঙনা নূংগুম তুমশিল্লকই, থাঙলেন শুনা মনবগুম মথৌ হল্লকই ।

মতমবু মহাক্কী খুদুম্দা থম্বা ঙমখি ব্রাবীনবা কুরুবংশগী মহারথী ভীষ্মনা তেনগী ফম্মুংদা হীপ্তুনা উত্তরায়ণ ব্রানা ঙাইখি । মতমগী মপান্নাইদ্রবা ঈবোন্নুংদা লূপখি । নুংবান হোংনেম লুব্রাং নিংথৌ পুক্সিবা, চাবোল তবেৎ শূবোন তবেৎ পুক্সি শৈশক্রবা, ফৎত্রবসু শিনবা যাবা, যামদ্রবসু হাপচিনবা যাবা লাংলেন কোংযাং ব্রাপলগা লুব্রাং মাগী পুক্সিগা শীংনবদা, লাংলেন ব্রাপন্না কংখ্রগা লুব্রাংমানা কোলহৌই হায়নবা নিংথৌসু মতমগী খুবাম্মুংদগী নাহ্রোক্তুনা চেনবা ঙমখিদে ।

অনৌবা মতমগী লমদমসিগী খূৎমাবা অইবশিংগী মবক্তা মতমগী অঙকপা মতৌবু শৈথাবমদবা কনাবু যাওবিগদগে ? হিজম অঙাংহলগী 'য়াইথিংকোনু' গী হৌবকপদা মতমগী মতীক মযাইবু শীংথাবদুনা নীংথিনা য়েক্লি । মতমবু কনা অমনা হবাওনা ঙাইনৈ, অদুগুম্বা মতমবু, কনা অমনা কপ্পা কপ্পা চৎখিবা ঙাইনৈ ।

'ঙসি অমা, হয়েং অমা খঙদবনা ফীবুঙ ওই,
লেপ্তুবা মচুগী শকপু যেংদুনা
তাইবঙ অসিনা মতমবু ঙাইনবি' (অঙাংহল, ১৯৬৫ : ১)

মৈতৈগী অশৈবশিংনা, মীচঙ মীথায নাইদবা মতমগী কম্বা কল্লেংনবা মতৌ অদুতবু উত্তুনা লৈতে । মতমগী অথোংপা অমেঙবা মশক অদুবুসু য়েক্লম্মি । থৌবাংনা ঙাইববা কনাগুম্বগী মপাউ মতমনা পুদুনা লাকই । মচা কায়নববী, মপুবোইবা

শেংনরবী নুপী কয়াগী অৱাবা মতমনা তপ্না তপ্না শুদুনা চংখি । ৱাকচীংগী উনহী শুৱবা নুংশিংপু তপ্না হুমদোকখিদুনা বসন্তগী নুংঙাইরবা মতম পুরকই । হৈশাল লৈপাল অনৌবা য়েন্নীং চোংহল্লি, মচু মমেনগী কুরাক পাইহল্লি । হোংলক্লিবা খতুগী পূংলোনগা চাননা হৱাও কুম্মৈগী ঈথক হৌহল্লি । মরম অদুনা শজিবু চৈরাওবদগী, লমদাগী য়াওশঙ ফাওবদা লৈরিবা মৈতৈগী কুম্মৈবু উরগা খ্বাইরাকপম চাউবনা 'মৈতৈগী মতম হায়বা অসি থাঙ্গেশেংনা হৱাও কুম্মৈগী ঈফুৎনি' হায়রন্বা থোইনা লাল্লোই । কবিশিংনা মতমগী খোঙচৎপু থিংঙমদ্রবা ঈচেল গা চাংদম্নে । অসুম্না চাংদম্নবসি উরগা মহাক্না হায়রম্মি :

> লাইরিক ইবশিংনা মতমগা তুরেলগী ঈচেলগা চাংদম্নে । চুম্মি, অনীমক পোখাবা লৈতনা চেল্লি, অনীমক কনাবুসু ঙাইবা তৌদে । তৌইগুম্বসুং সমুদ্রবোমদা তত্তনা চেন্থরিবা ময়েং তাপ্রবা তুরেলগী ঈশিংদি কুমগী নোংহৌবকপদা অমুক থল্লি, হৌপ্রবা মতমদি অমুক হঞ্জিনবা নাইদ্রে ।
> (চাউবা, ১৯৬২ : ৩৪-৩৫)।

কবিসিগী ৱাফমসি অনৌবা অমদি নত্তে । মথক্তা পনখ্রিবা মৈতৈগী লাইবিকশিংদা হায়বখ্রিবশিংদু মশাগী ওইবা লোন্দা ফোঙদোকপনি ।

পুন্সি অমসুং মতমবু কবিশিংনা য়াম্না নকশিন্ননা অমতা ওইবগুম্না হেক হেক য়েক্লম্বা থেংনৈ । মতম হায়বসিমক পুন্সিগী অতোপ্পা শক্লোন ওইরকই । মবম অদুনা জগৎসিনা মতমগী শরৈদা হিংলিবরা নৎত্রগা মতমনা তাইবঙগী মকম থূপলিববা হায়বসি অচৌবা ৱাহং ওইহল্লি । অরাম্বম দবেন্দ্রজিৎকী মতমদি - ৱাববা পুন্সিনা মূনা মূনা য়েংলিবা অচৌবা ঈপাক্লি, নুংনা খোঙবান কোয়বা । হিজম অঙাংহলগীদি হিংলিবা পুন্সিনা অমসুং লেঙলী পাল্লিবা তাইবঙনা মতমদা তাংজবনি । ঙরাং, ঙসি, হয়েং হায়বা মতম অহুমগী পাঙ্গলদা তোংদুনা নুমিৎ থানা থোক্লিবনি, মালেমসিদা চৎলিবনি (অঙাংহল, ১৯৬৫ : ৩) । অদুগা হিজম ইবাবতকী (১৮৯৬-১৯৫১) না মতমনা পুন্সিগী মকম থুপ্পনি; কনাবুসু ঙাইদনা, কনাদসু তাক্তনা মতমনা পুন্সিগী তুরেলদা চেন্থবনি (ইরাবত, ১৯৯৬ : ২৩) । মাঙদা চেনখিবা তুরেলগী ঈচেন্না অমুক হঙ্গৎলক্তবগুম ঙরাং অমসুং নহালনা অমুক হন্না লাক্তে । মহাক্কী 'মতম' কৌবা শৈরেংদা মতমবু অচৌ ঈশিক খায়দবী, নুংশিহৈত্তবী ৱারক চেংপীনি হায়না শৈথারি । মহৌশাগী অমসুং তাইবঙগী লীচৎপু য়েকপদা

থোইদোক্লা শীংথানরবা ডাঃ কমলনা মতমগী মপাঙ্গলবু শৈথারদুনা অসুম্না হায়খি :

> অকনবা নুংশিংকী পাঙ্গল, চীংনা থংপা ঙম্মি, অচৌ অচৌবা তুরেলগী ঈথিল-ঈরৈ, সমক্রনা থংপা ঙমই - মতমগী ঈচেলবু থংশীনবা কনা লৈবগে ? করম্বা হিমালয়, করম্বা সোরারেন, করম্বা রাবণ নিংথৌনা মতমবু ঙাইহাক্তং খিংদুনা থম্বা ঙমখিবগে ? ... অসুক য়াম্বা চীংজাও, কোনুং, উ রা, শা ঙা, মীওইবা লোইনমক নোংমদি মতমগী ঈচেন্দা তাউথরগদবা ঙাক্তনি (১৯৬৭ : ৩৪) ।

কয়াদা কনগ্রবা মতমগী পাঙ্গলনো ? কনা অমতগী কৌজবা, খামজবা তাদনা অদুম্মক চংখি । মদুমক্লা মতমবু মীওইবগী মমল নাইদ্রবা লল ওইনা লৌনরম্বা তাই । অদুম ওইনমক, অকা-অকৃম নাইবা পুন্সিগী মতীক মঙলবু মতমনা লেপপ্রা; নংত্রগা তাইবঙগী য়াইফবদা কখোক্লিবা অমসুং শরুক য়াবা ঙন্নিবা মীওইবগী গুণনা লেপপ্রা, খঙনীংবা পোকহল্লি । মতৌ অসুম্না, মতম কয়াগী মমাঙদগী হৌনা মতমবু রাখল চাউবশিংগী, মরুওইনা মণিপুরী সহিত্যগী অইবশিংগী পুক্লিংবু তত্তনা চিংশিল্লিবা বিষয় অমা ওইদুনা লাক্লি ।

*মরী লৈনবা লাইরিকশিং*


১. হিজম অঙাংহল সিংহ, ১৯৬৫, *য়াইখিংকোনু*, ইম্ফাল ।
২. হিজম ইরাবত, ১৯৯৬, *শৈদম শৈরেং*, ইম্ফাল ।
৩. খ্বাইরাকপম চাউবা, ১৯৬২, *ছাত্রমচা*, ইম্ফাল ।
৪. খ্বাইরকপম চাউবা, ১৯৯০, *লবঙ্গলতা*, ইম্ফাল ।
৫. এন. খেলচন্দ্র, (সম্পা:) ১৯৬৬, *থায়নগী শৈরেং*, ইম্ফাল ।
৬. ডাঃ কমল, ১৯৬৭, *মাধবী*, ইম্ফাল ।
৭. বাহেংবম মাধবরাম,১৯৬৬, *লাংলোন*, ইম্ফাল ।
৮. E.M. Forster, 1974. *Aspects of the Novel*, London.
9. W.R. Bascom, 1981. *Contribution to Folkloristics* , Meerut.
10. অতোম্বাপু শর্ম্মা, ১৯৫৩, *শ্রীমদ্ভগবদগীতা*, ইম্ফাল ।

# মণিপুরী সাহিত্যদা নুংশিবা

কবি অমসুং অইবশিংনা পামজনা লৌখৎলিবা হীরমশিংগী মনুংদা নুংশিবগী শক্লোন উৎপসু অমনি । মতৌ অসুম্না চাউবা, কমল, অঙাংহলনচিংবা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী খুৎমাবা কবিশিংনা মানা মানা পামজবা মচুনা মওং অমা নৎত্রগা অমদা নুংশিবগী শক্লোনবু য়েক্লবা হোৎনরম্বা থেংনৈ । ব্রারীগী পরীং শাগৎলকপদা নৎত্রগা অরোইবা পংখৈ তান্না চঙশিল্লকপদা নুংশিবনা অচৌবা থৌদাং লৌহল্লি । মসিগীসু মথক্তা 'নুংশিবদি মাঙবা নাইদে' হায়বা থাজনবা মীৎয়েং অসিনসু অয়াম্বা মতমদা অপাবশিংবু শুক্ষাৎতুনা নুংঙাইবা পীনবা তত্তনা হোৎনৈ ।

নুংশিববু, খ্বাইরাকপম চাউবনা, ঈশ্বরনা মীওইবদা তোঙান্না পীরক্লবা পুকচেলনি লৌরম্মি অমদি স্বর্গগী ওইবা লন ওইনা ব্রাংনা পুখৎলম্মি । মহাক্কী উপন্যাস 'লবঙ্গলতা' গী নায়ক অমসুং নায়িকাগী চরিত্র অমসুং পুন্সি পোলোই য়েকপদা হায়রিবা মীৎয়েং অসিমক হাপ্লবা হোৎনরম্মি । অদুগা মহাক্লা মসিমসু হায়নিংলমই । নুংশিবদি নামতগী ওইবা ব্রানা থোকই, মায়গৈ অনী চঙই ।

> নুংশিবনা নুংশিবগী মফমদা থোক্তবদা চান্নবন্সী খুদোল কংপা অসি মহৌশানা তৌনিংদে । ঐবু নুংশিবা মী অদুত্তবু ঐনা নুংশিবা ঙম্মি । তৌইগুম্বসুং অতোপ্পবু কনানা মরম লৈতনা নুংশিরুবা ঙম্বগে... নুংশিফম মরম থোক্লবা মী অদুদা কনানা নুংশিবগী কোলোই শক্লিংবগে (চাউবা, ১৯৯০ : ২৫) ।

তাইবঙসিদা পোক্লবা মীওইবনা চাবা, তুম্বা অমসুং শিবা হায়বসি তংঙায় ফন্দবগুম্না পুন্সিদা নুংশিববু অনুভব তৌবা অঙকপা নত্তে । অদুবু মসিগী অঙকপা মরমচৎতি- মীওইবনা নুংশিবদা করিগুম্বা খর ফংনবা হোৎনৈ, পীথোক্লবসু তৌই । মশাগীতা য়েংবা অমসুং অতোপ্পগীদমক কংথোকপা হায়বা খেন্নবা মীৎয়েং অনীমক অমত্তদা পুন্না য়াওবনা নুংশিববু পুন্সিগী অচৌবা পাউখোং ওইহল্লি ।

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী য়াকায়রোল শকখিবা কবিশিংগী মরক্তা মৈতৈ সাহিত্যগী মন্দিরদা নুংশিবগী শনরীক পরেং খুদোল তমখিবা ডাঃ কমলগী উপন্যাস 'মাধবী' প্রেমকাব্যনি, নুংশিবগী ৱারীনি । উপন্যাস অসিগী মরমদা কন্নারক নৈনখ্রে, গুসিসু নৈনরি - মাধবীগী ওইজবা থাদোকপা, মক্কুবা প্রেম, নুংশিবগী পক্কুং তানবদা উরীরেপী মৈ ঈশিং চণ্ড্রবা থৌনা । অমরোমদা মীওইবগী মনুং হুনজিনবা মরমচং নুংশিবগী নুংগী ওইবা মশক উংপদদি ডাঃ কমলনা চাউবদগী খোঙথাং অমমুক হেন্না চংশিল্লি হায়বমক য়াই । কমলনা মরুওইনা লাইরিক লাইশু হৈরবা নহারোলশিংদা হংখি -

হে পাখণ্ডপা বিজ্ঞান হৈরবা,  
করিগীনো মন্ত্রবু থাজন্ত্রিবা ?  
পাল্লবদা নুংশিগী মন্ত্রনা  
মীৎ তাওগনি পাওনা পাওনা;  
না পওগনি তানা তানা;

পূক্লিং হুদুনসু নুংশিবা মীনা  
মখলগনি নুংশি নুংশি হায়না ।...  
শনীরক পরেং নুংশিবগী  
হুক্তোক্তুনা নুংশিবগী ওকপমদগী  
য়েক্লবদা শিবীবা ওল্লবা,  
প্রেমিক কৌই নুপাদু অশেংবা। (কমল, ১৯৬৩ : ১৩-১৪)

কবি অসিগী পুক্লিগী ৱাংলবা ফিদম, মহাক্কী নুংশিবগী মীৎয়েং তেল্লবা পরেংশিং অসিদা কয়াদা মরীকচুন্না উৎলিবা ।

নুংশিবনা পুক্লিদা মণ্ডাল পী, অশিববু মথোয় কাহল্লি । মূৎনাইদ্রবা নুংশিবগী ৱারী কয়া অশিবনা লোইশিল্লি । মরম অদুনা ডাঃ কমলনা খম্বনা থোইবীগী নুংশিবগী চাংয়েংবদা মখোয় অনীমক থৱায় থাখিবগী খুদম পল্লদুনা হায়খি : ' নুংশিবা হায়বা লাই অসিবু লৌনম তৌদুনা উৎ চায়বদা মানসু মরক মরক্তা লম্মন খুমদনা তোক্তে' । নুংশিবগী জগৎ অসিবু শৈথারদুনা মহাক্না অমুকসু মখা তারম্মি :

> নুংশিবা হায়বসি অতোপ্পা সংসার অমনি, নুংশিরিবা পোৎশক অদুগা মরী নক্লবা পোৎ অদুনা মমল য়াওদ্রবসু য়ামলে, হাউত্রবসু হাউরে, থীববসু ফজরে ।....... নুংশিবা হায়বা অসি পোৎ অমতদা তূংদুনা লৈরবদি মখুম খুমজিনবা উপুগী মনুংদা ফাজিনবগুম্না য়াম্না অৱাবগী মশক্তি (কমল, ১৯৬৭ : ৫০) ।

হিজম অঙাংহলগী 'য়াইথিংকোনু' গী মগুং ওইবা হীরমসু নুংশিবনি । লমদম অসিগী মহৌশাদগী থাজনরকপা, শকনা চীনরকপা চংন-শরীংগী অচেংপা পংখৈনুংদা শাগংখিবা মরুওইবা শক্তমশিং য়েকপা অমসুং যৌদোক্কী শরীং শেম্মদা খুং চঙলুবা য়াবগী খুদোংচাবা য়াংনা লৈবা, হান্নগী য়াংতুনা থল্লিবা য়ারীগী খুদুং ইন্দুনা মদুবু অচুম্বনি উংপা তাবা, ফিবমগী মনুংদা অইবনা মহাক্কী পুন্সিগী অমসুং নুংশিবগী মীৎয়েং য়ারীসিদা উংনবা হোংনরকপা, থোইদোক্না শীংথানিংঙাই ওই। য়ারী অসিগী নায়ক ওইরিবা খুয়োল হাওবা লাইরবা মতম অমগী য়ায়তোং ফমদোংবা মোইরাং অঙম্বগী মচানি । নায়িকা ওইরিবী কোনুনা নিংথৌ ফিঙম ময়েক লারবা মোইরাং ফম্নাইবা অমগী মচানুপীনি । চীংউ মানা শেমগ্রবা লৈপুন, য়োমগ্রবা খয়োমনি হায়বমক য়াই । নুংশিবগী মৈশা লাংলবা থম্মোয়বু, অঙাংহলনা যৌরাংবা কোকঙমদ্রবা থম্মোয় লৈকংলাগা চাংদম্নরম্মি । মৈশা লাংলবা থম্মোয়গী কোকঙমদ্রবা ঈযৌলাংববু মহাক্না অসুম্না শৈথারম্মি :

> নুংশিবগী থম্মোয়দা নুংশিববু হাপ্পদা থনবা কৌবা লৈতে । অতিয়াগী নোংনা সমুদ্রদা তাবদা সমুদ্রনা কৈদৌঙেদা পাথোকপা থনবা লৈবগে ? নুংশিবগী লাইজদো যৌরাংলবা থম্মোয় অদুদা চুপশিনখিবনা মহেল্লি (অঙাংহল, ১৯৬৫ : ৫০)।

অপাম নুংশি, নীংনবা, নুংশিবগী শক্লোন ঙাক্লি; নুংশিবগীদমক মীওইবনা মমল য়াল্লবা থবায় ফাওবা থাদোকপা ঙম্মি । 'মীওইবগী থবায়গা থংনবা লন হায়বদি অপাম নুংশিবনি । থবায়দগী হেল্লি হায়দুনা থবায় ফাওবা থানরিবনি'। 'য়াইথিংকোনু' দা অঙাংহলনা নুংশিবগী শক্লোন য়েকপদা ফজরিবদি কোনুবু হন্দোক্লমদুনা চংকে যৌরাংলকপদা হাওবগী থম্মোয়দা ফাওরিবা নীংজিং মাঙজিংনবগী ঈহুন, অপাম নুংশিগী শন্নাল লান্না চোংগে যৌরাংবদা মঙম শান্দবা মতৌ অসিসু অমনি । তূম্লিবী কোনুবু হন্দোক্লমদুনা চংলগে হৌগংলকপদা হাওবগী চরৈ খ্বাংয়েং মচীন্দা কোনুগী শল্লাং মঙা তরানা পুন্দুনা লৈখিবা, হাওবনা শমখা য়েংশিন্নদুনা লৈগ্রবা কিশি অদু থোক্কে হায়না লাল্লকপদা নীক্লবা খুংনা শোকপা ঙমখিদবা নুংশিবগী ঈহুন য়েকপদা কবিগী অয়ৌবী খুংশেম্লি হায়বা তাই । হিজম অঙাংহলনা 'য়াইথিংকোনু' দা নুংশিবগী নুংপালগী শক্তম উংলবসু মীওইবগী তৌফম থোকপা যৌনা নুংশিবদগী হেনফম থোকই হায়বগী ঈজিং অমদি শীনবা লাক্লে ।

নুংশিবগী য়ুম্ফমদা শাগংপা সমাজগী অমদি জাংকী খেন্নবগী পংখৈনুংদা লীংখিবা কায়না পোলোইনবা য়ারী অমনা 'জহেরা' নি। য়াইথিংকোনুদা খুমু হুনখিবা নীংবগী ময়োল অসি 'জহেরা' দা হেন্না মপুং মরৈ ফারকই হায়বা য়াই। জহেরা উপন্যাসকী তরুকশুবা মতাংদগী হৌনা নীংবগী মরমদা তত্তনা নৈনরকই। য়ারী অসি জাং খেন্নবগী য়ুম্ফমদা শাগংপদা নত্তনা প্রেমিক অমসুং প্রেমিকা অনীগী মীৎয়েং অমসুং পান্দমসু খেন্নে। জহেরাগী নুংশিবদি নীংনবদা মমায় ওল্লি, কুপ্পোগীনা থুংনবদা লৈ। মরম অদুনা জহেরাগী মফমদদি থুংনবদগী নীংনবনা হেন্না মমল লৈখি। 'নীংজববু ময়েং তাগদবগী শরুকপুদি পুক্নিসিমগী অপাম নুংশি কৌবদা থুংজখ্ররোই' খনখি। অঙাংহলগী মীৎয়েংদি নীংনবা হায়বসি প্রেম নংত্রগা নুংশিবগী অতোপ্পা মমিংনি। 'ঈরাওখোল থোক্তবা ঈচেল নাইদবা প্রেমগী (নীংবগী) ঈচেনবু মীনা থিংবা ঙম্বা হৌনদবনি' হায়খি। মরম অদুনা অরোইবদদি, জহেরাগী মফমদা 'নীংনবা', 'নুংশিবা' অমসুং 'শিবা' অহুম্মক অমত্তা ওইনা উবগুম তৌখি। মথক্তা পনখিবগুম্না, নুংশিবনা নুংশিরিবা পোৎশক অদুবু চিংশিন্দুনা মনাক্তা থম্বগী মহুত্তা লাপ্পসু ইচ্ছোরকই হায়বদু নায়িকা অসিগী মফমদসু থোকখি হায়বা য়াই। মহাক্কা নুংশিবগীদমক নুংশিববু, নীংনবগীদমক নীংজববু, থব্বায়নি থমজবা মাগীদমক মশামক্কী থব্বায়বু কংথোকখি।

মতৌ অসুম্না, অনৌবা মণিপুরগী সাহিত্যগী খুৎমাবা কবিশিংনা মখোয়গী খুৎশেমশিংদা প্রেমিক প্রেমিকাশিংবু কায়নবগী মৈফমদা লংশিন্দুনা তাইবঙ লীচংকী অমকপা কয়াবু শেংদোক্তুনা, পুন্সিদা মঙাল পীনবা থৌরাংলম্বা অসিমক নুংশিবগী মাঙবা নাইদ্রবা শক্তোনবু উৎনবা হোৎনরম্বনি হায়বা য়াই।

### *মরী লৈনবা লাইরিকশিং*


১. অঙাংহল, ১৯৬৫, *য়াইথিংকোনু*, ইম্ফাল।

২. চাউবা, ১৯৯০, *নবঙ্কলতা*, ইম্ফাল।

৩. ডা: কমল, ১৯৬৩, *লৈশরেং*, ইম্ফাল।

৪. ডা: কমল, ১৯৬৭, *মাধবী*, ইম্ফাল।

৫. অঙাংহল, ১৯৬৪ *জহেরা*, ইম্ফাল।

# মৈতৈগী অশৈবশিং অমসুং মহৌশা

মীবু মীনা অমদি মাগী অকোয়বদা লৈরিবা, উবিবা তারিবা, পূক্লিং হকচাংদা ফাওহল্লিবা মহৌশাগী পোৎলমশিংনা তত্তনা ঈথিল পী। শক্রোন য়াম্বী মহৌশানা করিগুম্বদা অকি তুজুং পোকহল্লবসু মীগী পূক্লিংবুদি তত্তনা শুক্কৎলি। অয়ুকী ঙ্গ্রোনবা কোরৌগী মশেক, নুমিদাংবাইরম নুমিৎকী অমেওবা মঙাল ফজবা ঙাকনি। অদুম ওইনমক সাধারণ মীওইশিংগী পূক্লিংদা ফাওরিবা ফজবগী বাখলদি মঙাল য়াওদ্রবা মৈগুম্মা মথন্তা মৃৎচখি। অদুগা কবিশিংগী থম্মোয়দা চুখৎলিবা ফজবগী মৈরা অদুগী মঙালদি, অতোপ্পবুসু ফংহল্লি। অশৈবগী খৃৎথাদগী থোরকপা ফজবগী মশেক মঙালশিং অদুবু ঐখোয়না নীংথিজবা কলাগী মচল ওইনা অনুভব তৌই।

মীওইবনা মশাবু মহৌশাদগী তোপ তোপ্পা নৎত্রগা মহৌশাবু খুদুম চনবা ঙম্লবা জীব ওইনা লৌজে। মহৌশাবু অদুক্কী মতীক লাকশিনবা ঙম্লগা চাওখৎপগী লানগুম ফিরাল যেৎপানি থাজনৈ। মরম অসিদগী চাওখৎপা অমসুং মহৌশা অনী অসি অমগা অমগা য়েংথীনবগুম উহল্লকই। ডাঃ কমলনা অসুম্মা হায়রম্মি:

> প্রকৃতিগা খৃৎশেমগা মহৌশানা য়েংথীনবগুম তৌই, খৃৎশেম্মা য়াম্মা বানা শেমগৎচরবা সহর, ফুরা দলান, য়ুমকৈ, ঈশিং ঈচাওনা মরক মবক্তা তুম্মা মাও তাকহল্লি, অদুগা প্রকৃতিনা বানা শেমগৎলবা উমং, অশোঙবা নারক তুম্মা য়াম্বৎতুনা খৃৎশেম্মা অচৌবা সহর শেমগৎলি।
> (কমল, ১৯৬৭ : ৫৩)।

তশেংবদি মীওইবসু মহৌশাগী তৎন থানবা য়াদ্রবা শরুক অমনি। মীওইবগুম্মা অতৈ থরায় পানবশিংগীসু মালেমসিদা হিংবগী হক লৈ। মহৌশা অমসুং মীওইবগী খৃৎশেম য়েংথীনবগুম উরবসু হৌখিবা ইতিহাসকী তাংককশিংদা মীওইবনা উমং বামংদা মপান্তাংদুনা শাগৎখিবা পুন্সি অমসুং সভ্যতা ঐখোয়গী বারী লাইরিকশিংনা অচুম্বনি উৎলি। ভারতকী অচৌবা মহাকাব্যশিংদা মরুওইবা থৌদোক কয়া উমংগা শাগোম্ননা শাগৎলকপগী খৃদম ময়েক লানা লৈরি।

লমদমসিগী অশৈবশিংনা ঈরাং থৌনী, লৈবাক্কী চৎনথৌরমশিংদা তশ্তুনা শীজিন্নরিবা 'লা'বু শৈথাদুনা লারোন শক্লম্মি। মীওইবগী চাওখৎ খোঙথাংদা অচৌবা মতেং পীখিবা, অকি অখংদগী, য়েক্লবদগী ঙাকথোক্লবা খুৎলাই ওইনখিবা মৈ অসিনা মুণি ঋষি কয়াবু শুপ্লাংখিবগুম ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংবুসু শুপ্লাংলম্মি। মখোয়না শকখি- 'খোইজু তোলোং মৈ, লৈখাম থাইবা মৈ, শবাং য়ুকৌ মৈ, পোইরৈ খুল্লিং মৈ'। চীংনা কোয়না পনশাবা, পাৎ তুরেন কয়ানা মরাংকায়না লৈবা লমদমসিদা হি শাদুনা শীজিন্নবা হৌরকখিবগী থৌদোক অদুবু শৈথারদুনা 'হিজন হিরাও' শৈরেংদা মহৌশা অমসুং মীওইবগী মরক্তা লৈরিবা চৈখল অদুবু লাষ্ট্রোক্তুনা অমত্তা ওইনা তিন্নখিবগুম উরি। চীংমায় হেন্না শাংথা লেংথা হৌরিবা তলা পামেল চাউথোইববু হয়েং ইনুং ঙাল্লগা, লুবাং উথিবা নুংবান শিলহৈবা অনীনা হাওশী ঙমগা চিংনা পামেল হোয়থিরকপদা উরদুনা উ অদু য়ানবা তারবদা, পলেম মমা উপী উরেন পোকপী তম্পাক লৈরেনহনবীনা, হয়েং ইনুং ঙাল্লগা য়াল্লগদবা তলা চাউথোইবা অদুবু থীকলেন থাদা কোল্লদুনা তেংথাখিবা মহৌশা অমসুং মীওইবগী চেৎলবা মরী উৎপা মৈতৈ অশৈবশিংগী মরীকচুন্নবা খুৎশেম্মি।

কালিদাসনা ওলাংথাদগী হৌরগা বসন্ত ফাওবা ঋতু তরুক্কী মরমদা ফজরবা কাব্য ইরম্মি। লমদমসিগী অশৈবশিংসু ঋতু নাইনা শাংলিবী লৈপানশিংগী মরমদা 'লৈরোন' ইরম্মি। য়েন্নীংথাগী ফজববুসু শৈথারম্মি। অদুবু অমুক্তা ফজরিবদি য়েন্নীংথাগা লোয়ননা চোংলক্লিবা মীওইবগী থাখলগী য়েন্নীং, পূক্লিং হকচাংদা ফাওরক্লিবা অনৌবা ঈনোৎশিংবু মতীং লৈনা শৈথারকপদনি হায়বা য়াই। লেপ্তুনা চংলিবা মতমগী খোঙচৎনা পুরকপা প্রকৃতিগী খোংলৈবু য়েংদুনা করম্বা থাদা লৈবাক্কী করম্বা থৌরম তৌগদগে হায়বগী মরমদা 'থারোন' ইরম্মি। থন্নয়পানবশিংগী পুক্কি ময়োল চোংহল্লিবা কুমগী নোংবু কৌদুনা শকলম্মি : 'নোংও চুথরো লাংজিং মতোল থুপ্লাংলো। পাৎশোয় নুরাবী তাউথরো। উনম পাখঙ খুঙ্গরো।'

'খোংজোমনুবী নোঙ্গারোল' দা মহৌশাদা মপাল তাংদুনা হিংলিবা লৌউশীংউবনা মপূং ওইবা সমাজগী মশক উবা ফংলি। চল্লবা লৌমীশিংগী নাকোংদা হারি অমসুং হঙোয়গী লোরবা খোঞ্জেল নুংশিনা থোক্লম্মি। অতিয়াদা তনিক তনিক থোক্লিবা খোংজোমনুবীবু উরগা নুংবান চনু অমসুং হাওকু পাখঙগী কায়না পোলোইনবা নুংশি বারী শাগৎলম্মি। অয়ুক্কী নীংথিবনা, য়েন্নীংথাগী ফজবনা

মফম অমসুং মতমগী খোন্নবা লৈতনা মীওইবগী পৃক্লিংবু শুম্নাংলি । অসিগুম্বা মহৌশাগী ফজবা শক্তম অমসুং কুমগী খোঙলোয় ওইবী মখল মখেলগী লৈরাংশিংগী নীংথিববু শৈথাদুনা মৈত্তৈ অশৈবশিংনা 'কুমদমশৈ' অমসুং 'য়াকৈবা' ইরম্মি । মসিদসু নত্তনা নুম্লিৎ, থা থবাম্মিচাক, লমদমসিগী চীং, পাৎ, তুরেলনচিংবা মহৌশাগী পোৎলমশিংগী মরমদা অশেংবা নংত্রগা ভাবনা শাগৎপা শৈশক য়ান্নী কয়া শেম্লম্মি ।

সাহিত্যদা মরুওইনা কাব্য অমদি উপন্যাসশিংদা তোয়না থেংনবিবা হীরমশিংগী মনুংদা অমদি মহৌশাগী শক্তম য়েকপনি । মশক নাইরবা কবিশিংনা মতম অমদা খোয়দানা লৌখৎলম্বা হীরমশিং, মতমসিগী অইবশিংনা ঙসিসু পাম্নরি । নুংশিবগী, পুক্নিংগী অমদি মহৌশাগী পাউখোং কয়া ফোঙনবা লাক্লবি । মরম অদুনা সাহিত্যগী ফজবদি অনৌবা হীরম খনবা নংত্রগা পুথোকপদা ঙাক লৈতে । মীওইবগী হোংবা নাইদ্রবা হীরমশিংবু অনৌবা মওংদা য়েংলিবা অমসুং ফোঙদোক্লিবা মীৎয়েং অদুনা মরুনি । মহৌশাগী ওইবা পোৎলমদা মীওইবগী মরমচৎ হাগুনা শেম্লম্বা হিজম অঙাংহলগী 'থম্বাল' মণিপুরী সাহিত্যদা তোপ তোপ্পা মফম কন্দুনা লৈরি । মী পুম্নমক অমম্ববু খঙনবা ঙাকনি । অদুবু শরৎচন্দ্রনা অমম্বগী ফজববু য়ৌশিন্না উবা ঙমখি, মহাক্না হায়খি 'মীনম্বা কনানা শন্দোক্লিবনো, মঙালতনা ফজবনি অমম্বগীদি ফজবা লৈতে ? অসুক শাথিগ্রবা মীনম্বসিবু মীওইবনা করম্না তুমিন্না য়াদুনা লৈরিবনো' । ঈয়ায়গী থম্বালবু তাইবঙ থম্বাল ওইনা উবা ঙমখিবা অঙাংহলগী মীৎয়েংসু অনৌবনি হায়বা য়াই ।

পাম্বীশিংনা মখোয়না হৌরিবা মফমদুগী লৈহাও, নুংশিৎ নুংশাগী মপান তাংবগুম, অইবশিংসু মওং অমা নংত্রগা অমদা, মরমদম অমদি অকোয়বদা লৈরিবা চীং পাৎ তুরেলনচিংবা মহৌশাগী পোৎলমশিংনা ঈথীল পীদবা নত্তে । অসিগুম্বা কাঙলুপশিংগী মনুংদা লমদমসিগী খ্বাইদগী অথোইবদি ডাঃ কমলনি । শাজিবুগী হৌয়কপদা হৈবোকচাংগী দৃশ্য, ঈচেল পীক্লবা নম্বুল তুরেল, চন্দ্রনদী, কাঞ্চিপুর, লাংথবানগী লৈহাও লৈরেন, নাপীনা কুপশিনব্রবা য়াসমণ্ডল লমদমসিগী মীয়ামগী থম্মোয়দা কোকনায়দ্রবা মচুনা য়েক্লুনা লৈরগদবা শক্তমশিংনি ।

মৈত্তৈ অশৈবশিংগী মীৎয়েংদদি লমদম অসি সনা লৈবাকনি; লোক্তাক পাৎনা শকয়েং "মিংশেল" নি । খম্বা থোইবীসী নুংশিবগী য়ুমফমদা শাগৎখিবা

মহাকাব্য, য়াইথিংকোনু অমদি খুয়োন হাওবগী ব্বারী, মসিদসু নত্তনা মোইরাং কংলৈরোনগী অয়াম্বা শায়োন ব্বারীশিং লোক্তাককী ঈরোম্নুংদগী হৌরকখিবা মমল নাইদ্রবা কাব্যগী খূদোল ওইনা উরি। মশাবীগী সেগাদগী শেত্নুনা খুমন পূংদা থিল্লক্লবা য়াইথিংকোনুনা লোক্তাক লাইজনা মিংশেল ওইবা থাংজিংনা উফম ওইবা খুয়োল ভৌবী শোইবু উরুবদা থংলেন মাবু নীংশিংদুনা দোলাই থক্তা ব্বাম্বুখিবা কবিগী ফজবা খূৎশেমনি। লোক্তাকপু অশৈবশিংনা নুংশি নুংওনগী মথৌ শঙনবা মতেং ওইনদা উখিদে। পাৎসিগী চীংলেম্বা, থোইদোকপা মতীক মঙালবুসু নীংথিনা উখি। হিজম অঙাংহলনা 'য়াইথিংকোনু' দা অসুম্না শৈথারি :

> অপাম্বা লোক্তাক্কী অরংবা লাইজা ঈপাকথকসিদা অমুবা মচু থাঙ্জ চীংগী মমি তারে। খোঙবান্না অমুক ইশং শংলকই। খোংজিন খোংজিন্দগী অবংবা মরী মবী তত্তুনা ফূম অনীগী মবক্কী শাংতক লংবা লমদম অদুগী নাতে চাখবে। লোক্তাক ময়ায়দগী অচৌবা ঈথক অদুনা হৌবকপা, চীংগী অমুবা মমি অদুগী মচুনে অকিবগী মশক ওই।
> (অঙাংহল, ১৯৬৫ : ৩৫)।

মহৌশাগী শক্রোন পুবী লোক্তাক্লা শুঙ্কাৎতবা লমদমসিগী করম্বা কবিবু লৈবিবগে ? খ্বাইবাকপম চাউবনা পাৎ অসিবু শৈথাদুনা ব্বারেং অমসুং শৈরেং ইখি। পাৎ অসিবু উজবদা মহাক্লা শৈশকখি :

> ওসিদি পুক্লিগী অনৌবা ঈচেন্দা
> অনৌবা ঈথক্লা হৌরক্লে
> ব্বাখনগী ঈপাক্তা অবাংবা ঈবৈনা
> পূক্লিংবু থুঙ্কাংনা কাবক্লে।
> মৈতৈগী ঈপাক্লা মাঙদা ঙানবদু
> ইমিংনা উজবা ফংজরে।
> মৈতৈগী ঈপাক্কি মাঙদা ঙাক্লিবা
> ঐখোয়গী লোক্তাক হায়বসে।
> (চাউবা, ১৯৬৪ : ৪১ - ৪২)।

লোক্তাক্কী অচৌবা ঈথক ঈরে অমসুং মসিদা তারিবা থাঙ্জ চীংগী মমিবু উপমা তৌদুনা হিজম ইরাবতসু অসুম্না ইখি :

থাঙ্গ চীংগী মমি অচৌবা উচেক্লা
তোর্বুংগী নাম্বিবা নুংশিং ঈরোইননা
লোক্তাক্কী ঈপোম মথং মথং লান্দুনা
শান্নে ফল্লদুনা নোম্মা নোম্মদুনা
থাংজিং চীংদোন্দগী নুমিৎপু কৌই
নুমিৎনা হয়েং হয়েং হায়রগা লৈথখি। (ইরাবত, ১৯৮৭:২৬)

মতমসিগী চাওখৎপগী লমজেন্দা শরুক য়ারিবা, নীলখোংলবা সহরগী মীয়াম মরক্তা হিংলিবা, অইবশিংনা মখোয়গী খুৎইদা কল কারখানাগী শহরগী, ইমেজরী কয়া উৎপা থেংনরবসু মদুনা মেছিনগী সভ্যতানা পুরকপা মীওইবগী ফত্তবা লীচৎশিং উৎনবা হোৎনবরোমদা শীজিন্নরম্বা থেংনৈ। মরম অদুনা ঐখোয়গী কবিশিংগী ফজবা খিবগী খোংচৎসু খুঙ্গং খুনয়াগী, চীংয়া তময়াগী, মোংহাব্রবা অমদি অমকপা লৈত্রবা মহৌশাগী লমদমদা পান্দমফম থম্লি।

*মরী লৈনবা লাইরিকশিং*


১. খ্বাইরাকপম চাউবা, ১৯৬৪, *থাইনগী লৈরাং*, ইম্ফাল।
২. হিজম অঙাংহল, ১৯৬৫, *য়াইখিংকোনু*, ইম্ফাল।
৩. হিজম ইরাবত, ১৯৮৭, *ইমাগী পূজা*, ইম্ফাল।
৪. ডা: কমল, ১৯৬৭, *মাধবী*, ইম্ফাল।
৫. এন. খেলচন্দ্র, (সম্পা:), ১৯৬৬, *থাইনগী শৈরেং*, ইম্ফাল।
৬. এম. নরেন্দ্র সিংহ (সম্পা:), ১৯৬৫, *খোংচোমনুবী নোঙ্গারোল*, ইম্ফাল।

# মণিপুরী ৱারীমচাদা সামাজিক চেতনা

ঐখোয়না য়াম্না তোয়না থেংনরিবা পোৎশক অমগী সংজ্ঞা পীবা হায়বসিমক চুম্না য়েংবদা লায়না থোক্লবসু অরায়বদি নত্তে। সমাজগী অপূনবা ৱাখলগী মশক অমা ওইরিবা কলা অমসুং সাহিত্যগী মরমদনা অমুক হেন্না লুনা থোকই। ৱারীমচা পুন্নমক্লা খণ্ডনরকবা ঙাক্তনি অদুবু মসিগী চপচাবা সংজ্ঞাদি ঐখোয়না চুম্নগী মমি লাক্লবা হোৎনবা নত্তনা খক ফাজিন্দুনা থম্বা ঙমদে। মমাংঙৈগী মীশিংনা ফুঙ্গা ৱারী, চাকঙাই ৱারী কয়া, লীনরম্লবসু ঙসিগী ঐখোয়না খঙনরিবা ৱারীমচা অসিদি নোংচুপলোমদগী তরামাপল শুবা শতাব্দীগী অঙনবা শরুক্তগী থোরকখিবনি হায়বা য়াই। ফ্রান্সকী গাইদি মাউপাসাঁ (১৮৫০-১৮৯৩) অমসুং রাশিয়াগী চেকোভ (১৮৬০-১৯০৪), হীরম অসিদা খ্বাইদগী হেন্না শীংথানবা য়ারবা খুৎমাবশিংনি। মথংদা আমেরিকাগী এদগর এলানপো, ও. হেনরীনচিংবা পনবা য়াই। ইংলণ্ডদদি য়াম্না থেঙনা অহানবা লাঞ্জাওগী মতুংদা সাহিত্যগী মশক নাইরবা শক্তম লৌরকখি। ভারতকী ওইনা রবীন্দ্রনাথ, শরতচন্দ্র, তারাশঙ্কর বন্দোপধ্যায়, প্রেমচন্দ, রাজেন্দ্র সিংহ বেদী, কৃষণচন্দর, জৈনেন্দ্রকুমার, লক্ষ্মীনাথ বেজবরুৱা, আব্দুল মালিক, শিবশঙ্কর পিল্লাই, ভি.এস. আয়র, কল্কি, মুল্করাজ আনন্দ, আর.কে. নারায়ণনচিংবা মমিং পনবা য়াই।

হৌজিক্কী মতমদা সোর্ট স্তোরী হায়না খঙনরিবা সাহিত্যগী মচল অসি মণিপুরী সাহিত্যদদি ৱারীমচা হায়না অসুম্মক খঙনরে। মণিপুরীগী ওইনা, মমাঙদা খরা ইনরম্লবসু, ৱারীমচানা সাহিত্যগী মচল ওইনা চঙলকখিবসি অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদগীনি হায়বদা থোইনা য়েংননিংঙাই উদে। পৃথিবীগী লৈবাক অতৈনা তৌবগুম্না ৱারীমচানা থোরক্লিঙৈদা লৈতবা য়াদবদি লমদম অদুগী চেফোঙ (জর্নেল) শিংনি। মীৎয়েং অসিদগী এদগর এলান পোনা 'ৱারীমচাবু আমেরিকাগী মেগজিন্না পোকচবা মচানি' হায়রম্বদু য়াম্না চুম্না থোকই। অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙদা মণিপুরদা ফোঙলম্বা

চেফোঙশিংগী মনুংদা (১) 'য়াকায়রোন' (১৯৩০), (২) ললিত মঞ্জরী পত্রিকা (১বা ফোংবা ১৯৩৩) অসিনচিংবা পনবা য়াই। চেফোঙশিং অসিদা মতমদুগী লাইরিক লাইশু হৈরবা মীওইশিংনা ৱারী মচা খরা ইনবা হোৎনখি। ইংশোক ১৮৯০ দা ভারতকী ৱারীমচাগী মপানি হায়না খঙনরবা রবীন্দ্রনাথকী ৱারীমচা, ১৯১২ দা আসামীগী অহানবা ৱারীমচা ইবা লক্ষ্মীনাথ বেজবরুৱাগী লাইরিকশিং থোরক্লে। বাঙ্গলা অমসুং আসামীগী ৱারীমচাগী ঈহৌ অসিনা মতম অদুগী বাঙ্গালা সাহিত্যদা খূৎলোইববা মণিপুরী লেখকশিংদা ঈথিল পীখি হায়বদা চিংনিনিংঙাই লৈতে।

'য়ুম পানবা' হায়বসিনা মণিপুরী ৱাবীমচাগী অহানবনি লৌনরবসু রাজকুমাব শীতলজিৎ সিংহনা মণিপুরী ৱারীমচাগী খূৎমাবনি হায়বা য়াই। মহাক্কী 'লৈকোন্নুংদা' হায়বা ৱারীমচা মঙাগী লাইরিক ১৯৪৬ দা পুথোকখি। চহী অসিমক্তদা মাগী 'লৈনুংশি' ফোঙই। মহাক্কী ৱারীমচাশিং অসি খরদি ১৯৪১ গী অদুৱাইদা ইবনি। শীতলজিৎ আদর্শবাদীনি; চাউবা, কমলগী ত্রেদিসন্দা অদুম্মক লৈ হায়বা য়াই। মতম অদুগী সমাজনা ফিদমনিংঙাই ওইনা লৌবা কয়া লৌখৎতুনা চবিত্র শেম্মি। মতম অদুগী নিংথৌ পাল্লিঙৈগী অমাং-অশেং, য়ায়তোং খমদোংবা কয়াগী মরমদা পূক্লিং চিংশিল্লী। মথংদা, রজনীকান্তগী 'চীংয়া তময়া' (১৯৫৫) চহী খরা লৈরগা 'য়ুমগী মৌ' (১৯৫৮) পুথোরকখি। রজনীকান্ত, শীতলজিৎকুম আদর্শবাদী নত্তে পুন্সিবু খর হেন্না উশিনবা ঙস্বা রিয়েলিস্ত অমনি হায়বা য়াই। মাগী খূৎইদা নুপী নুপাগী থম্মোয়গী মরী উৎপদা মেঙলবা ঈপোম অমা য়াওই হায়নৈ। পুন্সিগী ফজবদা, হৈনম লৈনম চেল্লবা লৈকোন্নুংদা, শিরোই চীংগী লৈরাংনা থন্না শাৎলবা চীংমায়গী ফজবদা পূক্লিং লূপচবা অমসুং থৱায় য়াওনা পাউদম্বগী মওংনি। ৱারীগী অহৌবা, ময়ায় অমসুং অরোইবা নাই। য়াম্না মওং তারবা কলাগী মচল ওইনা শাগৎপা ঙমদ্রি। মখোয়গী মীৎয়েংদি অয়াম্বনা ওবজেক্তিভ ওই, থোইদোকপা চরিত্রশিংগী পূক্লিংগী শক্তম, অপুনবা কিশি নৎত্রগা ৱাহং থোইনা য়াওদে।

মণিপুরী চেফোঙশিংদা ৱারীমচা কয়া ফোঙনরবসু লেখক অমত্তগী ওইনা ফোঙবা ৱারী মচাদি চাউরাক্লা চহী তরামুক ঙাইবা তাখি। শীতলজিৎ অমসুং রজনীকান্তগী মরক্তসু চহী তরামুক্কী খেন্নবসি লৈখি হায়বা য়াই। মরম অদুনা মখোয়গী খূৎই অমসুং মীৎয়েংদা লম্নাইগী ওইনা খেন্নবতা নত্তনা সমাজগী হোংলক্লিবা শক্তমনসু অওনবা কয়া পুরকখি। মতাংসিদা ঐখোয়গী সাহিত্যদা হোংলক্লিবা সমাজগী

মপান অমসুং মনুংগী সমস্যা কয়া, মরুওইনা য়ারীমচাদা, থোইনা মঙ্গি তাদ্রিবা কবিগীনো অমদি মণিপুরী লেখক্লা অহোংবা কয়া করিগী উৎত্রিবনো অসিনচিংবা য়াহং কয়ামরুম হংনরকপা থেংনৈ। শগ্না হায়রবদা, সোসিয়েল কোন্সসনিস য়াৎপগী মরম অসি, ঐখোয়না মতম অদুগী মণিপুরী সমাজগী ফিভম য়েংলগা খরদং খংবা ঙম্বা য়াই।

তরানীপালশুবা শতাব্দীগী ডেমোক্রেতিক মুভমেন্টকী মহৈশিংগী মরক্তা অমা ওইনা সাহিত্যদা উপন্যাস থোরকখি। মসিগা লোয়নননা থোরকখিবা ইক্কেলিতি, ফ্রেতরনিতি অমদি ডেমোক্রেসীগী খোল্লাও অসিনা ঙসি ফাওবদা মীওইবা কাওলুপকী নীংতম্বা ফংনবগী খোল্লাও ওইদুনা লাক্লি। লম্বী থোং ফগৎনরকপা, বিজ্ঞান অমসুং তেক্লোলোজি চাউখৎলকপা, প্রজাগী অধিকার ফংনবা হোৎনরকপদা রাজনীতি দল কয়া পোক্লকখি। খবর কাগজ অমদি চেফোঙ থোরকখি। মণিপুরদা অনীশুবা লাঞ্জাও মমাওদা করম্বা রাজনীতি দলগী ওইবা, করম্বা চেফোঙ পুথোকখিবগে নৈননিংঙাই ওইবা য়াফমনি। মতম অদুগী মহারাজ অমদি বৃটিশ সরকারনা মণিপুরদা মপানগী মরুওইবা ঈপাউ চঙহন্দনবা হোৎনখি; ধর্ম্মগী ওইবা সংস্থান নত্তনা করিগুম্বা মখলগী সংস্থান লিংখৎপদা সরকারনা পূক্লিং থৌগৎখিদে। মরম অদুনা, মতম অদুদা পুথোকখিবা চেফোঙ অয়াম্বা নিংথৌগী চানবী মীৎয়েংগী মখাদা হৌরকখিবা ঙাক্তনি হায়বদা থোইনা লাল্লোই। মতম অদুদা মণিপুরদা থোকখিবা থৌদোক কয়া, ১৯৩৯গী শেলথুমগী অয়াবা, অনীশুবা লাঞ্জাওগী অয়াবা, মণিপুরনা ভারত্তা তিনবগী ঈহৌ, নৌনা মীরৈবাক্তা মহৈ তমলুরবা মণিপুরী ভদ্রলোকশিংগা, নিংথৌ অমসুং অঙম অথৌশিংগা মখোয়গী ইন্তরেস্ত ঙাক্লনবা হোৎনরকপগী অকনবা থৌরী চিংনবী; হিজম ইরাবতকী মখাদা লৌমীশিংগী ঈহৌ; পুম্নমক অসিনা ঐখোয়গী অয়াম্বা সাহিত্যকারশিংদা থোইদোক্লা পূক্লিং চিংশিনহনবা ঙমখিদে। মরমদি, মতম অদুগী অয়াম্বা লাইরিক হৈবশিংগী মীৎয়েং অসি মথকলোমদা ঙাক্তা য়েংবা মীৎয়েং ওইরি। মশীং য়ামজদ্রবা নৌনা নোংচুপকী শিক্ষা ফংলুরবা কাওবু অমদি ময়াই চম্লরুবা নিংথৌকোনগী শাগৈ-নাতৈশিংগী লৈঙাক থৌরমদা মখোয়গী মফম চাউনা লৈরি। মরম অদুনা, ঐখোয়গী লেখকশিংনা সাহিত্যগী কুয়োম মনুংদা য়াখলগী ফজরবা মহুম হাইবতনা মখোয়গী মথৌনি হায়না খনখি হায়বা য়াই। মখোয়গী অকোয়বদা হুমলক্লিবা মতম অদুগী মণিপুর সমাজগী অওনবগী নোংলৈ-নুংশিৎনা মখোয়বু লেঙহল্লবসু পামজনা শারবা মহুম অদুদগী হেন্দোরকপদি ঙমখিদে।

মণিপুরদা লাকখিবা অহোংবা কয়াসিগী মরুওইবা ঈথিলদি মপান্নোমদগী লাকপনা অয়াম্বনি । মণিপুরগী মপান্দা হৌরকখিবা নীংতম্বা অমসুং গণতন্ত্রগী ঈহৌ অদুগী চপ চাবা শক্তম মণিপুরদা লৈখিদে । মালেমগী সভ্যতাগী অহোংবা কয়াগী ঈচেন্দুদা ঐখোয়সু কদায়দগীনো অমসুং করিগীনো হায়বদু খঙদনা তাউথখিবনা অয়াম্বনি হায়বদা লানগনি নীংদে । মতৌ অসুম্না অয়াম্বা অইবশিংনা মতমদুগী ইন্ডাস্ট্রিসমেন্টকী মায়োক্তা গণতান্ত্রিক অধিকারগীদমক থৌনা ফনা থেংনবা ঙমখিদে৷ মরম অদুনা, ঐখোয়গী লেখকশিংদা মণিপুরগী অশেংবা ওইরিবা ফীভমগা, মখোয়গী আইদিয়েলগা চান্নদবা থেংনখিবনি; শম্না হায়বদা ঐখোয়গী লেখকশিংদা সমাজগী বাখল বাৎলিবসিগী মরম কয়াগী মরক্তা অমদি মসিনি হায়বা য়াই ।

বৃটিশকী শাসন লোইশিনখ্রে । ভারত নীংতম্বা ফংলে । মণিপুরসু অহানবা ওইনা লৈঙাক থৌরমদা প্রজাগী মীহুৎ য়াওহন্নবা পার্লিয়ামেন্টরী ডেমোক্রেসিবু থাজরবা লমদম অমা ওইনা ১৯৪৮দা মীখল তৌরে । ইতিহাসকী ফিভমনা য়াদদুনা মণিপুর ১৯৪৯ দা ভারতকী সমাজ অমসুং রাজনীতিগী ঈচেন্দা য়াওরে; ভারতকী অশেংবা শরুক অমা ওইরে । মণিপুরদা মহৌশা উবা ফংলমদবা অনৌবা ফেনোমেনন কয়া থোরক্লে মওং তাদ্রিবা কেপিতেল একুমুলেসন শাহৌ ফগৎলক্লে । ঠিকাদার অমসুং কারবারবালা মঙক থাঙ্গৎলক্লে । লোকেল বুর্জ্জুবাজি কাঙবু ময়েক শেঙ্গৎলক্লে । মসিগা লোয়ননা মণিপুরগী মপানগী নেসনেল বুর্জ্জুবাজিগী এজেন্ট কয়া চাউরবা লল্লোনশেলগা লোয়ননা মণিপুরদা মহুম চাউনা শাবা হেঙ্গৎলক্লে । হিংবদা চঙগদবা পোৎ-চৈ পূম্বা মখোয়না চুমশো পায়শিনবা হেল্লক্লে । অতৈগো য়েংনবদা লল্লোনশেন পীকচবা লমদমশিগী লল্লোনবশিং অচৌবা লল্লোনশেলগী মখুৎতা মবাই চায়থরক্লে । মতম অমগী মহৈ হৈরবা কাঙবুশিংনা মথকলোমদতা য়েংলম্বা মীৎয়েং অদো মখারোমদসু য়েংবা হৌরক্লে । মতমগী অহোংবা অমদি ইকোনোমিগী চৈফূনা নমদুনা মখোয়সু মিডল ক্লাসকী মিপাইনিংঙাই ওইবা থাক্তা হুম্বদুনা থম্বীরে । নীংতম্বনা পীরকনি খল্লম্বা নুংঙাইবা, ভারত্তা তিল্লুরগা ফংগনি নীংলম্বা পূম্বা লানথ্রবা খোঙথাংলা হায়না চিংনবা হৌরক্লে । মীশীংনা ইচাওগুম্না নোংমা নোংমগী হেঙ্গৎলক্লে; ভারতকী মপানগী মীতোপ কয়া অমসু চাক্তাফম থিবা লাক্লে । মসিদা নত্তনা, লাইরিক হৈরবা অনৌবা মতমগী মীরোল্না ফ্রোয়দ, দার্বিন, মার্ক্স অমসুং একজিস্তেন্সিয়েলিজমগী অনৌবা দর্শন্দা মশাগী অমদি সমাজগী শক্তম থিনবা লাক্লরক্লে । মণিপুরগী প্রজা মীকপ থোক্তনা লৈবা য়ারক্লে; সোসিয়েল

কোন্সসনিস ৱাংখৎলক্লে । মণিপুরগী সমাজগী ইমুং-মনুংদা চঙলিবা মেতরিয়েল নিদস হেঙ্গৎলক্লে। বিজ্ঞান অমদি শিনশারোননা পুরকপা অনৌবা পোৎথোক কয়া তঙায়ফদনা শীজিন্নবা তারক্লে । চুরুট, চা, রেডিও, খবর কাগজ, মণিপুরী সমাজদা অকে অমৌগী পোৎশক অমুক ওইদ্রে, পুন্সিদা চঙদবা য়াদবা মচাক ওইরক্লে । অমরোমদা চঙদবা য়াদবশিং অদু মীয়াম্না লৈবা ওন্সগী শক্তিনা তান্নবা ৱারক্লে ।

অসিগুম্বা অহোংবা কয়া অসিগী মরক্তা, সমাজনা, হান্না লেপ্লম্বা ভেল্যু, নুপী-নুপাগী মরী, তৌহৈবা তৌহৈদবগী ৱাফম অমুক হন্না অনৌবা সমাজগী অমসুং অর্থনীতিগী মীৎয়েংদগী চাংয়েং তৌবা তারকখি । হিংনবগী চৈনাখোল ফাওরবা মীওইশিংনা মাগী অকোয়বদা লৈরিবা সমাজ অমদি প্রকৃতিবু কোয়না য়েংবা হৌরকই ; উবা ফংলকই - মাগুম্বা কয়া অমসু হিংনবা লাক্লরিবা, কনা অমনা মমিংতা ওইনা, কনা অমনা মানা ফংলিবা লন-থুম ইজ্জৎ অদুনা পেল্লকত্রদুনা অনৌবা কুয়োম অমনা অমুক কুপশিন্নবা হোৎনরিবা । অসিগুম্বা মণিপুরী সমাজগী কাংখোং চাইরবা ফিভমসিগী মরক্তা ১৯৬৫ দা এম:কে: বিনোদিনীগী 'নুঙ্গায়রক্তা চন্দ্রমুখী' থোরকই অমসুং কুঞ্জমোহনগী 'চেনখিদ্রবা ঈচেল' উবা ফংলকই । মণিপুরগী খকলুবগুম জৌরবা ৱারী মচাগী ঈচেন্দা অনৌবা ঈনোৎ হাপলকই । বিনোদিনীগী লোন্দা পুদা ফজে । তোপ তোপ্পা নুপীশিংগী ওইবা মশক অমা চোংথোকপগুম তৌই; ফ্লাসবেক তেক্নিক য়াম্না পাম্না শীজিন্নে । মাগী ৱারী অয়াম্বদা, মতম অমদা মঙান নাইনা শাৎলম্বা হৌথ্রবা পুন্সি কয়া, মতমগী হোংলক্লিবা নুংশিৎনা মচোই মচোই হুমদোকখিবগী নুংনাংবগী ঈহুল য়াওদবা নত্তে । লৈমকোন্দা চাউরকপী অইবী অমনা ইগদবা ৱারী মক্লি হায়বা য়াই 'রাস পূর্ণিমা', 'ইবেন রতী' । মঙোন্দা সমাজগী হুল্লিবা মিহুল অসি য়াম্না ৱাৎনা ফাওরবসু শীজিন্নরিবা ৱারী লীবগী মওং অমদি ষ্টাইল য়েংলুরবদি হান্নগী ৱারীমচাশিংদগী হেন্না খুমাঙ চাওশিল্লে হায়বা য়াই ।

কুঞ্জমোহনগী 'চেনখিদ্রবা ঈচেল' অমসুং ''ইশিলা অমগী মহাও' (১৯৭৩) দা সমাজগী মনুংদা য়েংশিন্দুনা মাঙথরকলবা অমদি মোৎশিল্লক্লবা পুন্সিগী মশক য়েক্লবা হোৎনরি । অসিগীসু মথক্তা লৈত-লাইর অমসুং খুঙ্গংগী পুন্সিগা ঈরোয়নরিবা থৌদোক কযাদা মাগী মীৎয়েং চিংশিল্লি । মহাক্কী 'ৱানোম্বা', 'ৱায়েল' নচিংবদা স্পিরিচুয়েল ভেল্যু লৈরকত্রবা মোরেল য়াওরক্লবা হৌজিক্কী মতমগী মীওই য়েক্লবা

হোৎনরি । অদুম ওইনম্নক অকোনবগী 'থবাম্মিচাক অমনা কেনখিবা' (১৯৭৯) হায়বা বারীমচাগী লাইরিক অসিদদি সোসিয়েলিস্ত রিয়েলিজমগী মমি তাবা বাবী থোংনৈ ।

নীলবীর শাস্ত্রীগী 'বাসন্তী চবোং' (১৯৬৭) অয়াম্বনা ত্রেদিসনেল ষ্টাইলদা ইবনি । চুম্না মরীক চুম্না লীবা বারীশিংদা, নুংশিবা অমদি নুংঙাইবগী ঈপোম লাংহল্লি । খুমন্থেম প্রকাশকী 'ইচেগী শম' (১৯৬৬) মণিপুরী বারীমচাগী পবীংদা অনৌবা মহাও অমা পীনবা হোৎনৈ । নুপী-নুপাগী কোমথোক্লবা মরী উৎপগা লোয়ননা সমাজসিদা হিংলিবা মীওই কয়াগী কেবিকেচর শেমদুনা আইরোনিকেল ওইবা মওংদা উৎনবা হোৎনৈ । অপাবশিংদা ইমেজিনেসনগী শকক খাক্লম্মি ।

হৌজিক্কী সোসিয়েল ওর্দরশিগী মনুংদা থোরক্লিবা ক্রাইসিস, মোৎলবা শক্তম, তৌশিন্নবা, পুকচেল শেংনা হিংবা গুন্নক্তবা কয়া শ্রীবীরেন্না 'লৈচিল্লক্কী থাজ' (১৯৬৭) দা উৎনবা হোৎনৈ । হৌজিক্কী পুন্সি মহিংনা মাবু শাউহল্লি । থীনা চৈনিংহল্লি । মহাক্না পুন্সিবু ফজবা লৈকোল ওইনা অমদি কুম্মৈ ওইনা উদে । অমরোমদা সোসিয়েল অমদি ইকোনোমিক ফোর্সশিংনা করম্না মীওইববু ফজবা বাখল অমদি লমচৎ মাঙহল্লকপগে হায়বদু মনোবৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েংদগী য়েংনবা হোৎনৈ । হিজম গুণগী 'ফীজং মরুমদা' (১৯৬৯) অমসুং 'লংজিন মাঙখ্রবা কিশি' (১৯৮১) বারী পরীংদা মরীক চুম্না উই । অর্থর কোনাল দোইলগী শারলোক হোল্মসগী বারীগী মতৌগুম্না 'বাতামন' নচিংবা বারীশিংদা রহস্য কয়া য়াওই অমসুং অরোইবা শাফু পীনবা হোৎনৈ । মহাক্না মিডল ক্লাসকী মীওইদগী, লৈখা তারবা মীওই ফাওবগী পুন্সিগী অবা নুংঙাই উৎনবা হোৎনৈ ।

এলাংবম দীনমনি, মহাক্কী 'থক্লবী' গা লোয়ননা বারীমচাগী লমদা খোঙদাবা হৌরকই । মহাক্কী বারী অয়াম্বা হাস্য রসকী বারীনি । মীওইবগী লৌজনিংবা, চাউজনিংবা, নুংগী লীচৎ কয়া নোক্লিংবা মওংদা উৎনবা হোৎনৈ । মহাক্কী 'পিস্তোল অমা কুন্দালৈ অমা' (১৯৮১) 'ইমৈসুনি তৌবাসুনি হং হং' (১৯৮৩) মমিং অসিমক তাবদা নোক্লিংবা পোকপা ঙাক্তনি । পুন্সিগী অশেংবা অচুম্বা কয়া, মিনুংশি য়াওদনা করেম্নৈ । পূক্লিংগী অথীবা মচৎ উৎথোক্তুনা পুন্সিবু অতোপ্পা মীৎয়েং অমদগী য়েংনবা হোৎনৈ ।

মণিপুরী বারীমচাগী য়াওন অসিদা তঙায়ফদনা পন্দবা য়াদ্রবা অমদি লমাবম বীরমণিনি । মহাক্কী 'পিকনিক পিকনিক' (১৯৮০) থোইদোক্লা মীৎয়েং অমগা

লোয়নননা সমাজ অসিবু য়েংনবা হোৎনখি । থবক ফংদবগী অমসুং লাইরবগী তমথিরবা লাইনা পক্লবা মীওইশিংগী মঙাল য়াওদ্রবা পুন্সিগী মশক উৎপদা মরীক চুম্মী । অনৌবা মীৎয়েংদা সমাজগী অনৌবা অর্থ থোরকই ; অদুবু মদুনা মহাক্লা থিরিবা ৱাহংগী পাউখুমদি ওইদে । মথংদা পনবা য়াবদি লাইতোনজম প্রেমচান্দগী 'শাহিং চাবা অমগী ৱারী' ( ১৯৮২) নি । নহা ওইরিঙৈগী পুন্সিগী থেংনরুবা কয়া ভাবনা শাগৎতুনা উৎপা ৱারীনা অয়াম্বনি । থবক ফংদবা শুফম চাফম লৈরক্তবা মসিগা লোয়নননা থোরকপা মীরৈবাক মচাগী ৱাথোক্কী বেকগ্রাউন্দা শাগৎপা হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজগী সমস্যা কয়াবু কন্না উৎনবা হোৎনবা ৱারী য়াওরি ।

মথক্তা পনজখ্রিবা অইবশিং অসিতা নত্তনা নহারোল কয়া অমসু মণিপুরী ৱারীমচাগী মপুংফাবা শক্তম শাগৎনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং য়ারি ।ঋতু, ৱাখল অমসুং সাহিত্যনচিংবা চেফোঙ কয়াদা লেপ্লা লৈতনা মখল মথেলগী ৱারী পুথোরক্লি । এ: চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, ইবোমচা, প্রিয়োকুমার, শরৎচন্দ্র, সোনামণিনচিংবা শীংথানবা য়াই । অসিদসু নত্তনা অইবশিং অসিগী খোমজিল্লবা ৱারীমচাশিং নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী 'পুন্সি মৃত্তি' (১৯৬৪), চোংথাম মণিহার সিংহনা খোমজিনবা 'মতমগী ৱারীমচা' (১৯৭২) পনবা য়াই । ১৯৭৪ গী ওক্তোবরদা অহানবা ওইনা থা ২/২ গী ওইবা ৱারীমচাগী চেফোং 'মৈরীক' পুথোরকখি অদুবু কুইনা মখা চৎথবদি ঙমখিদ্রে ।

*চাউরাকপা অপুনবা শক্তম*

ৱারী মচাবু অমুক্তং ফম্বদা পাবা য়াবা নৎত্রেগা পুংখায় অমদগী অনী ফাওবগী মনুংদা পাবা য়াবা ওইনা লৌবা তারবদি মণিপুরী ৱারীমচাসু থোইদোকপা অশোয়বা উবা ফংগনি নীংদে । অদুম ওইনমক ৱারীমচাগী কয়াৎ অমসুং মনুংগী হীরম অদু মফম, মতম, নৎত্রেগা থৌদোক অমতগী পংখৈনুংদা লৈগদবনি হায়বগী অকক্পবা নিয়ম লৈত্রবসু মনুংগী ঈচেলদি অমত্তা ওইগদবনি লৌনৈ । মীৎয়েং অসিদগী হৌদসল্লা পান্দম অমত্তা ওইবা অমসুং শাফু (ইফেক্ত) সু অমত্তা ওইবা হায়বসিনা ৱারীমচাবু কলাগী মচল অমা ওইনা, মমল লেপ্পবগী অচৌবা নিয়ম অনীদুনি হায়রম্মী । 'অইবগী অহানবা ৱাহৈপরেং অদুমক্লা হায়রিবা 'সিঙ্গল ইফেক্ত' অসি পীবা ঙমদ্রবদি হেক হৌগৎলকপদা মহাক শোয়রবনি' হায়বা এলান পোগী ৱাফম, অমদি লেপ্তুনা হোংলক্লিবা ৱারীমচাগী য়াওন য়েংলুরগা হৌজিক্কী মতমগী ৱারীমচাগী শক্তম লাকপা

অরায়বা নত্তে। অদুগীসু মথক্তা শীক্লবা ৱারী মচাগী কেনভাসশিংগী মনুংদা হৌজিক্কী কুনশুবা চহীচাগী মীওইশিংগী দরকার ওইরিবা কলাগী অপাম্ববু থুংহন্নবা মচাক পূম্বা য়াওহনবা হায়বসিমক য়াম্না লুবা ৱাফমনি।

মণিপুরগী ওয়ারিংগী মতমগী ৱারী মচাশিং অসি চুম্নগী ৱারী লীবা, পাউদম্বগী মওংদা ইবা থেংনৈ। লমচৎ শাগৎপা, প্লোট শেম্বদা অশোনবা, আর্টিস্তিক ইফেক্ত ৱাংনা থোকপা উই। লোন মেওই, মোং হাদে, পাউদমদা খোযশাওনবা অকনবা পুন্সিগী সমস্যা য়াওবা উদে। অচম্বা খুঙ্গংগী, মহৌশাগী ফজবদা পূক্লিং চওবগুম তৌই, পুন্সিদা মখোয়গী থাজবা মাওদে। মথংদা চরিত্রশিংগী নুংগী শক্তম অমদি পুন্সি য়েকপদা হেন্না বিয়েলিষ্টিক ওইবা থেংনৈ। নুংশি নুংওনগী মকওইনা পুন্সিগী কাউওমদবা থৌদোক কয়াগী হীরমদা খন্দুনা ইরম্বদগী অমদি বোমান্তিক ওইবা মও কয়া মওফাওনরকপদগী নীংখায়রক্লবা সমাজগী শক্তমগা লোয়ননা মোবেল মাওথরকপা, নুপী নুপাগী মরী কোমথোরকপা, থবক ফংদবা, ফীভমনা য়াদদুনা ইজ্জৎ য়োন্দুনা হিংবা তারকপা সমাজগী শক্তম য়েকপদা পূক্লিং চংশিল্লকখি। খুঙ্গংগী মহুত্তা শহরগী অমোংপা নালা, হোতেল, কোর্ট রুম ফাওবদা মীংয়েং হোংলকখি। মসিগা লোয়ননা মীওইবগী মরাইবক অসিবু মানা হিংলুবিবা সমাজগী হৌনলোনচৎ অদুগী মখা পোনবরা ? ঐখোয়গী লাইরা-অনংগী লাইনা অসি কোক্লবা লম্বী সুকলৈমক লৈত্রবরা হায়বা ৱাহংশিংগী পাউখুম থিবা লেখকশিংসু থোরক্তবা নত্তে। ৱারীমচাদদি পাউখুম শীবগী মহুত্তা ৱাহং হংবনা হেল্লি, সমস্যা কয়াগী কোক্লবা পাম্বে পুথোকপগী মহুত্তা উংপনা হেল্লি হায়বদুমক মণিপুরী ৱারীমচাদসু চান্ননা থোকই হায়বা য়াই।

শ্রীবীরেন, ইবোমচা, বীরমণিনচিংবা লেখকশিংগী পাউদমদা খোয়রাং খোয়শাওনবা লাংতক্লবা, করিগুম্বদা অয়াকপা লোনফাওবা শীজিন্নদুনা হৌজিক্কী সমাজগী শক্তম উংনবা হোংনরি। মীরৈবাক মচাগী ৱাথোক অমদি হৌজিক্কী ইম্ফাল শহরগী নীংথিনা ঙাকশেনবীত্রবা, খুদক্তা পুন্সি মাঙবা য়াবা ফীভম ফাওবা মখোয়না খঙশিন্নদনা লৈথোক্তে। মতাং অসিদা পনবা য়াবদি, কনাগুম্বা অইবনা ইরাং পকপা লোন্দা শীজিন্নদুনা অরোনবা নুপী নুপাগী মরীবু মকা ফোংনা উংপসু থেংনদবা নত্তে। দীনমনিগী ৱারী খরদি মায়ংগে অসোমদা চঙশিল্লকপা থেংনবগুম তৌই। করিগুম্বা মতাংদদি ঈথক ঈরাংদু উংনবগীদমক শাগৎলকপা ৱারী ওইনা

থোকখিবা য়াওদবসু নত্তে । তৌববুদি মীৎয়েং থেন্নবদগী ওইরম্ববদি য়াই । অদুবু অথীবা অচুম্বশিং অসিনা মীওইববু সোসিয়েল বেইং অমা ওইনা উংপগী মহুত্তা বাইওলোজিকেল বেইং অমা ওইনা উংনবা হোৎনবদা হেন্না পূক্লিং চংশিল্লে হায়বা য়াই ।

ঐখোয়না খঙদবা হীরম অমদা ন্নাহং হংবা অরায়বা নত্তে । সমাজগী মনুং হুপ্তিন্না য়েংদ্রবদি সমাজগী ন্নাহং হংবা ঙমদে । হৌজিক্কী মতমগী মণিপুরী ন্নারীমচা ইবশিংনা হংলিবা ন্নাহংশি করিনো ? সমাজ অসিদা মখোয়গী দায়িত্ব অমসুং মিসন করিনো ? এলাংবম নীলকান্তনা ফ্রেন্স রাইতর জাঁপাল সার্টকী ন্নাফম পল্লদুনা হায় :

> আর্টকী পোৎথোক পুম্নমক রাজনীত্তিগী মশক লৌদ্রফাওবদা ওইরিবা যুগ অদুবু মশক খঙবদগী থোরক্কদবনি; যুগ অদুগা চুনহনগদবনি মসি সাহিত্যগী মন্ত্রনি । ওইরিবা সমাজ অসিবু খঙনবা লাক্কদনা চেষ্টরিবা যুগকী ইচেল অসি ন্নাখলদা থম্মোয়দা ফাওনবা, অতৎপা লৈতনা লাক্কদনা মতমগী সাহিত্য থোকপা ওইথোক্তে । মণিপুরগী সাহিত্যিকনি হায়না লৈনরিবা অহল্লোন নহারোল অসিদি অশেংবা যুগ অসিবু মশক খঙদে, খঙনবা লাক্লবসু উঁদে (ই. নীলকান্ত, ১৯৭৩, *মতমগী ন্নাখল*, লা: ১৩) ।

হায়রিবা ন্নাফমসিদা অচুম্বা য়াম্না য়াওরি । শম্না হায়রবদা, ঐখোয়গী ন্নারী মচা ইবশিংদা সমাজিক চেতনাগী মশক ন্নাৎনা উই । মরম অদুনা ঐখোয়গী সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী ফীভমনা শেমজবা ঐখোয়গা চূনবা কলাগী মশক খঙনা অইবশিংনা সাহিত্য পুথোকপা তাই ।

# ফজবা থিবা

তাইবঙপানসিদা ফজবনা শুঙ্কাংতবা করম্না মীওইবু লৈবগে ? শেংলবা অমুক্কী নোংপোক মায়গী শম্না হুন্দোরক্লিবা ঙাক্লোনবা কোরৌগী মশেক, নুঙায়রক্তা চেম্বরিবা ঈশিং চাইবী, লিরি হুন্লিবা মালংগী শহ্মদা হাই হুমদুনা জগোয় শারিবা উরী উপালশিং, ফজবগী শক্লোন ঙাকনি । মেঙই হায়নবা মেরাগী থাবল, ফুগায়না শাংপী থম্বাল ফজবগী ঈঙিংনি । অদুবু কলাদি ওইদে । অমরোমদা খ্বাইরাকপম চাউবগী 'মেরাগী থাবল' গী ডাঃ কমলগী 'লৈবাকলৈ' গী, ভদ্রনা য়েকপা লাইশিংগী ফজবদি কলাগী ফজবনি । মহৌশাগী ওইবা ফজবা পোৎলমশিংনা, সমাজিক পুন্সিদা থেংনরিবা থৌদোকশিংনা, কবি নৎত্রগা কলাকার অমদা ঈথিল পীবদি য়াই অদুবু মদুমক্কা কলাদি ওইদে । শম্না হায়রবদা কলাদি মীওইবগী খুৎচঙনা শেন্নবা খুৎশেমনি ।

ফজবদি অয়েংবশিংগী মীত্তা লৈ । য়েংলিবা মীওইগী পুক্লিংগী ফীভম, লৌশিং, ৱাখলগী মরেপ খেন্নবগী মতুংইন্না চপ মান্নবা পোৎলম অমদা খেন্ননা উই । হায়রিবা ৱাফমশিংসি ঐখোয়না তত্তনা তারবনি । অদুবু মীৎয়েং অসিমক্তি লোইনা চুম্রে হায়না লৌবদি ঙমদে । করিননো হায়ববু, মসিনা ফজবগী মরোমদোম লেপচবা ঙম্বা মশক অদুবু থৌওইদবগুম তৌই । মীওইবনা মহৌশানা মশক-মওং (ফোর্ম) নাইবা, চুং ফিরাল চাবা, মচু মমেননচিংবগী নীংথিবা মতৌদা পুক্লিং লুপ্লি । মীগা মীগা লৈনবা মরী, মীগা মাগী অকোয়বদা লৈরিবা সমাজ অমদি মহৌশাগা লৈনবা মরী, মহাক্কা পামজবা অশেংবা অমসুং পুক্লিংনা শাগৎপা মশক কয়া, কলা ওইনা হৈশিংনা ফোঙদোকই । অদুম ওইনমক অশেংবা পুন্সিগী ফজবগা, কলাদা ফংলিবা ফজবগা, অমত্তা ওইবদি নত্তে । মহৌশাগী ওইবা ফজববু ফজবা ওইনা উৎপা ঙাক্তনা কলাগী থৌদাং লোইবা নত্তে । পুন্সিগী অমকপা, তমথিবা তাইবঙ লীচৎপু মতীং লৈনা উৎপগীসু ফজবা লৈ । সেক্সপ্যারনা দেসদেমোনাবু, জুলিয়েৎপু নীংথিনা য়েকপা অদুক ফৎত্রবা ইয়াগো অমসুং সাইলোককী শক্তমবুসু অঙকপা ফংনা য়েকই ।

অশেংবা পুন্সিদি পুন্নমক য়াওই: অৱাবা-নুংঙাইবা, অথীবা-ফজবা, অপান্না-পামদবা। অদুবু কলাদদি পুন্নমক ফজবনি, নুংঙাইবনি। নাটকতা মীওইবগী থবক থৌওংশিংগী মতৌ তমদুনা উৎলবসু কলাগী মচল অসিগা চানবা মশক মওং, পংখৈ অমসুং নিয়মগী মতুংইন্না উৎলি। অশেংবা পুন্সিগা মান্নবা মান্নদবগী ৱাফমদগী নাটক্কী য়ানরবা চংনবী লীপুন্না হেন্না মরু ওইনা লৌনবা হোংনৈ।

ভারতকী আচার্য্যশিংনা সাহিত্যগী থৱায় করিনো হায়বগী মতাংদা তোঙান তোঙানবা মত কয়ামরুম পীনখি। কনানা অলঙ্কারনা, কনানা ধ্বনিনা নৎত্রগা বক্রোক্তিনা, কনা অমনা রীতিনা নৎত্রগা ঔচিত্যনা, কনা অমনা রসনা থৱায়নি হায়না লৌবা সম্প্রদায় তরুক থোকখি। ভারতকী কাব্যশাস্ত্রগী পরম্পরাদা অসুম্না কাব্যগী মচি ওইবা মশক তাক্লবা হোংনরম্বদু মীৎয়েং অমরোমদা ফজবা থিবগী খোঙচৎনি হায়বা য়াই। ফজবদা থল্লিবা মীৎয়েংদা য়ুম্ফম ওইরগা পিতরনা ক্লাসিসিজম অমসুং রোমান্তিসিজম অনীগী খেন্নবা উৎনবা হোংনরম্মি। ফজবদা খোয়দাজবদি অনীমক্তা মান্নরবসু ক্লাসিসিজমগীনা ফজবগী শক্লোন্দা উচন চানা শেম্বগী হৈশিংবা মতৌদা পুক্নিং চিংশিল্লি। অকোনবগীনা, ফজবদা ওক্লা খোয়রাংনা উবগী অওকপা মতৌ অমমুক হাপচিল্লি। কনাগুম্বা কলাকারনা নৎত্রগা দার্শনিকনা মীওইবগী ৱাখল্লা শেল্লিবা কলাগী খুৎশেম্না মহৌশাগী ফজবা পোৎলমশিংদগী হেল্লি হায়না লৌই। অদুবু ৱাফম অসিবু অখণ্ড অহে কাঙবু থরনদি মরিং মরাংনা থোকপা মীৎয়েংনি হায়না অমুক লৌবা থেংনৈ। মতৌ অসুম্না মহৌশাগী অশেংবা শক্লোনশিংনা কলাগী খুৎশেমদগী হেল্লি হায়বসিসু চুশিন্নবা য়াদবা মীৎয়েংনি। মরম অদুনা কালিদাসকী শকুন্তলা, রাফেলগী মেদোন্না নৎত্রগা লেনার্দো দা ভিন্সীগী মোনা লিসানা অশেংবা নুপীশিংদগী হেন্না ফজল্রা নৎত্রগা ফজদল্রা হংবসু অচুম্বা ওইরোই। মরম অদুনা ডাঃ কমলনা 'মাধবী' দা য়েক্লল্লিবা হৈবোকচীংগী নৎত্রগা শিলংগী ফজবগা থাঙ্গেশংবা হৈবোকচীংগী নৎত্রগা শিলংগী ফজবগা চাংদম্নবসু অচুম্বা মীৎয়েং নত্তে। করিগীনো হায়ববু, অয়েকপা লাই য়েংবদগী নৎত্রগা উপন্যাস অমা পাবদগী ফংলিবা রস নৎত্রগা ফজ-নুংঙাইবগী মতৌ (ইস্থেতিক প্লেজর) অদু মহৌশাগী অশেংবা শক্লোনশিং উবদগী ফংলিবা অদুগা মান্ননা লৌবা য়াদে। অশেংবা তাইবঙগী ফজবগা কলাগী ওইবা ফজবগা খেন্নে। অশেংবা তাইবঙগী ফজবনা কলাগী কাল্পনিক ওইবা ফজবগী মহৎ শিনবা য়ারোই। অদুম ওইনমক ঐখোয়না

কলাদা উৎলিবা ফজবগী মনুংদা অশেংবা পুক্নিগী মশকসু উবা ফংই হায়না লৌবা য়াই ।

উপন্যাস নৎত্রগা নাটকনচিংবা সাহিত্যগী মচলশিং নৈনবদা সমালোচকশিংনা কবি অমগা অতোপ্পা অমগা চাংদম্নদুনা সাহিত্যগী মমল লেপ্পা চৎনৈ । অদুবু কুপশিন্না য়েংলবদি মসিগীসু অহোবা হঁরে লৈতবদি নত্তে । সাহিত্যগী ওইবা মশক মওংগী পংথৈ, মীওইবগী মরমচৎ অমসুং মহৌশাগা শাগোন্নরিবা মান্নবা মশকশিংনা চাংদম্নবদা খুদোং চাবা পীরবসু, মীৎয়েং অসিমক্তি মশানা মান্নত্রবা পোৎলম নৎত্রগা মীশক অনী চাংদম্নবনি হায়না লৌবা য়াই । মরম অদুনা, টোলসতোয়না চার্লস দিকেন্সতগী হেনত্রা নৎত্রগা হেনদত্রা হায়না য়েৎনবসি অশিংবা নত্তে হায়বসি কনাগুম্বা সমালোচকশিংগী মতনি । হায়রিবা মীশক অনীমক মালেমসিগী অচৌবা অইবনি । তোঙান তোঙানবা সমাজগী লৈহাওদগী, মখোয়গী মতম অমসুং মফমদুগী ঈশিং নুংশিৎকা চান্নবা শেন্নবা মখোয়গী সাহিত্যগী খূৎশেমশিংনি । মরম অদুনা কালিদাসতি কালিদাসতগা চাংদম্নগদবনি হায়বা ঝাফমসিদা অচুম্বগী মশক য়াম্না য়াওরি ।

কলাদি সমাজগী চাওখৎ খোঙথাংগা মান্ননা চৎলি হায়না লৌবা ওমদে । বিজ্ঞান অমসুং শিনশারোনগী চাওখৎলকপগী ঝাখল অসি কলাদা পানশিনবা য়াদে। ইলেকট্রোনিক্সকী মেছিনশিং,পোৎচৈশিং মন্নাওগী পোৎথোকশিংদগী হৌজিক্কীনা হেনফম থোকই । কলাগী শক্রোন তত্তনা হোংলবসু হেন্না ফগৎলকপা নৎত্রগা চাওখৎলকপা হায়বদুদি নত্তে । খ্বাইরাকপম চাউবগী অমসুং অঙাংহলগী উপন্যাসশিং, মতম অদুগী ওইনা মতীকচাবা সাহিত্যগী খূৎশেমনি । মতৌ অসুম্না হৌজিক্কী মতমগী মশক্লাইরবা উপন্যাসশিংসু মরোমদোম লেপচবা ওন্নবা খূৎশেমশিংনি । মখোয় মখোয়গী তোঙান তোঙানবা তাইবঙনি । ঐখোয়না ফংহৌরিবনা হৌথিবদগী হৌজিক ফাওবদা চেষ্টরিবা সাহিত্যগী ঈচেননি; ঈচেন্দুদা লুপ্তুনা শান্নবগী নুংঙাইবদুনি।

মীওইবগী ফজবগী মীৎয়েং অসি সমাজগী পুক্নি মওং, হিংলিবা মহিং অকোয়বদা লৈরিবা মহৌশাগী অমসুং ঐতিহাসিক ওইবা ফিভমশিং, জাতি অদুগী সংস্কৃতি, চৎনবীনচিংবগী মতুংইন্না লেপ্পী হায়বা য়াই । লমদমসিগী চীং-তমগী তোঙান তোঙানবা কাওলূপশিংগী নাৎকী ওইবা ফিজোলশিং খেন্নৈ । চীংমীগী ফিজেৎতা, মচুগী মফেল চল্লকপদা, অয়াকপা, পাক চাউনা লাংবা, চুথেক নাইবা দিজাইনশিংনা নম্মা শীজিন্নবা অদুগা তমগী মৈতৈশিংগীনা মচু মমেন্দা খর হেন্না

মেণ্ডনা উবা, অকোনবা দিজাইনশিংনা নম্না শীজিন্নবা থেংনৈ । খেন্নরিবশিং অসি মখোয়গী জগোয় শৃৎথেক শাথেক অমদি শাবগী মওংদসু অদুম্মক উবা ফংই । লমদমসিগী মীওইশিং অসিগী কলাবু নৈনবনা মখোয়গী পুক্নি মীৎয়েং খণ্ডনবা হোৎনবদা অচৌবা মতেং ওইগনি ।

অরিবা মতমগী খুন্নাইদা শাগী মউন, ময়া অমদি খুজিন্নচিংবনা লৈতেং ওইনা শীজিন্নরম্বা থেংনৈ । মসিনা লৈতেং ওইনবতা নত্তনা মখোয়শিং অসিনা পাঞ্জল থৌনাগী, অতোম অরেমগী খুদমসু ওইনরম্মি । মসিদগী ঐখোয়না খণ্ডবা ঙম্বদি : ফজবগী মীৎয়েং অসি খুন্নাইদুগী শুনোম্বগী মওং, হিংলিবা পুক্নি মরেল, অকোয়বদা লৈরিবা পোৎলমশিংগী মণ্ডাল মওং অমা নৎত্রগা অমদা তাই হায়বসিনি ।

ফজবনা করি কান্নবগে, সমাজদা করি পাঙথোকপগে ? মমানা মচাবু নুংশি, লুনা তৌজে । নৌরিবা মচা অদুগীদমক অবাবা কোঙ্গায় খাওই । মসিদা অমাঙ অতোংগী কান্নবা কান্নদবগী ব্রাফম থোইনা য়াওদে । ফজবা অমসুং নুংশিবদদি কান্নবা কান্নদবগী খলদা চোই চাং ওন্দুনা লেপ্পা য়াদে । মসিমক্না ফজবগী ব্রাখলগা কান্নবগা পুনশিন্নবা য়াদে হায়বগী ব্রাদি নত্তে । মৈতৈগী অরিবা শৈরোলশিংদা নুমিৎকী মরমদা শৈথারম্বা, খুন্নাই অসিগী অয়াম্বা থবক থৌরমশিংদা মরুওইবা চন্নফম ওইরিবা 'লা' গী অমসুং 'মৈ' গী মরমদা ইরন্নিবা অসিমক ফজবগী মীৎয়েং, কান্নবগী ব্রাখলগা মরী লৈনৈ হায়বদু উৎলি । শক্লাইরবা অইবশিংগী কলাগী খুৎশেমদা মওং অমা নৎত্রগা অমদা মখোয়না পামজবা পুক্নিগী পাউজেল পীনবা হোৎনবা থেংনৈ । মসিগীদমক উপন্যাসকার অমদি নাট্যকারশিংনা অশেংবা মীশক অমদি ঐতিহ্যাসিক ওইবা থৌদোক ফাওবা শেমদোক শেমজিন তৌবগী মনীংতম্বা লৌই । অদুম ওইনমক, কলাগী মরুওইবা মীৎয়েংদি ফজবগা শাগোন্নদুনা লৈ । অধ্যাত্মিক ওইবা নৎত্রগা অচুম অরানগী অব্রাংবা ব্রাখল উৎপা ঙাক্তনা মসিগী মতীক মণ্ডল অমসুং মরেপ ওন্নবগী পাদম ওইদে । 'সাহিত্যগী মরুওইবা পান্দমদি লৌশিং শীরবসু, শীন্দ্রবসু ফজ-নুংঙাইবা (ইস্থেতিক সেতিসফেক্সন) পীরগা লোইরে' হায়বসি সমালোচক হৃদসনগী মতনি ।

নৈনরিবসিগী খণ্ডবা ঙম্বদি - কলাদা ফজববু মওং অনীথোক্লা উৎলি । অহানবদা, অশেংবা পুক্নিগী নৎত্রগা খঙলু উরুবশিংগী মণ্ডাল মশেক উৎপা ফজবগী মওং-মসিদা পুক্নিগী ফজবা, মমল লৈনা লৌবা গুণশিং অমদি অথীবা শান্নদবা

মশকশিংবু ফজবগী মচু লোক্তুনা উৎলি । অনীশুবদা, কলা হায়বসিমক মথন্ত লেপচবা ওস্না পোৎলম অমগুম্বনি । কলাগী তোঙান তোঙানবা বিধাশিং : চিত্রকলা, উপন্যাস, শৈরেংনচিংবা অসিগী মশাগী ওইবা মশক- মওং লৈ। য়েকপগী নৎত্রগা ইবগী চৎনপরীং অদুগী মনুংদা ফজ-নুংঙাইবগী মশক য়াওজরি । মতৌ অসুম্না, কলা মশামক অদুগী মনুংদা ফজবগী শক্লোনগা লোয়নদুনা লৈ হায়বা য়াই । কলাগী পনখৈসিগী মনুংদদি অমম অঙান, নুংপান, অথীবা ফজবা অনীমক অমত্তনি । পূম্নমক ফজবগী শক্লোন ঙাকনি । মরম অদুনা, কলানা লোৎতুনা লৈরিবা পুক্নিগী ফজববু চিংথোক্তুনা ফজববু উৎপদা নত্তুনা ফজববুসু শেম্মি । ফজবগী মরেপ ওন্নবা হোৎনবা অসিমক পুক্নিগী পাউখোং ফোঙনবা হোৎনবগা পাংখকনি । ফজবগী রহস্য অসিমক পুক্নিগী অথুপ্পা য়াফমনি । মরম অদুনা বেকন্না ফজবগী মরমদা অসুম্না হায়রম্মি : 'ফজবা পোৎলম অমগী খ্বাইদগী ফজবদি কলাগী খূৎশেম অমত্তনা উৎপা ঙমদ্রবা পোৎশক্তুনি' ।

# ব্রাহৈ

মমাংঙৈদগী হৌনা অখণ্ড অহৈশিংনা ব্রাহৈগী থোইদোকপা মতীক ময়াইগী মরমদা মখোয়গী পূক্নিং তম্ভনা চিংশিন্দুনা লাকই। ব্রাহৈবু লেঙলী পাল্লিবা পূম্নমক ওইরক্লবগী মরম ওইবা তাইবঙ মপূগী মশক ওইনা  লৌরদুনা বাইবলনা হায় : 'তাইবঙসিদা করিমতা লৈত্রিঙৈগী মমাঙদা ব্রাহৈ লৈরম্মি' । সাহিত্য ওইরকপগী মতাংদসু, ব্রাহৈদগী পূম্নমক ওইরকই হায়বা য়াই। সাহিত্য হায়বসিমক ব্রাহৈনা শেম্বা নীংথিরবা মূর্ত্তিনি । ঙাঙবা অমসুং ইবা ব্রাহৈগী শক্তোন মপূংদা অনীনি । ঙাংন-শক্লবদা খোম্লোক খোলহায়গী মতেংনা ব্রাহৈগী মতীং ফোঙদোক্লুনা অতোপ্পদা য়ৌহল্লি । মফম মতমগী পর্নখৈনুংদা চীম্থাংদা লৈবম্বা ব্রাহৈশিংবু ইনরক্লবা মতমদা ব্রাহৈগী অনৌবা শক্তোন অমমুক থোরকই । অইবা ব্রাহৈশিং অদু মীংনা উবা অতোপ্পা শক্তম লৌরকই ।

অইবা ব্রাহৈশিংদি তৃমিন্না খক লৈতে । অপাবশিংগা মীংচানরুবদা ব্রাবী শারকই, মরোল থোরকই। অপাবশিংগী পূক্নিং ঈহুনগা চাননা করিগুম্বদা য়াঙনা, করিগুম্বদা লেঙ্ঙম শাঙমদনা খোঙ থাংলকই। ব্রাহৈশিংবু কৈশুমশঙদা ফাজিল্লবা মীগুম্মা অইবশিংনা মখোয়গী খুৎশেমশিংদা ফাজিন্দুনা থম্লবসু মখোয়গী থব্রায়দি মতম চূপ্পা মনীং তম্লবা হোৎনদুনতা লৈ । মপান্থোংদা লেঙদনা উরিবা ব্রাহৈ অমবু হেক উরুবদা মদুনা মহুৎশিল্লিবা পোৎশক নৎত্রগা ব্রাখলদু ফাওরকই । মদুবুনি ঐখোয়না অর্থ হায়না খঙনরিবসি। পারিবশিংনা ইরম্লিবশিংদা য়াওরিবা ব্রাহৈশিংগী মতুং কোয়না ইন্নে । অদুম ওইনমক তশেংনা থিরিবদি ব্রাহৈশিংবু নত্তে ব্রাহৈশিং অদুনা লোৎশিন্দুনা থম্লিবা শক্তমশিং (অর্থশিং) অদুনি । ঐখোয়না পাবা মতমদা পূক্নিংদা অপান্ননা য়ৈররিবসি ব্রাহৈশিং অদুনি। অদুগা ব্রাখলদা ফাওরক্লিবদি ব্রাহৈশিং অদুগী নত্তে, ব্রাহৈশিংদুনা মহুৎ শিল্লিবা অতোপ্পা পোৎশকশিংদুনি । সাহিত্যগী উমংদা মশীং লাকঙমদনা শন্দোক্লুনা লৈরিবা ব্রাহৈশিংগী মহৌশাবু অসি মওইরে করম্না হায়গনি। অপাবশিংনা ব্রাহৈনা লোৎশিন্দুনা থম্লিবা অর্থবু চিংথোক্লবা কন্না

হোৎনরবসু মহাক্লা মওং অমা নৎত্রগা অমদা খরমখৈ লোৎশিন্নবা লাক্রে ।

সাহিত্যগী লোনগা অমুক নুমিদাংগী চৎনরিবা লোনগা করি খেন্নবগে, ঋারেং অমসুং শৈরেংগী মশক লেপ্লদা লোন্না করম্বা যৌদাং লৌবগে হায়বা ঋাফমশিং অসিদা সমালোচকশিংগী, কাব্যশাস্ত্র অমসুং ভাষাতত্ত্ব খণ্ডবশিংগী মীৎয়েং তত্তনা চিংশিন্দুনা লাকই । ভারতকী আচার্য্যশিংনা ঋাহেংগী খণ্ডহনবা ওস্পগী পাক্কল অহম লৈ হায়না লৌরম্বতা নত্তনা মীওইবগী পূক্লিংবু শুদ্ধহংলিবা কাব্যগী শক্তমবু শাগৎলিবা ঋাহেনা লৌরিবা যৌদাংগী মরমদা অকনবা মীৎয়েং চওলম্মি । মখোয়না ঋাহে অমসুং অর্থ অনীগী অওকপা তিন্নবনা কাব্য ওইহনবনি হায়বতনা পেম্ন্নোক্লমদে । ঋাহেংগী মতীক মওলবু শৈথারদুনা 'থোইদোকপা ঋাহেংগী ফজবা খৃৎশেম্মু' অমদি 'নীংথিবা পূক্লিং হূবা অর্থ পোকহনবা ঋাহেবু' কাব্যনি লৌরম্মি ।

কুনশুবা চহীচা হৌরকপদা থোকখিবা ফোর্মেলিস্তশিংনা অনৌবা সমালোচকশিংগুম্না সমাজগী অমসুং ইতিহাসকী ফিভমদা থোইনা পূক্লিং চওলুবা তৌদনা ইবন্নিবা নৎত্রগা লোন্দা মীৎয়েং চঙ্গদবনি লৌরম্মী । মখোয়না সাহিত্যগী মহৌশাদি ইতিং তিংনা উৎপা নত্তে, মখল মথেলগী উপমা, অলঙ্কারশিং, কিশি থাংলবা ঋাহে অমসুং শক্তমশিংনা অওকপা পোকহনবনি লৌই । সাহিত্যদা ঋাহেংগী মথৌ য়াম্না চাউই । ঋারেংগী লোনদি লৈতারবা ঋাখলদা অমসুং লৌশিং ফোওদোকপদা অদুগা শৈরেংগীনা লোন্দা অমসুং অনুভূতি ফোওদোকপদা হেন্না মরু ওইনা লৌই ।

অপার্বশিংবু মরুওইনা লৌবা সমালোচকশিংগী মততদি ময়ামনা চৎনরিবা অচম্বা লোন অমসুং সাহিত্যগী ওইবা লোন হায়বমুক লৈতে । ময়ামগী অচম্বা লোন্দসু সাহিত্যগী লোন্দা য়াওরিবা মতীক মওাল য়াওই । অপাবনা য়েংলিবা মীৎয়েং, ময়ামগী য়ানরবা পাবগী চৎনবী, কবিতাগী কাওলোন অমসুং খৃৎইগী মতুংইন্না সাহিত্যগী মশক মওংসি পূক্লিংদা ফাওবনি । মরম অদুনা সাহিত্যগী অর্থ হায়বসি পারিবা মীশক্তগী উক্ত খণ্ডলুবদগী ওইহল্লকপা পোংথোকবি, লোনগী শাগোন্নবকবা মগুণ নত্তে । করিগুম্বা ঋাহে কাওলুপ নৎত্রগা পরেংদদি ঐখোয়না ঋারেং ওইনা য়েংলগা ঋারেংগী শক্তমশিং, শৈরেং ওইনা য়েংলগা শৈরেংগী মগুণশিং চোংথোরকপা থেংনগনি । হায়রিবা ঋাফমশিং অসিগী শীংথানবা য়াবা মচাক য়াওরবসু লোইনা চুমলে লৌবদি ওমদে ।

সাহিত্য কলাদা, মরুওইনা কবিতাদা ৱাহৈনা পোৎশক নৎত্রগা ৱাখল অমবু চপ চানা মহুৎ শিনবা ঙমদে । অপাবশিংনা ৱাহৈংগী (সিম্বিফায়র) অর্থ খরমখৈ মনীংতম্না মওংদা লৌনৈ । 'লৈ' হায়রগা অপাবগী ৱাখলদা মাগী পুক্লিংনা খোয়দাবা লৈ অমগী মশক লাকশিল্লি । লৈ অদু মখল অমগী মচু অমগী লৈ অমা হেক্তা ওইবা য়াই । অইবনা খল্লিবগা অপাবনা লৌরিবগা খেন্নবা য়াই । ৱাহৈনা অর্থবু মঙোন্দগী নাম্ভোকখিদনবা হোৎনদুনতা লৈরবসু ৱাহৈংগী মরুম থুপ্লিবা অর্থনা অপাবশিংগী মখূত্তগী নাম্ভোক্লবা তত্তনা হোৎনৈ । মদুতসু নত্তনা করিগুম্বদা মহাকপু শেপ্লিবা কবি ফাওবদগী থৈদোকখিনবা শেম শারকই । অইবা, ৱাহৈ অমসুং অপাবগী মরক্তা লৈনরিবা মরীশিং অসিনা মতম চুপ্পদা সাহিত্যগী তাইবঙবু য়োক্লুনা থম্মি ।

কবিতাগী ৱাহৈশিংদি মশা খল্লিবা কোয়না পাইরিবা উচেকশিংনি । মরম অদুনা ৱারেংদা তোয়না থেংনদবা মচু-মমেনগী ৱাহৈ কুরাকশিংগী মেঙলবা শাখপ কবিতাদা ঐখোয়না তত্তনা তাবা ফংই । মরুওইনা কবিতাগী ৱাহৈশিংগী অর্থদি, অয়াম্বগী মপাম্ভোংদা লৌনরিবা অসি ওইগন্দে ; মনুংহঞ্জিনবা মীৎয়েংদগীনি । সাহিত্যনা ফোঙদোক্কে লাক্লরিবশিংদি ঐখোয়গী অকোয়বদা উরিবা, লেঙলী পাল্লিবা, নাকোঙনা তারিবা, নুংতিগী চৎন থোক্লা হিংলিবসিগী মরমদা নত্তে । উরিবা তারিবশিং অসিগী মনুংদা উদবা খঙদবশিং, মসিদগী হেন্দোক্লুনা, উবা ঙম্নরোইদবা, খঙবা ঙম্নরোইদবশিং অদুবু ফোঙদোক্লবা থৌরাংবনি ।

ৱাহৈবু মীওইবগী তয়াং তশোয়বা অমসুং মরৈ মুল্লবা ৱাখল ফোঙদোক্লবগী শাদোংনি হায়বদা চিংননিংঙাই লৈতে । অদুম ওইনমক, ঙক্লা থোক্লিবদি ৱাহৈগী লাকঙম ফাঙমদবা মঙক কনবা মতৌ অসিনি । করিগুম্বা মীৎকুপ্তা মসিনা থিংলুবা পূম্না নমথেক্লুনা চোংথোরকই, করিগুম্বদনা থিবা ফংদনা লোৎখি । খঙহৌদনা চেম্ভরকপা অকনবা থম্মোয়গী ঈচেল কয়া ৱাহৈগী পাকচাউরবা লৈকংলাদা পল্লুংফম য়ৌদনা খাংঙুথক্তা কংখিবসু কোক্লায়নি । করিগুম্বদা শুক্লবা ৱাহৈগী উমংদা লম্মাঙনদুনা মাঙখিবসু কয়ানি । ৱাহৈনা ৱাখলগী ঈপাক্তা হোল্লিবা হিসু ওই, ঈচেলদুবু থৎলিবা ঈথক ঈরৈসু ওই । সমুদ্রদা শিৎলিবা নুংশিৎনা হিহোনবগী মরুপসু ওই, য়েক্লবসু ওই । ৱাহৈবু অমসুং নুংশিৎপু কনানা থাজরুবা ঙমগনি ।

লোন হায়বসি সমাজদা হিংলিবা মীওইবগী অনীংবা অপাম্বা ফোঙদোক্লবগীদমক মীনা মীগীদমক শেম্বনি । অদুগুম্বা লোন অসি মতম চুপ্পা চান্না

চিন্নবা পূন্না হিংমিন্নবগী পান্থে ওইদুনতা লৈতে। মসিনা কাঙলূপ মশেল মরক্তা হাৎন থিন্নবগী, য়েংথীনবগী মরমসু ওইদবা নত্তে। অদু ওইরবদি মীওইবগী লোনগী অমসুং ৱাহৈগী কান্নবা করিনো ? অসিগুম্বা ক্বিভম অসিদা, ললচেনবনা ঐখোয় পূম্বা লোল খূদিংমকপু লংশেক্লমদুনা ৱাহৈগী ৱাংমদা চৎলসি হায়রি :

ঙসিদি লংশেক্লসি লোন খূদিংমক
চৎলসি ৱাহৈগী অসোম ৱাংমদা
তূমিন্না লৈবা
অসুম্মক তূমিন্না লৈবা।
তূমিন্না লৈবসিদা লোৎলিবা খৈনাইদবা ৱাহৈশিংগা
নুংশি লেঙ্গোনমিন্নদুনা য়াওনমিন্নরসি (১৯৯৫ : ৪৭)।

হৌজিক্কী কবিশিংনা ৱাহৈবু মীওইবগী পূক্লিংগী অনীংবা ফোঙদোক্নবা ওইনদা লৌদে। ওইজবা থিবা মীওইশিংনা অতোপ্পবু নমথাক তৌনবা, মশাগী অশেংবা মশক লোৎশিন্নবা খুৎলায় ওইনসু শীজিন্নে। মবম অদুনা মপাঙ্গোংগী শেমশারবা ৱাহৈশিংদগী অশেংবা নুংগী মশক খক খঙবা ঙমদে। ৱাহৈনা মীবু ফোঙদোকপা অদুক মীবু লোৎশিল্লি। ৱাহৈবু, অশেংববু লোৎশিন্নবা নমথাক তৌনবগী পান্থে ওইহল্লি।

ঐগী ৱাহৈশিং
ঐগী খোঞ্জেল
মখোয়না ঐগী মায়খুম্লি
মখোয়না ঐগী চূঙ্গোয়নি;
মখোয়গী মরুমদা
লোৎলি ঐনা (ইবোপিশক, ১৯৯৪ : ৬৬)।

মফম মতমগী কোয়শিল্লিবা লৈইগী ৱাংমদা মনীংতম্না হিংবা ঙম্মি হায়নরিবা মশক্লাইবা কবিশিংগী তাইবঙখোনবা পুন্সিগী মৃৎনাইদ্রবা পাউজেল পুরক্না কাব্যগী খূৎশেমশিং ৱাহৈতনা শাগৎপনি। থায়নগী লমদমসিগী অকন অথৌশিংনা হায়খিবা ৱা ঙাক্লবা হোৎনবদা পুন্সিগী চং ফংনা অৱাবা, খুদোংথিবা মায়োক্লখিবতা নত্তনা থন্নায় ফাওবা কৎথোকখিবগী ৱারী থেংনরি। শম্না হায়রবদা, ৱাহৈ হায়বসি থাজবগী অতোপ্পা মমিংনি। থৌনা ফবা পূকচেল চাউবা, অচুম্ববু লাৎচবশিংগী লৈতেংনি।

পাণ্ডববশিংগী মায়খুমনি, চীয়োল হৈবশিংগী পাঙ্গলনি। ভীষ্মনা মপাগীদমক, দশরথ নিংথৌনা রাণী কৈকয়ীগীদমক শকখিবা য়াশক বাহৈগী অতোপ্পা শক্লোননি। লীশু হৈবা গুরু দ্রোণ বাহৈগী লাংদগী নাহোকপা ওমখিদে, কুরুক্ষেত্রগী রনভূমিদা অরোয়বা য়াহিপ তানখি। হায়খিবা বাবু ওাক্লা চংপা অমসুং মশাগী অশোয়ববু য়াজবা ওম্বা হায়বসিমক থৌনা ফবা, অচুম্বা অমদি পুকচেল চাউবগী লারবা খূদমনি।

হায়নবা লৈ : কলমনা থাওদগী হেল্লা থৌই; খূৎলায়না শোকখিবা মফমদি অমুক ফরকই। অদুবু বাহৈনা শোকখিবা মফমদি অমুক তাইশিল্লকপা লৈতে, চৈনাতা পীদুনা লৈ। হায়রিবশিং অসি তশেংবদি বাহৈগী তৌবওম্বা মতীকপু শৈথাবনি। পুন্সি অমসুং সাহিত্যদা অসুক মচীন থৌরবা বাহৈগী মতীক খওনা ঐখোয়না শীজিন্নবা তরাইবা থবক নত্তে।

*মরী লৈনবা লাইরিকশিং*


১. থাংজম ইবোপিশক, ১৯৯৪, 'বাহৈশিং' ভূত অমসুং *মায়খুম*।

২. লনচেনবা মীতৈ, ১৯৯৫, 'বাহৈগী বাংমদা' *হি নওবু হোন্দেদা*।

৩. আই.এ.রিচার্দস, ১৯৮৯, *প্রিন্সিপলস ওফ লিতররী ক্রিতিসীজম*।

# মিংশেল অমসুং মমি

'হায়য়ু মিংশেল ফঙ্কাংদা ওাল্লিবী কনানো মালেমদা খ্বাইদগী ফজবী' ?
ম্নো হৱাইটকী পোক্তবী মমানা হংণ্ডি মিত্রংগী মিংশেলদা।
খুম্মি মিংশেলনা -'হে লৈমরেনবী ফজবী, কনা লৈতে মালেমদা
নঙবু হেনবী; পেঙ্গুখি লৈমরেনবী পাউখুম তাবদা মিংশেলগী ।

মশাবু লৈতেংনীংবগী ৱাখল অসি মীগী মশাদা লোয়নদুনা পোক্লকবনি । মশাবু ফজহন্নবা মীনা মশাদা য়েকখোংলি, লীক কোন্নচিংবা লৈতেং শি । অকোয়বদা লৈরিবা সমাজগী চৎনবীগা চুশিন্নবা, মহৌশাগী অমসুং খুৎশেমগী পোৎলম কয়াগী মতেং লৌই । নুপীগা লৈতেংগা থানবা য়াদে হায়নবগুম্না কে মৌবা অমদি মশাবু লৈতেংনীংবগী ৱাখলগা লোয়ননা মিংশেলগী থৌদাং অদুম্মক শাগোন্নদুনা লাকলে হায়বা য়াই । খৃষ্টগী 'মাঙ চহী লীশিং অহুমলোমদগী হৌনা ইজিপ্তকী নুপীশিংনা অরংবা শেঙ্গেংনা মিংশেল ওইনা অমদি ময়ায়চনবা যুগতা ফুরিৎথাউদা হাপ্তুনা পুবা য়াবা ইস্পাৎ অমসুং লুপাগী অরংবা মিংশেল শীজিন্নরম্বগী ৱাফম থেংনৈ । হৌজিক্কী মতমদা মিংশেল হায়রগা অরংবা গ্লাসকী নাকল অমদা রসায়নগী হিদা[illegible]শিল্লগা খ্বাইনা য়েংনরিবা অদু ওইনা পূক্লিংদা ফাওরবসু গ্লাসকী মিংশেলদি তরাহুমদোই শুবা চহীচাদা ভেনীসতা শীজিন্নবা হৌদোকখিবনি লৌনৈ । ভারত্তা লিক্লি শুংবগী অমসুং মচু শঙবগী শিন অসি খৃষ্টগী মমাঙ ৬শুবা চহীচাদগী হৌনা খঙনরবসু গ্লাসকী মিংশেলদি য়াম্না থেঙলবা মতমগী ওইনা তৌরি । মতাংসিদা পনবা য়াবদি মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতম ১৮৩৯ দা (চৈ:কু: ২৫৩) লৈবাকসিদা মিংশেল অচৌবা অমা পুশিল্লকখিবগী মরমদা ইরম্বা ৱাফম অসিনি ।

মীনা মশাবু য়েংনীংবগী মীৎয়েং অসি মহৌশাদগী হৌনা লোয়নরক্লে হায়বা যাই । মখোয়না ঈশিংদা নৎত্রগা অরংবা ধাতুশিংদা তাবা মমিদা মশাগী মশক

য়েংজবদা নত্তনা তংঙায়ফদ্রবদি নুংশাগী মঙালদা তাবা মশাগী মমি ফাওবদা য়েংলগা পেম্মোকচনবা হোৎনৈ । মৈতৈশিংনা থৌনা লৈবী মতীক ময়াই চেনবী লাইরেম্বী ওইনা লৌনরিবী পাম্মোইবীগী শক্তমবু লমদমসিগী অশেবশিংনা হিদেন খৃদিং ঈরুজবী, য়েম্পৎ লীনাইববু নুঙ ওইনবী 'লৈকু খৃদিং মি য়েংবী' হায়না শৈথারম্মি (পা : খো: ১২৫)। নিংথৌশেনবগী থৌগন মসিনদা মিংশেনবু 'শকয়েং' হায়না ইরম্বা থেংনৈ (মসিল: ৬) । মসিনা পুরিবা অর্থদি 'শকয়েংনবা' পোৎলম্মু খঙহনবনি । অদুমওইনমক 'মিংশেল' হায়রিবা ৱাহৈসিমক্তি 'মিয়েংশেল' হায়বস্নিদগী ওইরকপনি হায়বদা থোইনা লাল্লোই । মৈতৈরোলগী মহাভারতগী মতাং অমা ওইরিবা 'বিরাট শাম্বুপরোল' দা কীচক্না নীংথিনা ফিজেৎ লৈতেংলগা মাঙদা মিংশেল থমদুনা দ্রৌপদীবু ঙাইখিবগী মতাংদুবু অসুম্না ইরম্মি : 'খৃজি পাল্লোন হৌ, নূপুর খোঙজি মঙান নাই নোংপোক চাকমিয়েংশেন্দা ছায়া মমি য়েংনা হকচাং লৈতেং শেম্লে' (লা: ১৬) । ''মিয়েংশেল' গী ৱাহৈ কাঙলোনগী ওইবা অর্থদি 'মি য়েংনবা শেল' হায়বনি । শমজিন্না হায়রবদা, শেঞ্জেংনা শাবা মদুদা তাবা মি য়েংনবা অরংবা ধাতুগী পোৎশকপু খঙনবা ৱাহৈনি ।

মীওইবনা মশাবু মরুওইনা লৌজবতা নত্তনা অতোপ্পনসু মশাবু মরুওইনা লৌহন্নিংই । পূন্না নম্মিন্নবা ফোতোগী মরক্তা মীনা মশাগী মশক্তা হান্না মীৎয়েং চিংশিল্লি। মীওইবগী মতুংদা 'ঐ' 'ঐ' হায়বা ৱাখলসিনা মমিগুম্না কোয়না ইন্নদুনা লৈ । ঐগা মরী লৈনবা ৱারীদা, মী শা উচেক থৱায় পানবা অমসুং পান্দবশিংদা ঐগী ময়াই অমা থাদোকপা য়াদনা লৈবগুম তৌই । মরম অদুনা মৈতৈগী ৱারী লাইরিক্তা ঐগী ময়াই অসি য়ুদগী হেন্না ময়াই কল্লি থকফয়োই হায়রম্মি । অমরোমদা হায়রগা মীনা মশাবু নুংশি, লুনা তৌই অসিগুম্বা ৱাখল অসি মীওইবগী মরমচৎতা য়াওরক্লবনি । নুংশিবা নৎত্রগা লুনা নীংজবা শক্তমবু উনীংবগী থৌরাংবদু মিংশেন্না মওং অমা নৎত্রগা অমদা কোকহল্লি । থাঙ্গৈশেংবমক্তি মিংশেলদি মীনা মশাবু য়েংজনবগী শাদোং (মেদিয়ম) ওইবতনি । ঐখোয়না য়েংলিবসি মিংশেল নত্তে;মিংশেলদা তারিবা ঐগী শক্তমদুনি । অঙনবা মতমগী মহৌশাগা তোরোংখদানদুনা লৈরম্বা মীশিংনা মহৌশাগী শক্লোন্দা মশাবু উজবদা নত্তনা পাৎ তুরেললনচিংবগী অরুবা ঈশিংদা তাবা মমিদা মশাবু য়েংলমগনি। নারসিসসনা ঈশিংদা তাবা মশাগী মমিবু য়েংজবদা শুজ্জৎখি মশাবু নুংশিজখি, শকহেনবী ইকোগী নুংশি

খুদোল ফাওবা লৈহনখি । মমৈথৎদা মশাগী মমিবু য়েংনা য়েংনা লৈ ওইনা শাৎখি । অসিগুম্বা গ্রীক্কী ব্যারীসিদা মীওইবনা মশাবু থব্রায় তাজবগী অয়োৌবী মশক উবা ফংলি। শম্মা হায়রবদা, ঐখোয়না কেবগী মওং, ইশানা পাম্বা মওংদনি, লৈতেংলিবা পূম্বা ইশানা পাম্মা খঞ্জবনি । লীক কোন, শিরিবা শেংলিবা পূম্বা অতোপ্পা কনাবু উহন্নবা নত্তে । ইশাবু য়েংহন্নবনি, পেনহন্নবনি, ইশাগীদমক্তনি ।

হৌজিক্কী মতমগী শুফম চৎফম খঙদবগী মৈশা লাংলবী চহী লৈশঙ্কুবী মরুপ অমা নোংমা থেংনবদা হংলুই : "কমদৌরি, করম হায়না লেল্লি " ? "সুম লৈরি মিংশেল য়েংলি" মহাক্না ইথা থাজদনা খুমদোরকই । পাউখুম অসি ইচম চম্বা ফাগি মাল্লবসু অচুম্বগী শরুক শুকয়াও য়াওদবদি নত্তে । মফম মতম, চহীমতাং শিনফম অমদি পূক্নিংগী ঈহন খেন্নবগী মতুংইন্না মান্নদবা লৈরবসু ঐখোয় অয়াম্বনা নোংমদা তংঙায়ফদনা মিংশেল য়েংবদা মতম খরদি কাইথোকই । মিংশেলগা মরী লৈনবা অবিবা থাজনবী কয়া লমদমসিদসু লৈরকই । শনি খরুম্বদা মিংশেল হাপ্পরি । মিংশেল য়েংলগা খঙগে থিরিবা মীশক নৎত্রগা পোৎনচিংবা উবা ঙম্মী হায়বগী থাজনবী লোইনা মাঙখিবদি নৎত্রি । করিমুক হায়রুনি, শিরবা মী ফাওবা অশিবগী অরোইবা খোঙচত্তা ঈরু মায়থজরগা মিংশেলখোংদা মিংশেল য়েংলগা চৎলি হায়বগী ব্যারী ফাওবা লৈরি ।

নিউয়োর্কী তেলিফোন কম্পানী অমনা ব্যারী শান্নবদা করম্বা ব্যাহৈনা খ্বায়দগী য়াম্না তোয়না ঙাংনবগে হায়বদু খঙদোক্লবা তেলিফোনগী ব্যারীশান্নবা ৫০০ লৌখত্তুনা থিজিন হৃমজিনবদা 'ঐ' হায়বা পার্সনেল প্রোনাউন অসি ৩৯০০ য়াঙ্ক্তই হায়বা উৎখি (কার্নেজি, ১৯৮২ : ৫৪) । থাতুনা নৎত্রগা পোৎলম অমা নৎত্রগা অমনা শাববু ওইরবসু মীনা মশাগী মশকপু কুপ্পা য়েংজনবগী, নুংপানগী তীকখল ওন্নবগী শাদোং ওইনা মিংশেলবু সাধাবণ ওইনা লৌনবদা নত্তনা অতোপ্পা মীৎয়েং কয়াদসু মিংশেলবু লৌখৎলম্মি । কনাগুম্বনা সাহিত্যবু অশেংবা পুন্সিগী নৎত্রগা সমাজগী মিংশেলনি হায় । অদুবু তশেংবদি সাহিত্যবু সমাজগী থোকলি উরিবশিংগী চপ মান্ননা উৎপা ফোতো কোপী ওইনা লৌবা অচুম্বনি হায়বা ঙমদে । সাহিত্যদি হৈশিংলবা অশৈবগী ব্যাখলগী মখল মথেলগী মচু কয়ানা য়েকপা লাইনি, অনৌবা শৈহেকনি, ব্যাহৈগী মিত্রংনা অনৌবা মূর্তি অমা শাগৎপনি । পুন্সিদি মওং মরীল তানা মচল চানা শেন্নবা লৈচন নত্তে, উৎপা য়াবা য়াদবা, ফজবা অফীবা পুম্নমক

তোংশিন তিনশিন্নরবা চমন্নরবা শক্তমনি । সাহিত্যদি ইংতুনা মন্দুনা হেক ওন্নমখৈ খন্দোক খঞ্জিন তৌদুনা খূৎ চঙনা শেন্নবা কনানি ।

মীওইবগী অন্নাবা নুংঙাইবগী, পুক্লিং অমসুং হকচাংগী মঙাল মায়থোংদা তাই হায়নৈ । মবম অদুনা কনাগুম্বশিংনা মায়থোংবু পুক্লিংগী মিংশেলনি লৌনৈ । মীৎয়েং অসিদদি মিংশেল্দা মমি ওইবিবা মায়থোং অসিমক মিংশেল অমুক ওইববে। অসুম্না মায়থোং অসি মিংশেলসু ওইরে মমিসু ওইরে । মসিদসু নত্তনা অখণ্ড অহৈশিংনা পুক্লিং অসিবুসু পুক্সিগী চোয়চাং ওন্নবা মিংশেল ওইনা লৌনবা য়াওদবা নত্তে । মীওইবদি শীনগুম্না মরৈ অনী লেঙদ্রবসু মাগী শাজৎতি মনূং মপাল নাই, অনী থোকই । মপাঙ্থোংগী শক্তমসি নত্তবা মীগী নুংগী শক্তম অমসু লৈ । মীনা মপাঙ্থোংদা অতোপ্পবু নমথাক তৌবা ঙন্নবসু মশাবুদি লৌনম তৌবা ঙমদে । তৌবতবু মিংশেল হায়বসি মীৎ উবশিংতগীনি । অদুবু পুক্লিংগী মিংশেলদি অতৈদগী খেন্নৈ । মসিদা তারিবা মমিদি মীৎ উবা অমসুং উদবা অনীমক চপ মান্ননা উবা ফংই ।

মিংশেলগী মথৌদি ঐখোয়না য়েংনীংলিবা, উনীংলিবা শক্তম অদুগী মমি অদু উবা ফংহনবনি । সেনিমা, ড্রামাদা য়েংলিবা মীনা মাঙদা উবিবশিং অদুবু অশেংবা নত্তে হায়বদু হেক হেক কাউথোকই । লেঙ ওৎলিবা, চেল্লি চোংলিবা শক্তমশিং অদুগী অন্নাবদা ঐখোয়না ন্নাবি, নুংঙাইবদসু শকক য়াবি । করিগুম্বদা য়েংলিবা ঐখোয়গা শক্তমলাংলিবশিংগা অমত্তা ওইরকই । শম্না হায়রবদা, ঐখোয় মতম অমত্তদা কুম্মৈদুদা য়াওরিবা চরিত্রশিংসু ওই, চরিত্রশিং অদুবু য়েংলিবা অতোপ্পা মীশকসু ওই । মিংশেলদা য়াওরিবা শুক্নাৎয়াই অসি সেনিমা ড্রামাদা চেল্লিবা মগুণশিং অসিদগী করিসু তাবা নত্তে, অহোয়নদুম হেল্লিবনি । কবিগীনো হায়ববু মিংশেলদা উবিবদি য়েংলিবা মী অমসুং উবিবা মমি শক্তম অমত্তগীনি । ড্রামা সেনিমাদা উবিবদি অতোপ্পগী থোঙদা ইশাবু উবনি ।

অবোইবদা, মমি হায়বসিমক্তবু অশেংবা নত্তে । কনানা খঙনি, অশেংবনি হায়না লৌবিবা তাইবঙ অসিমক অশেংবা ওইরমদবসু য়াই । মিংশেলদা তারিবা মমি অসি ইশাগী ওন্ন তৈনবনি । য়েৎথংবা মীৎ, না, মিংশেলদদি ওয় ঙাক্তনি অদুবু য়েংলিবা ইশাদা খেন্নবা ইফাও ফাওদবগুম তৌই । নুংতি খূদিংগী মশক হোংলক্লিবা মায় মীৎকী শক্তম ইহোং হোংদবগুম উহল্লি । মসিনা পুক্সিগী অশেংবদু মায়োক্লবগী চৈনাখোল লোৎশিন্দুনা থম্মি । মিংশেলদা তাবিবা মমিবু য়েংনা য়েংনা মথোং

কারকপগী মতম য়ৌরকখি, অদুদগী অমুক মীয়ায় চল্লকখি, মতমগী য়াক্লবা মচুনা ইনখৎলকপগী মঙাল তপ্লা তপ্লা চুপশিনখি । অদুবু মিংশেলদি হোংবা লৈতে; হোংলিবদি মিংশেলদা তারিবা মমি অদুগী শক্তমনি ।

## *References*


১. খেলচন্দ্র, ইবুংঙোহল, (সম্পা:) ১৯৮৯, *চৈথারোল কুম্বাবা*, ইম্ফাল
২. ৱাহেংবম য়ুমজাউ (সম্পা :) ১৯৬৬, *লাংলোন*, ইম্ফাল
৩. খুলেম চন্দ্রশেখর, (সম্পা:) ১৯৯৭, *মসিল*, ইম্ফাল
৪. মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ, (সম্পা:) ১৯৭২, *পাম্থোইবী খোঙ্গুল*, ইম্ফাল
৫. হাওরোকচম নীলমণি, (সম্পা:) ১৯৮৭, *বিরাট শাঙ্গপরোল*, ইম্ফাল
৬. Dale Carnegie, 1982. *How to win friends and influence people*, New York
৭. P. Ray & Sen, (Ed.), 1991. *Cultural Heritage of India, Vol. VI*, Calcutta.

# মহৌশাগী তম্পাক্তা

তাইবঙপানসিদা লৈরিবা মীশিং অসি শক মান্নদবগুম ৱাখলসু মান্নদে। কাঙবু খরনা অচৎ-চত্ত লেঙলী পাল্লিবা, তাইবঙগী অৱা নুংঙাইৱা পূম্নমকসিগী মরুমদা কনানো নৎত্রগা করিনো অমগী খুৎশেম শোয়দনা য়াওই হায়না থাজে। অদুগা মী খরনা উরিবা তারিবা, অখঙবা অমসুং খঙদবা পূম্নমক মহৌশাগী মনুংদা থোক্লিবনি লৌই। মখোয়গী মীৎয়েংদদি মহৌশাগী নত্তবা (সুপরনেচরেল) হায়বা অমমুক লৈতে। ঐখোয়না লৈরিবা মালেম, উরিবা নুমিৎ থা, থাৱান্মিচাক, হিংবদা চঙলিবা খিবিক, মহৌশাগী তোঙান তোঙানবা শক্তোননি হায়বদা থোইনা লাল্লোই। অরিবা মরুদগী অনৌবা য়েন্নীং অদুদগী মপূং মরৈ ফারবা অচৌবা উপাল ওইরকপগুম্না থৱায়পানবশিংনা পোক্লকপা, চাউরকপা অমসুং লোইখিবা অদুগা অনৌবা অমুক পোক্লকপগী থৌওংশিং অসি মহৌশাগী লেপ্পাইদনা চৎলিবা লম্বীদা তত্তনা থোক্লিবনি।

মালেমসি মীওইবতগী নত্তে। অতৈ থৱাই পানবশিংগীসু শরুক য়াওবিবনি। অদুম ওইনমক মীওইবদা অতৈ শা উচেকনচিংবদা য়াওদবা কল্পনাগী অমসুং পুন্সিগী শিন্থাশিংবু মশানা খঙনা লৌশিংতানা পাঙথোকপা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈ। মহাক্না অকোয়বদা লৈবিবা ফিভমদা শেন্দুনা লৈথোকপা খক ঙমদে। মরম অদুনা মহৌশাবু অহোংবা পুরকপদা মহাক্না খ্বাইদগী অচৌবা থৌদাং লৌই। মমাংঙৈদগী হৌনা মীওইবনা মহৌশাবু মশাগী কান্নগদবা মওং কয়াদা শীজিন্নদুনা লাকই। মীৎয়েং অসিদগী মীনা মালেমসিবু খূদুম চনবা ঙম্লে খঞ্জবা মতাং য়াওরকই। তশেংবমক্তি মীদি মহৌশাগী পূংলোন্দা জগোয় শাবনি। মহাক্কী মীৎলৈ য়েংদুনা খোঙ থাংবতনি। বিজ্ঞান অমসুং শিনশারোলনা পুরকপা চাওখৎপগী অরং অরাক্না মীৎ থক্কৎহন্দুনা মীনা মাঙলমচত্তা অকোয়বদা লৈরিবা মহৌশাবু তাথী তাওয়না তৌবগী থৌওং কয়া চৎথখিবা ঐখোয়না থেংনখ্রে। মদুগী মহৈসু ঐখোয়না ফংদনা খক তোকখিদে।

অঙনবা মতম্বগী মীনা মশাবু প্রকৃতিগী তংনা থানবা য়াদ্রবা শরুক ওইনা লৌরম্মি । মহৌশাদা খোক্লিবা খুদিং মীওইবদসু খোরুনি নংত্রগা মীওইবদা ওইরিবা খিবিক মহৌশাদসু ওইগনি লৌরম্মি । মরম অদুনা মালেম অসিমক মীওইবা খুন্নাইগী পরিকল্পনা অমা ওইনা নীংলম্মি । মীওইবনা পোকপা, শিবগুম্বা তাইবঙপান অসিসু পোক্লকপা অমসুং অরোইবা নাইবগী কোয়শিন্নিবা পরীং অমদা চংলিবনি লৌরম্মি । মহৌশা অমসুং মীওইবা অমত্তা ওইবগী লীপুন্না চেংনা পুল্লম্মি । মীরক্তা, লৈরক কোনশাংনচিংবদা, অয়ুক নুংথিলদা শুনোস্বগী অতৈ থবক ইনখাংগী নিনখোংবনা নিল্লবসু, নিলখোংবা খোঞ্জেন্না নেমত্রবা মতমদদি মালেম অসি উচেক বায়া অমদি অতৈ থবায় পানবশিংগী খোঞ্জেন্না নিল্লি । মহৌশাগী মতম্পাক্তা মনীংতম্বা শান্নজবা পামজবা মহাকপু হক্রা নুংশিজব রেদ ইন্দিয়ানশিংগী লুচিংবা সীতলনা ১৮৫৪ দা আমেরিকাগী প্রসিদেন্ততা ইবা চিঠি অমদা অসুম্না হায়খি : অহিংগী অচীকপদা কৌজেং হারৌগী নিল খোংবা তাদ্রবদা 'পুত্রীগী অকোয়বদা হংঙোয়শিংগী অওক অথোং, চীন্দা পাউদানবা তাবা ফংদ্রবদা পুন্সিদা করিবু অমুক লৈহৌরিবগে' ?

চহীচা কয়াগী মমাঙদগী হৌনা গঙ্গা, যমুনা, গোদাবরী কাবেরীনচিংবা ভারতকী লৈমায়দা চেল্লিবা তুরেলশিং অসি লমদমসিগী মীশিংনা শেংলবা তীর্থ ওইনা লৌনদুনা লাক্লি । ফত্তবা মায়কৈদা ঙামথগনবা পূক্লিংগী অমকপা পূম্বা কোকহনবা ঙম্বীনি থাজনরি । পুন্সিগী অরোইবা খোঙচৎ ফাওবদা থবায় য়াওদ্রবা হকচাং পোলাংদু লোইশিন্নবা চংনবীগী থৌরীনা কন্না চিংলদুনা তোর্বান তান্না পুরকই । মমাগী মতম্পাক্তা কুইনা কায়নরুরবা মচাবু শিন্নবগুম ফিজ্জীনা চেংনা কিদুনা থমহৌরবা উংওনত্রবা হকচাংগী অরোইবা শরুক অদু লাইজা ঈরোন্নুংদা শিন্নরি । পি শিছুরি - নুংঙাইবগী, অপেনবগী, নীংবা থুংবগী । মহাক্কী মপান নাইদ্রবা ঈপাক্তা তর্পণ কৎলরি, পূজাগী পোৎলম কয়া শিন্নরি; মুক্তিগী, শ্রদ্ধা অমসুং ভক্তিগী মত্রুবা ঈরিক তত্তনা হৈথরি । অসুম্না জাতি অসিগী থাজবগী অৱা নুংঙাইগী অকি তুজুংগী, মায়থিবা অমসুং মায়পাকপগী, ৱারী কয়া মথানুংদা চেংনা কোল্লদুনা চহীচা কয়াদগী চেহ্নরক্কবা ঐখোয়গী তুরেলশিং অসিনা লমদমসিগী ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতিগী লেঙদ্রবা সাক্ষী ওইরি ।

মহৌশাগী শক্তম্বা মীওইবগী পুক্লিং তত্তনা শুন্ধংলি । অশৈবশিংনা উরী, উপাল, উমং অমদি চীং পাৎ তুরেলনচিংববু কাব্যগী নীংথিরবা মূর্তি ওইনা শাগৎতুনা

মৃৎনায়দ্রবা কলাগী খুদোল তৌরম্মি । পাণ্ডবশিংনা চহী তরাহুমদোই, রাম অমসুং লক্ষ্মণনা চহী তরামরি উমংদা পুন্সি লেনখি । মরুওইবা থৌদোক কয়া উমংশিং অসিদা শাগৎখিবা থেংনরি । কুমগী নোংহৌ লাকপদা রামগিরি চীংথক্তা চৈরাক ফংলবা যক্ষনা অপাইবা লৈচিনবু অলকাপুরদা লমদম তাম্না লৈহৌরিবী মশানৌগী মফমদা তন্নুনবা কায়না পাউজেল পুহল্লি । উমংগী আশ্রমগী পুন্সিনা অশেংবা, অঙৈংবা, হিংসা তৌদবা, চান্না চিন্নগা হিংবা থৌজান অমসুং মীনুংশিগী মশক উৎলি । মহাভারত অমসুং রামায়ণগী লোইশিল্লকপা শরুক্তা মরুওইবা চবিত্রশিংনা মহৌশারোমদা মায় ওনশিল্লকই । ধৃতরাষ্ট্র, গান্ধারী, কুন্তী অমসুং বিদুরনা উমংদা পুন্সি লোমখি । যুধিষ্ঠিরনচিংবা পাণ্ডবশিংনা হিমালয়গী মায়কৈ পাংলকখি । রাম লক্ষ্মণনচিংবা মচীন মনাও মরিনা সরযু তুবেলগী মতম্পাক্তা অবোইবা চণ্ডজফম লৌখি । মহৌশাগী শেংলবা উমং, চীং অমসুং তুবেলশিংগা অমত্তা ওইনা তিন্নখি । মশাবী কায়নরবী, পলেম পহৌনা ঈহোৎকবী লুবাং চনু তরুক কৌবা ইংগুেল চীংগী মায়কৈ পাংলকখি । কোরৌ খোংজোমনুবীগী শক্তম লৌ, মহৌশাদা তিনখি ।

হৈশিংলবা অশৈবশিংনা মহৌশাগী শক্লোনবু মীওইবগী পূক্লিংগী তোঙান তোঙানবা ঈহনগা চাননা য়েকপগা লোয়ননা মহৌশাবু মীওইবগী অব্বা নুংঙাইদা শরুক য়াহল্লি । করিগুম্বদা মীওই লমচৎপু মহৌশাগী পোৎলম ওইনা, কবিগুম্বদনা মহৌশাবু মীওইবা ওইনা য়েকই । অসুম তৌনা মহৌশা অসিমক মীওইবগী পূক্লিংগী ওবজেক্তিভ কোরিলেতিভ ওইরকই । মফম অমদি কাঙলূপকী খেন্নবা লৈতনা মী ফূকপ কয়ানা মালেম অমদি অতিয়াবু পলেম পহৌগা পাংখক্রদুনা মীঙৌনরি, কিনসীপ ইমেজরী ওইনা শীজিন্নবি ।

মীওইবা অমসুং মহাকী কলাদা মহৌশাগী মঙাল মশেক তত্তনা উবা ফংই হায়বসি খায়না খঙনববা ব্বাফমনি । মহৌশাগী অশেংবা মতৌগা কলাগী তাইবঙগা খেন্নবা লৈববসু মান্নবা মশকসু অদুম্মক থেংনবি । তোর্ব্বান্দা হৌবিবা উপালশিংগী নৎত্রগা ঈয়ায়দা হোল্লিবা হিগী ঈশিংদা তাবা মমিনা অয়েংবশিংগী পূক্লিং হুবগুম অশৈবশিগী পূক্লিংগী ফীজঙদা তাবা মঙালশিংদগী থোরকপা কলাগী খুৎশেমনা ঐখোয়গী পূক্লিং শুদ্ধৎপা য়াই । কলাগী মচলশিংগী মশাগী ওইবা শক্লোন অমসুং চৎনরোল লৈবগুম মহৌশাগীসু মশাগী ওইবা ছন্দগী খোঙচৎ অম্মদি কাঙলোন লৈ। মহৌশাগী পান্দমদি মশাগী চৎনরোলশিং ঙাক্লবা হোৎনবনি । কলাগী মহৌশানা

অফা অপুন্দগী নাম্বোরক্লবা লম্বী থিবনি। অদুম ওইনমক কলানা চৎনবীগী লীপুন্দগী নাম্বোক্লবা হোৎনবগা লোয়না লোয়ননা চৎনবীদুবু ঙাক্লবসু থৌরাং তৌই। মসিনা মহৌশা অমসুং কলাগী লৈনরিবা মরীগী চাউরাকপা শক্তমনি।

মর্তম কয়াগী মমাঙদগী হৌনা মহৌশানা মীওইবদা মমল য়াম্লবা খূদোল কয়া তৌদুনা লাক্লি। মহাক্কী মশাইকোন্দা মশীং লাকঙমদ্রবা থৱায়পানবশিংনা চঙজফম ফংলি। অদুবু মহৌশানা মীওইবগী অপাম্বা অনীংবা খিবিক থুংহনবদি ঙমদে। মরম অদুনা মীওইবগী খুৎশেম্মা অৱাৎপদু মেনখত্তুনা মহৌশাবু অমসুং মশামকপু হেক্লা মপূং ফাহন্নবা হোৎনৈ। মহাক্লা হান্না লৈরমদবা অনৌবা খুৎশেমগী পোৎলম কয়া পুথোক্তুনা অঙকপা পোকহল্লি, মিপাইহল্লি, মীৎ থক্কৎহল্লি। অদুবু তাইবঙপানসিদা খ্বাইদগী ঙক্লিবদি মীওইবনা পুথোক্লিবশিং অসি নত্তে, মীওইবা মশামক্লি। মহাক্লা· মহৌশাগী মতীক মগুণবু হেক ঙমজবা মখৈ লৈশী লৈখোল্লি। মহৌশাগী চীং, তুরেলশিংবু অশেংবা তীর্থ ওইহল্লি। অদুগা হায়রিবা তুরেলশিং অদুবুসু মানা মোৎহল্লি। নীংশা হোনগদৌরিবা নুংশিৎপু শেংহন্দনবা থৌরাংই। লাই ওইপ্রবা মপা মপুশিংগী অহানবা অমসুং অরোইবা নুংশাশোর ওইখিবা নুংশিৎ অদুনি হায়বদু মখোয়না লায়না কাউথোকই। মশাবু ঙাকথোকচনবগী অমসুং কান্নবা ফংবগী মিংদা মশক লোৎশিল্লবা হূ কয়া অকোয়বদা চাইথোকই। হূ অদুম্মক মীনা ওম্বোক্লা পাম্মা লৌশিল্লি। নুংশিৎতগী, পাৎ তুরেলদগী, শা উচেক অমসুং মহৈ মরোংদগী।

তাইবঙ পুক্সিদি পাক চাউরবা জগৎ অসিগী নুংশিত্তা পাইরিবা পীকখ্রবা উফূল মরীকমকসু য়ৌদবনি। মহাক্লা মপান্নইক্লবা মহৌশাগী অথূপ্পা শক্লোনবু করম্না মপূংফানা খঙবা ঙমগনি? অদুবু মসিমদি ঐখোয়না খঙই - পীদুনতা লাক্লবা মহৌশাগী পূক্কে অসিগীসু পংখৈ লৈ। মীওইবগী অরানবা, ৱাখল য়াওদবা শাজৎনা মহৌশাগী অকোয়বগী ফিভমদা মেনশিনবা ঙন্নরোইদবা অমাঙবা থোকহল্লি। ঐখোয়গী মহৈমরোং চুমহল্লিবা, লমদমসিবু লৈহাও চেলহল্লিবা, ঈশিং অমসুং নুংশিৎ পীক্লরিবা, থৱায়পানবা খিবিকপু হিংহল্লিবা মহৌশাগী মমল নাইদ্রবা লনশিংবু য়োক্তুনা থম্না হায়বসি হৌজিক্কী মতমদা ঐখোয় খূদিংগী তংঙাইফদবা থৌদাং ওইরবনি।

***References***


1. George Thomson, 1977, *The Human Essence : The sources of Science and Art*, London.
2. V.N. Misra (Ed.), 1992. *Creativity and Environment*, New Delhi.

# ইংঙেল চীংদা

মালেমসিদা লৈরিবা মী শা উচেক, উরী উপালনচিংবা মশীং লাকওমদ্রবা থব্রায় পানবশিংনা মহৌশাগী মশাইকোন্দা শাইদাংফম ওইরি । মখোয় পুম্বা অকোয়বগী হোংলক্লিবা চৈথেংদা অব্রা নুংঙাইগী শরুক য়ামিন্নদুনা হিংলি । অদুবু মালেমসিবু লৈতানা, হিংবদা মতীকচাবা মফম ওইহনবদা মীওইবগী খ্বাইদগী চাউবা থৌদাং লৈ । মরম অদুনা, মহৌশাবু য়োকখৎনবগী থৌরাংদা মরুওইনা নহারোলশিংগী পূক্লিং চিংশিনহনবতা নত্তনা মখোয়বু থব্রায় য়াওনা শরুক য়াহনবগী তংঙাই ফদবা লৈ । পান্দমসিগীদমক লৌখৎপা থৌরাংশিংগী মনুং চন্না নোংমা মহৈরোয় কাওবু অমগা লোয়ননা চৎলুই : ইম্ফালদগী অব্রাং পাংনা নেসনেল হায়ৱে ৩৯ দা কি:মি: তরামরিরোম চৎলগা লৈবা 'ইংঙেল চীং' দা ।

পীকচরবসু লমদমসি মঙাল নাইনা পাল্লকই । ঐখোয়গী ইরক্তগী মশক্লাইবা অথোইবা মীশকসু থোরকই । লমদমসিগী খুন্নুং ঈশৈশিং, ব্বারীশিংবুলশিংদা ইংঙেলচীংগী মফম কন্দুনা লাকই । মাগী মতীক মঙানবু থাদুনা ব্বাকমা কয়ানা শৈশকখি । অদুবু নক্লা লৈবা পোৎকী মমল লায়না লৌনবা মীগী মরমচৎনি । অসুক কুইবসি চীং অদুবু নোংমতসু থৌওইনা খল্লুদে, উসু উনীংলুদে । তাখিবা কুইদ্রি - মফমসিদা লমদমসিগী ওইবা পান্বীশিংবু অখন্নবা মীৎয়েং থমদুনা মখল কয়াগী পান্বী থাদুনা উমং শেমগৎনবা থৌরাং পায়খৎলি । মদুগীদমক ঐখোয়সু অঙম্বা মতেং পীনবা মফমসিদা লাকখিবনি।ঙসি 'চীং অদু উবদা পূক্লিংদা ফাওরকই । করম্বা শিল্পীনা করিগীদমক মফমসিবু খল্লল্লিবা ! চীং অসিদা করম্বা ময়াই য়াওরিবা ?

চীংদোন্দা হেক থুংবদা উরকই - নীংখায়রবা, অদুম ওইনমক চীংলেম্বগী মতৌ অমদি চেৎনা কোনশিন্দুনা থল্লিবা চাউরবা চেক্কী য়ুম অমখক । কনাগুম্বনা লমদম অদুগী নীংথিজবা মপুংফানা উগে হায়রবদি য়ুম অদুগী নাকল অনীদা থৌওইনা

ইম্বোক্কুনা শেপ্লিবা মফম অদুদগী য়েংবা তাই । অতোপ্পা নাকল অমদগী য়েংখখিবদা অশংবা লৌবুক লম্ভাং, উপাল পরেংশিংগী মরক্তা মুরৈনবা ফিশাং থাবগুম্ম ফজরবা চপ তিংলবা লম্বী উগনি । তৌবতবু চীংমায়দা হৌরিবা ৱাং চাউরবা উচান পাম্বী অনীখক্তা অয়েংবশিংগী মীৎলমদা অপনবা পীরমদ্রবদি অমুক্তা হেন্না ফজরমগনি । নাকল অমরোমদা অমুক য়েংলবসু অশংবা লৌবুক, চীংমায়দা ঙাথেংদুনা শান্নরিবা থেক খোয়রবা তুরেল, তোর্ব্বান্দা পরেং শানা হৌরিবা সনা মচুগী লমসনারৈশিংগী মপৈ অয়েংবশিংগী মীৎফম হোংহন্দনবা থৌরাংনি ।

মন্দুগী সুলতান বাজবহাদুরনা রাণী রুপমতীগীদমক চীংথক্তা শাখিবা পোৎথাশঙ, মদুদগী য়েংখিবদা লাপ্পা উখিবা নর্মদা তুবেলনা ফজৈ হায়নবগুম্না অমদি লমদমদুগী খুঞ্জাশিংনা সুলতান অমসুং রাণীনা মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা অথেংবা অহিংদা মফমদুদা লাক্কুনা হেক হেক উনরৈ ৱারীনবগুম্না ইংঙেল চীংগীসু মহৌশাদগী লীনরকপা ৱারী শীংবুল অমত্তা লৈবমদববা ? করিগীসু লৈরমলোই । ফজবগী মতীং খঙবা মৈতৈগী ইপা ইপুশিংনি । মখোয়না চীং পাৎ তুরেলনচিংবা মহৌশাগী পোৎলম কয়াগী মবমদা শৈথাখি, ৱারী কযা শাগৎখি । লোক্তাক ঈযায়দগী মৃৎনায়দ্রবা খম্বা থোইবীগী নুংশি ৱারী চিংথোকখি । চীৎথবম্বা লৈতে ইংঙেল চীংগী ৱাবীসু, মৈতৈগী অবিবা শৈরোলশিংদা ।

নুংবান হোংনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা তল্লা চাউথোইববু হোইথিরুরগা মরাং উকু হন্দুনা ৱাকয়ৈ হি ওইনবগীদমক মদাইবেম নুংবান ৱাংমিৎখা খুৎহৈবা লুৱাং ৱাংমনাও শিলহৈবদা, কৌবা ইংঙেল চীংদা কাদুনা তল্লা অঙনববু হোইথিরুনবগীদমক থৌশীখি । চীংশা নাপোম অৱাংবগী তময়া লোকয়া হেনবদা পামেল অরেম্ববু লমওক্করবগী লুৱাং মমাইবনা, কজেং য়োৎহক চন্না চামলৌ লাগা থানা শীংলেন লৈহুন তৈ, তরা চেঙঙৌ ফাহাপ্পা, সনা য়াইগা হুন, লুপা কোনগা থানা কাইরৈ য়েহ্লিং থানা, পামেন মমল হল্লবদা তল্লা চাউথোইববু শীংজঙ লৈতোয় চন, পামেল উৱ্ধ তৃপকে হায়রবদা পলেম মমা পোকমাবী উপী উরেন পোকপী চীংশাং নাপোম লৈমনা তল্লা অরেম্ববু থীকলেন থাদা কোন্না মীকপখিবদু চীং অসিদা ওইরম্বা তাই ।

অদুগা অমরোমদা অশংবা উরী উপালশিংগী ফিরুক খুমদুনা লেপ্লিবী চীং অসিনা লুৱাং চনু তরুক অমসুং মশাবী মমান মচা হাওকু পাখঙ তরুক্কী অৱা

পোলোইনবা নুংশি ব্বারী হৌজিক্কী মীরোলদা লীরিবগুম উহল্লি । লুব্বাং চনু খোয়নৌ মতা তরুক্কা পন্থৌগী অকনবা চৈরাকপু থৌওইদা চৎনবীগী পনবান লান্না মশাবী হাওকু পাখণ্ড তরুক্কী মফমদা পৃক্রিং হুক্চাং কৎখি । নুংশিবগী হৌনশানি, পলেম পন্থৌগী ব্বারক থৌরী অচেৎপা অরেম্বা তাখি । মবুং মৌপ্বানা তাখিবীরবী লুব্বাংচনু, মশাবী হাওকু পাখণ্ডশিংগা কোরৌ নোঙ্গামিন্নসি ব্বারেপ্পখিবা মতুংইন্না অব্বাং পাংনা লাকপদা চীং অসিদা ব্বাইথুংলখি । লুব্বাং চনুশিংনা পলেম পন্থৌশিং অমসুং মথংলেন মমান মচাশিংনা লাকপা উরক্রবদা "নুংবান ইপল লম, লুব্বাং ইদু মরম্বু য়েংমানখিসে হায়না মমায় পোইঁরে লম" পাংনা য়েংলম্মি । নুমিৎ অদুদগী মফম অদুবু 'লোইবী খোয়নৌ লময়েং চীং' হায়না খঙনববু মৈতৈগী অশৈবশিংনা নুংবান 'ইংঙেল চীং' হায়না কৌনখি । ইংঙেল চীংদোম্দগী পুক্সিগী অরোইবা খোঙচৎতা লুব্বাংচনু তরুকনা লুব্বাং মপল লম নুংবান মদুরম্বু অরোইবা ওইনা য়েংলম্বা য়াই ।

ভারতকী ফজ-নুংঙাইবগী নৈনরোলদা জ্ঞানগী ইন্দ্রিশিংগী মনুংদা মীৎ নাকোংতবু মরুওইবা ওইনা লৌই । চীংথক্তগী য়েংথরকপদা উরিবা ফজবা দৃশ্য, হৌরিবা লৈ-শু, উরী উপালশিংনা মীৎকী অপেনবা শীবগুম মেঙনা খোংলিবা হারিগী খোজ্ঞেননা মফম অদুদা থুংলরিবশিংবু নুংঙাইহল্লি । য়েন্নীংথাগী মপাউ পুবী 'পিথাদোই' অচীকপা লোক্কুংগী অহিংদা খোংবী 'তাম্না' খোজ্ঞেন্দা তাবা নত্তে মশকসু উরে । অদুবু 'চীংনুংগী হারি'- কয়ারক হন্না তারবসু মাগী খোজ্ঞেন ইনক নকনা উবা ফংদ্রি । করিবু মাল্লমগনি ? ওহ ! সালিম আলি, কিংদম বার্দ, নখোয়গী থৌনাদু মরীক অমত্তং লৈরম্লবদি । কয়াদা পেঞ্জরমগবা ! অদুবু তকসী শোনবা নত্তনা করি পাম্বে অমুক লৈরি । পোক্তবী মমাগী শরৈদা পুক্সি কেমথ্রবী লুব্বাং চনু হাওসী নামোইনুনা ওইখি হায়নবা লাংলেন কোংয়াং ব্বাখোঙ কোলনা, পামেল উখাং পায়না খোংবা, নিংনাং সেরলশীচানা করম্বনো ? লমথাঙজৌ কৌবা নাপীনা নাওব্বা খোয়বু লেনখিঙে 'খোয়রেল খুল'বু মিংথোনখিবা, লুব্বাং পুংদাংকোই খুৎকোইবগী মমোম লৈমা য়াংদৌ অতাউবীগী মপারী, কৌবা লৈখাম মানবা, চেক্লো লোম্বোকপা, হারি খোন্দেবা চীংশাং লাংলেপ্পনা করম্বনো ? ইঙাগী মমৈ হুইথরকপা ইঙেনগী থাজিল ফাওরকপদা য়্য়না চুবা নোংগী মরীক্কা কদায়নো ? কায়নরুরবা মমা মচা উনবগী শিঙ্গুরকপা শীগী মরীক্কা কদোমদনো ?

চীংমায়দা হৌরিব্বা নাপীনা খুকউ য়ৌনা থুন্নবা হাউনা মরক্তা খঙহৌদনা উরকই - নুরা খুন্দোংলৈ পাম্বী অমা । মগুণ লৈবা লৈনি । লৈসিগী লৈশক য়েংখুনা

লমদমসিগী মীনা চক্ষু শাবা হৌখিবনি বারীনরি। ঙাইহাক্তংদি ফুক্তুনা পুরবদিকো খল্লুই, অদুবু চীংমায়সিদগী করিগুম্বা মনা অমত্তা পৎ থৎতুনা কনা'মতনা পুরকপা য়ারোই হায়বা চৎলমদাইগী সর্ত অদু খংনীং নীংশিংলকখি। চীঙ্খাও, ঙাং, ৱাং, খাগী লৈহাউ, উচাননচিংবা অতৈ উ মখলশিং মচি মচিদা হৌরি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা লমদমসিদা ফংবা তাঙলবা মখলগী 'তেঙ্গাস বকাতা' পাম্বীসু অমনি। চীংমায় থন্না শাংগী চীঙ্খাওনা শজিবু নুংশিংবী শহুমদা মমায় লৈদুনা খাওবদু কয়াদা ফজরমগবা। পুম্নমকসিগী মথক্তা ঐখোয়দা নুংঙাইনা খোক্লিবদি উবাশিংগী কান্নবা কান্নদবগী মীংয়েংদদা নত্তুনা মখোয়গী মরুম থুপ্তুনা শাগৎলম্লিবা মীরোল লান্না লীনরক্লিবা ৱারীশিং অসিনি। ৱারীশিং অদুদা ঙসিসু মখোয় হিংলি; ৱারীশিং অদুনা মখোয়বু হিংহন্নিংলি। মখোয়গী খোঙ্গুল মূত্তনা থম্নবগী নুংশিরবা ইঙ্গিৎ তত্তনা তৌরি। চীংমায়গী মফম চাবা য়েংদুনা খোঙচৎ অদুগীদমক্তা অতম্বনা পুরকপা উপাম্বীশিংদু লাক্লিবা মী খূদিংমক্তা অময়ম থানরে। ৱানা শুরুবগী চোকথবা মাঙগ্রে, অনৌবা আশাগী নুংঙাইবা মঙলান্না পীক থল্লক্লে। চহী মঙা তরাগী মতুংদা পাম্বীশিং অদুনা মরেপ তাল্লকপদু মীত্তা শঙ শঙ উরক্লে।

নুমিৎ তাশিল্লক্লে। খেক খোয়রবা চীংলম্বীদা ইম্ফাল তান্না অমুক হন্নবা শেম শারে। ইংঙেল চীংগী নীংখায়রক্লবা যূম অদুনা খোংজোমনুবী মতা তরুক অমদি হাত্তকু পাখঙ তরুকী কায়না পোলোইনবা নুংশি ৱারীগী শক্তম লৌরদুনা মদোম লেপ্তুনা লৈহৌরে। মকুম মথা শুরবী লীল অমোমগুম্না লেঙঙম শাঙমদনা চৎলিবা গাড়ী মনুংদগী লাপ্পা উরকই - চীংদোন্দা লৈচীনগা লেঙ্গোন্নদুনা ৱাংনা হৌরিবা উপাম্বী অনীদু। ইংঙেলচীংদা ঐনা পামজনা থারম্বা হৈরাঙ্গোই পাম্বীদু নোংমদি মশা মরেং ফল্লকখিনি।

## *মরী লৈনবা লাইরিক*

১. মোইরাংথেম নরেন্দ্রসিংহ (সম্পা:), ১৯৬৫, *খোংচোমনুবী নোংকারোল,* ইম্ফাল।

# সনা কৈথেল

## (১)

মীওইবনা হিংবদা চানবা, শেংনবা অমসুং লৈনবা য়ুম তংঙাইফদনা চঙই । অদুবু অহুম অসিতনা লোইবদি নৎত্রি । হিংবদা চঙলিবা পোৎলমশিং অসিগীদমক ঐখোয়না অহানবদা মহৌশাদা তাইনফম ওই, হায়বদি পোৎশিং অসি মহৌশাদগী ফংই । অদুগা অতোপ্পা অমনা কৈথেলদগী ফংই । মরম অদুনা শারেপ ফারবা খুন্নাই অমগী চঙদবা য়াদবা শক্লোন অমদি কৈথেলনি হায়বা তাই । লমদমসিদা কৈথেল হায়রগা ঐখোয়না চহী চুপ্পা লল্লোন ইতিকী থবক চৎথবা অককুবা মফমগী মওংদা খঙনবা নৎত্রবসু, লমদমসিগী সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগা শাগোন্নদুনা অঙনবা মতমদগী হৌনা লমদমসিদা কৈথেল লৈরক্লে হায়বা য়াই । লম্বীগী চিদাইদা মফম চাবদা নুপী খরা পূনশিন্দুনা ব্বারী ব্বাতাই শান্নদুনা অমদি মরক মরক্তা পোৎ য়োনবা লমদমসিগী মহৌশাগী কৈথেলগী মওংনি । মখোয়শিং অসিগী মনুংদা ইম্ফালগী ময়োলদা লৈরিবা খ্বাইদগী মরুওইবা অমসুং চাউবা কৈথেল অসিবু 'সনা কৈথেল' হায়না খঙনরম্মি, অমদি কোনুংগী থাঙ্গপাৎ ময়াদা লৈরম্মি (হদসন, ১৯৮৪ : ২৩) । মসিদসু নত্তনা মতম মতমগী ওইনা লৈবাক্কী মরুওইবা মফম কয়াদা কৈথেল কয়া শেমগৎলম্বা থেংনৈ । লিলোং, শীংজমৈ, য়াইবিপোক, থৌবাল, শগোলমাঙনচিংবা মফমগী কৈথেল লিংখৎখিবগী মরমদা অরিবা লাইরিকশিংদা থেংনৈ ।

লৈবাক অমগী নুংঙাই য়াইফবা অমসুং খুঞ্জাও লৈচাউবগী মঙাল কৈথেলদদা উবা ফংলম্মি । ইম্ফালগী খা থংবা মায়কৈদা লৈরিবা মোইরাংগী লম্বু 'কেগে চেঙ্গৈ তরেৎ খিন, কৈথেল মাপল কানা, শামু শায়াম লোইনা পানবা পূংনে' হায়না অশৈবশিংনা শৈথারম্মি (মোইরাং কংলৈরোন : ৫) । ইম্ফাল ময়োলগী কৈথেলবুনা অসুম্না শীংথারম্মি :

চোয়নৌ সনা কৈথেললেন
লৈকাই শায়োন শায়েনপুঙ
পোইরে খুলচনু ব্রাক্লা মানবী
তয়ম নাইচনু তেংনা মানবী
পুন্নমক্লা নোইনু মরল ওন্নপুঙ
তরেৎ শেলমগী শেলমা তোংবা পুঙ (তখেলঙম্বা : ৬৩)।

চাউরাক্লা ১৫ শুবা চহীচাদা পানখিবা মৈদিংঙু কিয়াম্বগী (১৪৬৭-১৫০৮) মতমদা কৈথেল হোংদোক হোংজিন তৌখিবগী মবমদা ইরম্বা থেংনৈ। খাগেম্বা হাকতক্তা ১৬১৪ দা সনা কৈথেল, অব্রাং কৈথেল, খা কৈথেল, ফায়েঙ কৈথেল, কোন্দোং, অন্দ্রোনচিংবা কৈথেল তরা হোঙখি (চৈ :কু: ৩৫)। চরাইরোংবগী মতম ১৭০০ তা খা কৈথেল খূই হাযদুনা শঙশাং তাম্থোক্তুনা কৈথেল শেম্বগী (চৈ:কু: ৬৫) অমদি ১৭০৫ দা পাম্থোইবী কৈথেল থোনবগী ব্রাফম চৈথারোল কুম্বাবদা পল্লম্মি (চৈ:কু: ৬৯)। নিংথৌ পাল্লিঙৈদা কৈথেলদা তৌবা যাদবা চৎনবী ঙাক্লবা হোৎনরম্বগী ব্রাফম 'লোয়য়ম্বা শিনয়েন্দা' পল্লম্মি। কৈথেল মনুংদা ফিরূক খুম্বা, পে খনবা, ফিদা পুবা, থাঙ-তা, উতূপ, থেংগু পুবা তৌহৈদে ; লূকমায়দা থারম্বা পোৎ লৌহৈদে, পোৎ চৈ মাঙবদা মী মরী-মঙা শুনা খঙহল্লগা ফৈদাদা তাক্লগা ব্রায়েনগনি। কৈথেলদা মীফা মীপুল তৌহৈদে, পোৎখোম চৈখোমফদে (লো: শি: ১৯৭৫ : ৬৯) অসিনচিংবা ব্রাফমশিং য়াওরি।

লমদমসিগী কৈথেলগী তোপ তোপ্পা শক্তম অমদি নুপীশিংনা শেল থুমগী লমদা মরুওইবা থৌদাং লৌদুনা মখোঙনা মরোমদোম লেপচনবা হোৎনবগী মওং অসিনি। মসিদসু নত্তনা সমাজ অমসুং লৈঙাকলোনগী মীৎয়েংদসু কৈথেলনা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাকই। লৈবাক্লা অরাবা তাববদা নিংথৌনা কৈথেলদা থোক্তুনা ফৌ, থুম, শেলনচিংবা যেল্লম্মি। গম্বীবনিব্রাজগী মতমদা কোইরেঙৈন্দা নুপী অমা কৈনা চিক্তুনা শিববদা কৈদু ফাদুনা কৈথেন্দা কোর খাদুনা থমখি অমদি মীয়ামবু য়েংহনখি (চৈ:কু: ৯১)। কৈথেলদা অচৌবা নূংখিল্লম্বগী খূদম কৈথেন্দা য়ুংলম্বা নূংবুঁ মোংবহনবা তান্না চিংশিন্দুনা হনুমানগী মূর্ত্তি শাখিবসিদগী খঙবা ঙম্মি। য়োইবু য়োইহৈনচিংবা লৈমা নিংথৌকোনগী মীশিংনা কৈথেলদা শেল চাইবগী চৎনবী তোয়না থেংনৈ। মতৌ অসুম্না হিংনবগী অকনবা শিম্থা পাওথোক্লবা হোৎনবগা লোয়ননা কৈথেলনা লৈবাক্কী অমদি মীয়ামগী হৌনলোনচৎ ঙাক্লা চৎহন্নবা হোৎনবগী

থৌদাংসু লৌদবা নত্তে। তয়াং তশোইবা মতৌ অমা লোয়নরবসু লৈবাক্কী মরুওইবা ঈ-পাউ কৈথেলদা য়ৌরক্তবা লৈতে।

নিংথৌ পাল্লিংউ মতমদা মরুমসিদা খুঙ্গোইনবা, লৈবাকনিংথৌগী চৎনবী আইন ঙাক্তবশিংবু মীয়ামদা অমুকহন্না তৌদনবা চৈরাক পীবা চৎনরম্মি। শগুন তৌবগী, শল অমসুং পোৎ হূবগী, কৈথেলদা শগাই শাদুনা য়েরম্মি। কৈয়াং থেকপগী কুম্মে তৌই, লৈবাক্কী মরুওইবা ব্রাফম লাইরিক য়াম্দুনা খঙহল্লি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা 'নুপী ওইবীগী ফিজেৎ চাকচা, ব্রাহে লমচৎ পুন্নমক খঙদরে হায়দুনা শ্রীযুৎ সন্না য়াথং লাইরিক পুথোক্তুনা কৈথেল্দা' য়ানহনখি। মসিদসু নত্তনা লৈবাক্কী অরুবা ব্রারেপ কৈথেল্দা লৌখিবা মতাংসু য়াওখিদবা নত্তে, চীংথংখোম্বা মহারাজগী হাকতক্তা লান্দাবগী মরুওইবা ব্রারেপ কৈথেল্দা লৌখি।

লমদমসিগী মীওইশিং কৈথেল্দা থোক্তুনা পুন্সিগী শিঙ্খা পাওলিবশিংগী লাইবক নোংদল্লিবা লাইরেম্বী অমা লৈ থাজনৈ। মহাকপু 'কৈথেল লাইবেম্বী' কৌনৈ। লৈবাক্তা অরুবা তানফম লাক্লবদা মহাক্কী মতীক মঙাল ফোংলকই থাজনৈ। গরীবনিব্রাজগী মতমদা লৈবাকসিদা লান্দারকপা তখেলশিংবু মৈতৈ লাম্নীশিংনা লাম্থেংননবগী খোঙশাল্লকপদা, মখূত্তা লা মকোল অমদা ঙাচিং অতেকপা হাপ্লদুনা নিংথৌ মনাই অথৌবশিংদা কৈথেল লাইরেম্বীনা মায় পাকপা ওইয়ু হায়রল্লগা মাঙখিবগী ব্রারী 'তখেল ঙম্ব' দা য়াওরি (লা: ২৭)।

বৃটিশকী মখূৎচল্লবা কোয়রেং সেনাপতিবু ১৮৯১ দা ফৈদাপূংদা ফাঁসি তৌবা তারবদা সনা কৈথেলগী নুপী লীশিং কয়ানা মখোয়গী নুংশিরবা যুবরাজবু অরোইবা ওইনা য়েংহৌনবা ফিতৌ কৌনা তিনখি। মণিপুর দিষ্ট্রিক্ত গেজেতিয়ারদা থৌদোকসিবু অসুন্না ইরম্মি:

> নিংথৌ পাল্লিংঙদা কনাগুম্বা হাৎপা তারবা মীদু নুপী ময়াম চঙদুনা কনবিখিবা য়াওই। অদুন্না কনবিগদ্রা খন্দুনামী লীশিং লীশিংনা তিল্লম্মি। থৌরীদা হেক য়ানবগা অমদি সেনাপতিনা তাইবঙপান ব্রাংমা লানখিবগা তিল্লমলিবা মীয়ামগী মরক্তগী কপ লাউবা খেঙ্গেন্না মকমদু ঈনিল নিলম্মি (সনাহল, ১৯৭৩ : ২৩৮-২৩৯)।

মণিপুরী নুপীশিংদা মরুওইবা রাজনীতিগী অমদি লৈবাকঙাক্লোনগী চূপ্পী শিন্নদ্রবসু লৈবাক্কী অমসুং ইতিহাসকী থেংখাং কয়াদা কৈথেল নুপীশিংনা লৌখিবা ফিরেপ

ঙীংথানিংঙাইনি হায়বা য়াই। অহানবা নুপী লান হায়না খঙনবা ১৯০৪ গী থৌদোক অদু কৈথেল নুপীশিংনা মরুওইবা শরুক য়াখি। পোলিতিকেল এজেন্তকী ইম্ফালগী মীয়ামদা মৈ চাকপ্রবা সাহেবকী য়ূম অমুক হন্না শাহন্নবগী য়াথং, থৌদোক অসিগী মহৈনা পাঙথোকপা ঙমখিদে। অসুম তৌনা ১৯৩৯ গী নুপী লান্দসু সনা কৈথেলগী নুপীশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌখি। ঙসি ফাওবদসু লৈবাক্কী অমসুং রাজনীতিগী ঈহৌশিং শাগৎনবা হোৎনবদা সনাকৈথেলদা মীয়ামগী মরুওইবা মীৎয়েং থম্নরি।

(২)

মথক্তা পঙ্খ্রিবা খরসিনা সনা কৈথেলগী শন্নপ্পা ৱারীনি। মসি নত্তবা কৈথেলসিগী অতোপ্পা শক্লোন কয়াসু লৈরি। কৈথেলগী শঙ পরেংশিংদা য়োল্লিবা মীশকশিং অয়াম্বা নুংতিগী হোংদ্রবসু কৈথেলগী শক্তমদি মতমচুপ্পা নৌদুনতা লৈ। মখল মথেলগী মচুশিং তত্তনা হোংলগা পেঙ্বী মহৌশাগী শক্লোন মঙোন্দসু অদুম্মক উবা ফংলি। মতম মতমগী অনৌ অপেন, হৈরাং লৈরাং,মাগী মশাইকোন্দা য়ৌরদবা লৈতেং করিমুক হায়রুনি শংব্রে, চরোংকী চেঙহী ময়াল, কুশুমলৈ, কোম্বীরৈ, চিগোংলৈ হৎলবা তখৈল্লে নাচোম ফংদবা লৈতে সনা কৈথেলদা তানবু চানরুরবদি। লমদা থা, য়াওশংগা লেঙ্গোন্নদুনা লাকই। হঙ্গাম মপান্না খুইথরকপদা চূম্ব্রে মপাল মকা ফল্লকই, ঈরাংপুবা নুংশিংকী শহমদা হৈখা মপাল, নোবাব মপাল ৱানা খাঙই। মৈদিংগোল সনা কৈথেল য়েংলুরবসু মচু মমেন্না পীক থল্লি, য়েম্নীং পাম্বা লাকপগী। চীক্লা চায়নবা ঙমদে খোয়রাংলবা মীয়াম য়াওশঙনা থুংলবগী। মসিদসু নৎত্রি : চৈরাউবগী, নিংঙোল চাকৌবগী, বড়দিনগী মখল মথেনগী শক্লোন পুরি মতম মতমগী।

অয়াম্বা মীনা থোইনা খন্নরুদে : পোৎ য়োনবসু কলা অমনি। মহৌশাগী ওইবা পোৎশক অদুগী ফজবমখৈ অয়োনবনা চিংথোক্লবা হোৎনৈ। কবিতাগা নুপীগদি লৈতেং চঙই হায়নবগুম্মা মীগী পূক্লিং চিংশিন্নবা হোৎনরিবা পোৎশিংগীসু তরুতগৎনা উহন্নবা, তংঙাই ফদনা লৈতেংমক নৎত্রবসু ফজহনবগী থৌরাং নৎত্রগা খূৎশেম অমদি চঙই। মতাংসিদা খ্বাইগী পূক্লিং চিংশিন্নিংঙাই ওইরিবশিংগী মনুংদা চঙ-শি পূংবা থীবদা 'চঙ' তানবা হোৎনরিবী লফোয় য়োনবী, য়োল্লিবা ঙাশিংবু মশা তেক্লা উহন্নবা হোৎনরিবা ঙানয়োনবীশিং শনবা য়াই। অশিবা ঙানা নারক্লবদি

ঙাগ্নোনবীশিংগীদি অৱাবগী মশক্কি । অহনবা-অমনবা পৈশাগী মমলদি অথোই অহেন লৈতে । অদুবু অয়াম্বা মীনা মীঙোন্দা পীথোকপদা অমনবা পৈশা হান্না পীথোক্লে অমদি পীথোক্লিংই ।

কৈথেলদা মখল মখাগী মী তিল্লে । অদুম ওইনমক মপৃংদদি মরুওইনা অয়োনবা অমসুং অরৈবা মী অনীখক্তনি । অয়োনবনা য়াম্না লৌনীংঙি, অরৈবনা য়ারিবমখৈ তানা পীনিংঙি । কৈথেলগী নীনখোংবা পৃম্বগী মরুদি কাঙবু অর্নাসিনি হায়দবা ওমলোই । পোৎয়োনবীনা পোৎকী অচাবা মমলদগী হন্থনা শুল্লকপা অরৈববু মতমগী ঈরাং খঙদবা খুন্নুংগী মী ওইনা খল্লি । মপৃক্লিংদা ৱাবৌই, মচূক পৈথোকই। অরানবা ঙাঙবা তৌহৈদে হায়রবসু মমলগী মতাঙদদি ওইদবা ঙাঙবদা করিসু চিংননদে, অওইবা ঙাঙববুসু থোইনা থাজরুদে । অয়োনবা মীনা মীগী খোঙথাং, ঈঙ্গিৎ খঙবা তাই । য়োন্নিং য়োন্নিংনা তোংলে খঙনা হেক্তা লৌরো হায়রুবা য়াদ্রি । ডাঃ কমলগী মাধবীগুম্না ‘পান্নবসু পামদে, মপৃক্লিংদা নুংশিবা পোক্লবসু নুংশিদে, য়েংনিংঙম্বমক লৈরবসু য়েংনিঙদে’ হায়শিন্নবা তাবা তাঞ্জা লাকই । তশেংবদি ঐখোয়না ওইজবা থিববসু ইশাবু ওইজবা থিবনি খক হায়নিংদে, অতোপ্পনা হায়রক্লগসু হৱাওবা পোক্লদে । নৎত্রগা মসিগী মহুত্তা হেন্না ফজবা ৱাহৈনা শিনবা পাম্লে । লৌনীংবা অয়োনবা অমসুং পীথোক্লিংদবা অরৈবা মীৎয়েং খেন্নরবসু মান্নবদি ‘ওইজবা থিব’ দনি ।

মীওইবগী মশাগী খনবা ৱাখলসিদা য়ুম্ফম ওইরগা হৈশিংলবা কম্পানি নৎত্রগা পোৎয়োনবশিংনা ফজবা ফিরোল, সনা লুপানচিংবা ধাতুগী লৈতেংশিং পুথোক্নুনা য়োল্লি। মীগী পৃক্লিং চিংশিনহন্নবা এদভর্তাইজ তৌই । মকোক তাঙবনা য়োনবা মকোক তাঙদনবা, মপোক হৌবনা য়োনবা পোক হৌদনবা হিদাক মীয়াম্না পাম্না লৈনৈ । কুচু ফজনবা, পাঙ্গল কন্নবা, লৌশিং ম্লান চাওখৎনবা হিদাক, য়োনববু হৈরবদি শীত্তবা লৈতে সনা কৈথেলদা ।

পৃম্নমক অসিদগী তরাইনা লৌবা য়াদবা অমদি অপাম্বা পোৎ খনবনি । খন্দোক খঞ্জিন তৌগদবগী মশীং অদুগী মতীক য়াল্লগা খনবগী অৱাবসু অদুগী মতীক হেক্সংলি। অদুঙেগী ইতিহাস পুরাণ অমদি কাব্যশিংগী ৱারীদা থেংনরিবা রাজকন্যাশিংনা খৃত্তা লৈপরেং পায়দুনা নিংথৌ, নিংথৌমচাশিংগী মরক্তগী পৃক্লিংনা তাবা খনবদু কয়াদা ৱারমগবা ? ‘লৈবাক কয়াগী অথৌবশিংনা কোয়শিল্লবা সংযুক্তা

পৃথ্বীরাজমক লাক্লম্নব্রবদি অকনবা থম্মোয়গী লানফমদা করি থোক্লমগনি' হংবা য়াবা রাহংনি। পূম্নমক অসি ঐখোয়গী সনা কৈথেলদা পোৎ য়োনবা অমদি লৈবদা নুংতিগী থেংনরিবা মপাঙ্ছোংদা লায়না উরবা অরুবা রাফম ওইনসু নৈনবা য়াবা মচাক ঙাক্তনি। ইমুং মনুংগী অহকপা পোৎলূম কোকথোংনরিবা মৈতৈ নুপীশিংগী থৌনা শীংথানিংঙাইহনি। ঈপাম্থাগী কল্লবা ঈচেম্না নম্বুল তুরেলগী থোং নম্বোলবী মখোঙদা তত্তনা য়ৈরবগুম লমদমসিগী শেন্থুমগী, খুন্নাই অমদি লৈঙাকপথাপকী অকনবা শাফূনা ঐখোয়গী সনা কৈথেলদসু তত্তনা য়ৈররি। তশেংবনি, সনা কৈথেলগী নীলখোংবা তহা তহাবা শক্তমসিগী মরুমদা লমদমসিগী মীওইশিংগী অরা নুংঙাই পুন্সিগী মশক অমা লোৎশিন্দুনা থম্লি হায়বমক য়াই।

## *মরী লৈনবা লাইরিকশিং*


১. রাজকুমার সনাহলসিং, ১৯৭৩, *বীর টিকেন্দ্রজিৎ*, ইম্ফাল।
২. খেলচন্দ্র, ইবুংঙোহল, (সম্পা:), ১৯৮৯, *চৈথারোল কুম্বাবা*, ইম্ফাল
৩. সোবিতা, (সম্পা:), ১৯৮৫, *মোইবাং কংলৈরোন*, ইম্ফাল।
৪. ও. ভোগেশ্বর (সম্পা:), ১৯৮৬, *তখেল ঙম্বা*, ইম্ফাল।
৫. টি. সী. হদসন, ১৯৮৪, *দ মৈতৈজ*, নিউ দিল্লি।
৬. কে ঐচ. চন্দ্রশেখর, (সম্পা:), ১৯৭৫, *লোয়য়ম্বা শিলয়েন*, ইম্ফাল

